© ( তারেং ) পুবা কোংজবা
থিংবাইজমচা টুভেশ্বর
থ্বায় নাগমপাল পাওনম লৈকাই
আর, এম, সি, রোড, ইম্ফাল ।

মথুম য়েকপিবা
ভখেন্দ্রমচা কুমার
লালহাম্বুং ইম্ফাল ।

মথুমগী উনম শাবা
প্রিন্স গ্রাফিক্স
কৈশামথোং থাংজম লৈরক ।

অহাণ নম্বা
ইং ১৯৮৯
মশীঙ ১০০০

লুপা ১৮/-





ভাগ্যবতী কার্য্যালয় চূড়াচান্দ প্রিন্টিং বার্কসতা ছাপা ।

# ৱাহৌদোক

মাল্লেম লৈসেমলোল অৱিবা হায়বা পুয়া অসি, পুয়া মশা মক্তা থম্লাং য়িৱেং পুৱারিনি হায়ববুস্তু ফোংদোক্লে। অহুবু হৌজিক হৌ'জক ফং'লবা ( থেংনৱিবা ) থম্লাং য়িৱেং পুৱারি পুয়াগা চাংদম্না নাহুনা য়েংবদা শেম্না মাম্লাদবগুম বূই. ম'স কারিগুম্বা থোরম থোথোক থরশীংদা পাকথোক চাংথোক্লা ইরৱাগী মঙলনি, অহুবু মুংগী ওইবা ইচেলদি মান্নে হায়না লৌবা য়াই।

মাল্লেম লৈসেমলোল আৱিবা, পুয়া অসি খৃঃ ৬৬৩ দগী কংলৈ পুঙমায়োন্দা নিংথৌ ওইনা পানখিবা লাইরেল নাওথিং খোঙগী মতমদা মঙাং লাইনিংশিং হায়বা চিঙভ খোইয়ম লাইগী মঙাল ফংলাবা মীপোক য়াইফবা অমানা, লুৱাং লৈকোইবদা বারী পরিং লিনা পাংতাকলম্বানি, পাংতাক বারোলবু লাংগোল ভাবা মক্রিক্লা ইরম্বানি হায়ববুস্তু ময়েক সেংনা পাল্লে। অস্তুম্না ইরম্বা পুয়া অসি লমদম অসিগী মতম অতুদা সকনাইবা ওইরম্বা মাইকৈ কাংলুপশিংগী লুচিংবা ( নিংথৌ ) ওইবশীং য়াওনা ইরম্বনি হায়ববুস্তু ফোংদোক্লি, খুদম ওইনাঃ— কমপোঙ মাহারাপা, খুনচাল লাকাপা, হায়েন নিংথৌ মোইরাঙপা চেংলৈ নিংখোইলপা নোংহুমপা, সাগাং মেললৈপা, লুৱাং হোংনেম লৈকোইপা, নচিংবা মীংই কয়াগী বাহংশীংবু পাওখুম থোইনা মঙাং লাইনিংসি না ফোংদোক্লম্বানি হায়বগী ইচেল ফংজি।

অস্তুম্না ওইবা থম্লাং য়িৱেং পূৱারি পুয়াবু খুৎথাং সিলনা মীরোল মথং মথং সিম্নারকপাগী বারোলশু পল্লি, খুদমদি :— মঙাং লাইনিং হুলবগী লুৱাং হোংনেমবা। খুমন নিংথৌ। মোইরাং নিংথৌ। শেম্দে নিংথৌ। সেন্লোই কবোম্বা। সরাং নোংচেংবা। উশা চনিংখোম্বা।

থুমন অয়াংকাইবা। হ:য়েন নোংহুম্বা । থাবা মুংগোইবা। ঙানবা কোইবা। লুরাং কুচুবা। বুরোক তবুংবদগী লৌরেম খোংনাং থাবদা, চিঙড্ খোংনাং থাবনা য়িনিংথৌ পামহৈবগী হাকতক্তা পুয়া অসি পুখোরকপগী মওংদি :— য়িনিংথৌ পামহৈবনা বুমংলাই মাখৈ থুখাইরক্লবা মতমদা মোংবা হলবা বুমংলেল অসি থুখাইদুনা মাংহললগদোবগী পৌরাং লকল্লাবদা চিঙড্ খোংনাং থাবনা মোংবা হলবা বুমংলেলবু কনখিডৈদা পুখোকলকপা পুয়ানি। অদুবু মতম অদুগী অইবা মাহচো অঙোম কপিদা নংপৌগী অনিং অপাম্বা রাহৈ বারোল থরা হাপ্লা পুয়া অসি অমুক ইখোকতুনা চাংথোকহল্লকপগী মনি ভাহ। মতম অদুগী নিংপৌগী অনিং অপাম্বানা রাহৈ রাতা বারেং থরা মখৈ থেংচল হাপচলখ্রবগী বারোল রাহৈশীবু হৌজিক ঐখোয় খ্বায়না লৌপোক হাইথোকপদা থোইদোক্লা অকুবা মরম অমা ওইদে, মওংদি :—চন্দ্র = থাঙ্ = পাখঙব। কুরু=কুরুম। হরি=হয়ি। য়িয়োককোম = পুখ্রি। দুলাই হায়বনা চিংবা ...................।

পনজাখ্রিবা রাহৈ অনিমক অসি পুয়া অসিদা অদুম্মক সিজিন্নারম্বা থেংনৈ, অদুনা হন্দক মৈতৈ ময়েক্তাগী বঙ্গালী ময়েক্তা অহালবা ওইনা পুখোকচরক্লাবা অসিদদি য়ারিবামখৈ মীরমলনগী লোলশিংবু লৌথোকচরবাগা পুথোকচনাবা হোংনজবনি, অশুম্বা মৈতৈ ময়েক্তাগী বঙ্গালী ময়েক্তা পুথোক্লাবা হোংনবদা অচনবা মতম কয়া কাইথোকপিদুনা অরোবা সকক য়াবিথিবা, য়াম্বা থুমহৈনবা ফুনিন্দ্র সরাইজম লৈরক, ইনাও সনামচা শ্যামকান্তাই য়াইস্কুল অনিনশু কল্লা হোংনবিবাদগী অথুব মতমদা পুথোকচাবা ঙমজবনি, মসিদা থরগী মখৈ শেংদোকপা বাংলাবশু মখংগী মতমদা অমুক শেংদোক্লাবা হোংনাজগে।

ইম্ফাল
তাং ৮। ৩। ১৯৮৯

পুথোকচবা
চোংথামচা ঙাবা (জয়)

# অফোঙবাগী ৱারোল থরা

ইয়াম্বা চোংথানচা ঙাম্বা (জয়) না পুখোকপা "মাল্লেম লৈসেম্লোল আৱিবা" ( অহাম্বা সরুক ) ফোংজহনা খাইতরাগী মফমদা খুদোল তমজবা ৭ ( ত.ৱং ) শুবা লাইরীক না।

মৈদিংঙু গাম্ভীরসিংহ শর্মা ঙাংবনিরাজনা নিংথৌরেল থইরৈ মতমদা ইহনখিবা পুয়া মপুম অসী এবু পোকপিরম্বা লৈখ্রবা পালখো থিংবাইজম শিতলচন্দ্রনা ইং ১৯৪১ তা বাঙ্গলা মযেকতা হগোকতুনা থম থরমবা থেংনজকপদা ফেংদোকচানিংবগী হহুল অমা ফাংখি মত্তুদা ঙসি হায়রিবা নুমীৎ অসীদগী হৌনা হনগংনা চহি মশীঙ খাগৎখবদা তে বাবা ওইরকউঙ ফাওবদা চহি কয়াম কুংরবগে হায়বদু খঙহল্লি। চহিগী মথুং অসীবু ফংলবদ লোকখবা লৈদোক পুমমক মযেল থইনা ফেঙ্গজিনবা য়াবাগী মতম লেবানা পুযা অসী ফোংজগনি। মসিগী অতুম অরানাদ খাইতবাগী থুংতা লৈগে।

অহাম্ব সরুক অসীদা ফঙলিবাসী তেংবানবা অসীনা লৈরকউদগী হৌনা লাইগী চক হককী মতম ফাওবা চহি কয়া শুরবগে অসীনি। লাঃ ১৭ বাঃ পরেং ৩ঃ ১৯ দা যংই, "চক হাকথক ৬৪ সুনা লৈঙামলে," অমুকসু লাঃ ২৪ বাঃ পরেং ৪ঃ ২০ দা, "...চক হাকথক ৬৪ সুনা মাকু মৈকি কাইতোং যমপী থিনা পাইঙমপাপু..." অসুম্না মকু পুলসীবাগা লাইগী লাই সিদবাগা বাগী শানাখি। মতাং অসীদা ইয়াম্বা ঙাম্বা মথানকনা ইবা "মৈতৈ" লাইরীককি লাঃ ২ দা লাইগী চক হক মরিমককি অপুম্বা চহি মসীঙ ৬, ৮৮, ৬০০ পু ৫৪ ৱক

হৌখিবনি হায়না কোংদোকনি। মকুগী চক হাকথক ৬৪ হৌখিবগী চহি ৪, ৪০, ৭০, ৪০০ অসী ফংই।

লাইরীক অসীদগী ঐখোইনা ফংই মতুদি হুক লোইগদবা চহি ৪, ৯৯. ৮০০ বাংলিডৈদা কুরু সিদবানা পাখডবাদা কম্বাল শিন্নরম্মী; হুক লোইগদবা চহি ৩.২১, ১০০ বাংলিডৈদা পাখডবানা করৌহলবাদা কম্বাল শিন্নরম্মী ; হুক লোইগদবা চহি ১, ৫৫, ২০০ বাংলিডৈদা করৌহলবানা কৌবারেলদা কম্বাল শিন্নরম্মী। পোই হুকগী চহি ১,৫৫, ৫০০ অসীগী মনুংদা লাইগা হিংচাবাগা লাল থেংনৈ। কৌবারেলদি ঈ ডাদে কম্বাল শিন্নরনদে, মসীদা লাইগী চক হুকগী মতম লোইরে।

হৌজিক লাইরীক অসীদা ফংলিবা চহি অসী :—

| | | |
|---|---|---|
| মকুগী চক হাকথক ৬৪ গী চহি | | —৪,৪০,৭০,৪০০ |
| ক হুকগী চহি লাঃ ৬০ বাঃ পরেং ৪:৪২৩ | — | ১,৮৮,৮০০ |
| থোই হুকগী চহি লাঃ ৯৬ বাঃ পরেং ৫:৩৭৬ | -- | ১,৭৭,৭০০ |
| তয়ো হুকগী চহি লঃ ১১৪ বাঃ পরেং ৬:১৫৯ | — | ১,৬৯,৬০০ |
| পোই হুকগী চহি লাঃ ১৭১-১৪২ বাঃ পরেং ৭:২১২ | — | ১.৫৫,৫০০ |
| লাইরীক অসীদগী ফংলিবা অপুম্বা চহি | | — ৪,৪৭,৫৯,০০০ |

চহি মিলিয়ন ৪৪.৭৫৯ অসী লাইরীক অসীদগী ফংবা ওম্মী। ইতিহাস ইবা শংনা কারণগুম্বা মওম থরদাগী খোকখিবা খেদোক নংত্রগা নিংথৌগী মিং চিংথনা ইরম্বা য়াই অতুবু মতমদি কনানাও নম্বা য়াগোই।

পূম্না অসী কোংদোকনাবা হোৎনবকপা মতমদা অবাবা সরুক কয়া য়াবখিবা অনন্থ মমল য়ায়বা পাওতাক কয়া পিবিখিবা অহল,

লমজ, ইচিল-ইনাও পুম্নমক্কী মকমদা ইকাইখুম্নবা উৎচরি । লাইরীক অসীবু পুথোকপিরকপা ইরাম্বা চোংথামচা ঙাঘানাস্থু পুবা অদোগী লেমহৌরিবা সরুকসিঙ তেম্নবা মতমগী মপুংদা পুথোকপিরকনি হায়না খাজবা পোকচৈ ।

মথুমগী লাই য়েকপিবা তংখরম্বমচা কুমার অমস্তঙ মথুমগী উনম খাবিবা প্রিন্স গ্রাফিক্স কি মেনেজরগী মফমদা তৌবিমস খঙবা উৎচবগা লোইনানা থাগৎচারি ।

ঐহাক ইশানা হৌজিক হৌজিকমক কাংপোকপীদা পোষ্টিং তাহনা লৈরবা মতমদা লাইরীক অসী ছাপা নমজবা ওইবানা ভাগ্যবতী কার্য্যালায় চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কসকি থবক পুবিরিবা ইচিল ইনাও, ইচে-ইচনশিংনা থবাই য়াওনা হোংনবিতুনা লাইরীক অসী কোংজবা ওমজবগীদমক প্রিন্টিং প্রেসকি থবক পুবিরিবা পুম্নমক্কী মফমদা থবোই শেংনা নুংঙাইবা ফোংদোকচাবগা লোইনানা থাগৎচরি ।

লাইরীক অসী ছাপা নম্বাদা অরানঅাহুই, অশোইঅঙাম, চিংথানানখাৎবিবা পুম্নমক ঙাকপিনু হায়জনা হগী হম্না নে লুপ্সারি । অরোইবদা লাইরীক অসীগী লেমহৌরিবা সরুকসীঙ কোংজবা ঙমবা ললকুবিয়ু ।

ইম্ফাল,
লমদা থানিন, য়াংশং
মার্চ তাং ২২,১৯৮৯ ।

কোঙজবা
থিংবাইজমচা টুতেশ্বর
মেড্যালিষ্ট (ওনরেবল প্রেসিডেন্ট অ্যাৱার্ড)

# মাল্লেম লৈসেম্লোল আরিবা

## ১বা পনথৈ

ওঁ হায়ি হায়া হে। ।১·১। হে খোইয়ম লাইরিংথৌ ।১·২। মাললেম তাইপঙপালপাকি মাপুঙ্‌ ।১·৩। লৈকোই খোইকোইপা মাচি ললমারু ।১·৪। থারাই য়াইপী পীমাপা ।১·৫। চাউঙ্‌ সানা নাখোঙবা ঙাংলৌ খমপাল লৈতুনপা আনীমাতা। তাইয়ম তাঙচা য়ীকোক কংনা য়াথং আহালপাতা। হলনা হলনা খুরমচাতুনা থাইনা লাহালনোংকি রারম আরিপা মাললেম লৈসেমলোল ক্রো নোংহো রাপু খিচাকতা রাহমলককে ।১·৬।

চীঙঙ্‌ লাইমারু খোইয়ম লাইনীঙসিং আহালপাকি চীঙঙ্‌ মাপোক আরেপপানা ফাওরাপা লাইরেল মৈতেংঙ্‌ তুপী য়োইনোংতা নোংতা লাইরেল পাখঙপাকি মানোংয়াই মৈতেংঙ্‌ পামহৈপানা ক্রো মুনীংমাতা পাওহংলকয়ে ।১·৭। য়ীপোইরৈ সানা য়ীরৈপাককি মাললেম লৈপাক কোইপা ফমথৌ নাকলৌ সিনপা আয়ামপাস্থঙ লৈপাক পুমনামাকি আহল মাতম রোই পুলসী চাহে কুইনা খোইয়ম মাতম মালকুমলাপা পুমনামাস্থঙ নিংথৌ চীনকোই য়ীয়াথংপু রুলপী

পুকনীঙ তপনা নাতাজো ।১.৮। পোইরৈ সানা য়ীরৈপাক আসীকি নিংথৌ মারমচৎ নীঙথিপা থারাই লাইনীঙলেল আসেংপাকি মাহে লাননাথৌপু কারিকি লাইরীকসিঙতা চলনা থমলমতাপানো ।১.৯। লৈপাক পুমনামাপু হৌনালমচংকুম চুঙলেল ঙকতা হুক, থাঙলেল খুৎতা পাইনা রাইরা সা থিরা হেল লালথিনারাপাকা নুপী পালকন আসোলপী আঙা নাওরা আখুপাসিংপু থারাই নুংসি খঙতানা হাং-লাপাকা য়াইফা মাইপাকপাপু রোইনা লাইরীক পীপুকনুংতা চলনা থমলময়ে ।১.১০। কোলনুং পলপাল কোয়না লৈরিপা লাইফম রুমং নিপালমাতা নামু মীকি থারাই হাংনা কংলিপা আসীনা আফা মাহৈ কারমপাপু রোইরিপানো । ১.১১। কাওরেল সল-তুনা তেকপী রোকচাও হাংনা সারেল সাচানা রাংলৈ য়নৈনারিপা অসীনা থারাই য়াইপী-রেলকি আফা মাথোই তোংনাপা কারমপাপু লৈরিপানো ।১.১২। কাওরেল লাইথেংনা কাইরৈ য়েলকাওনাপানা নিংথৌ মারমচৎ নীঙ-থিপাপু রোইনা লাইরীকসিঙতা চলনা থমলময়ে ।১.১৩। আসীসুঙ মাতোমতে ।১.১৪।

হায়ি, খুনুং, লাংপা চকঙৈতা য়ীয়ু নিংথৌ কাংপা মাহাকথক-তাকি হৌনা সানা চোঙলেল থাল, চৈরৈ অঙৌপাকি থারাক লৈনা থাংপা সেকপিল মাথোন মাপলসুপাপু খালনা তানথোঙ মায়ুংকুই, লেমথোঙ মাফৈ পাকনা মাললেম লৈপাকমাপু নিংথৌ মারোল কয়া-মারমপু নুংঙাই মারাংকাইনা পাললকলাপাপু নিংথৌ মতীক চম লৈপাক মায়েং তানা কারিকি হুললালথোকলাপানো ।১,১৫। রারম নোংসাংতারিপা আরাং লাহালতাআকি লৈনুং চীঙখোঙ পোইরৈতোল-

না খুলথোকলকলাপাকা নামু পোং লিংপীরাপাকুম লোইমোম ফৌনা-চিংনা চানা-থকনা আয়ামপাস্তুঙ চিঙখোঙ পোইরৈতোলনা সালসেম-পিতুনা থৌরম পুমনামাপ্পু ফংচারৌপাকুম কারিকি লাইরীকসীঙতা চলনা থমলমপানো ।১,১৬। চক মাঙতা থানা হৌখিরাপা খৈপীকপু লমলক তুপাল সাকুম লৈপাক বায়েল নাইতানা কারম পাললমপা-নো।১,১৭। আমাস্তুঙ কোলনা চক আকোলপা আসীতা য়ীয়ু খুই-য়োইতোমপোককি নিংথৌ মাহাকথকতা মাললেম লৈপাক আনেম-পানা রাংলময়ে, ক্রৌ নোংমাতোল আরাংপানা নেমলময়ে, চেঙচোই ফৌম্ব ফাতানা ক্রৌ নোংমাতোলপু স্নুকলেলতোলনা কংয়ে হাইনা লাইরীক মায়েক চলনা কারম য়েকলমপানো।১,১৮। তনলা রূপাল চাওপোইপাসিংস্তুঙ পামেল কায়াম নেমনা হৌরমপানো।১,১৯। থৌরম মাঙতা থানা চক ৭ (তারেৎ) মাপ্পু হৌখরিপাসিংতী নোংথৌ আরাং-পাপ্পু কায়ামারম নেমলমলিকাপানো।১,২০। খোইয়ম লাইনাচিংনা নামু মীখোইপাসিংস্তুঙ মাতৌ কারম খোইনা পাললমপানো নিংথৌ খৈপু রূলপী পকমীঙ ঙকনা নাতায়ে।১,২১। আমাস্তুঙ য়ীপুথৌ পাখঙ পাপ্পু তুপী লাইরেলকি মসক মামাল খোইনা নাবক নূরক য়ীসিংমাক্তুং আসীসিংতা লৈয়ে হাইরিপা আসীপ্পু লাইকি মতীক আথোইপাপু কারম খোইহলপানো।১,২২। মাথংলেলপ্পু থৈথুরাপাক মাকমপীপু তাংথানানা লৈনা লৈনাওত্তাপীপ্পু সানা ফমপাল তোংমানায়ে হাইরি-পাস্তুঙ লাইকি লমচং আথোইপাপ্পু খোইহলতাবে।১,২৩। য়ীপুথৌ পাখংপানা মানাই লৈপাক পুমনামাতা নিংথৌকি লমচং বায়েল আনকপা আসীকুমপাপ্পু কারম তাকলমকাপানে।১,২৪। নিংথৌ

য়িমালনাপাসিংনা তাখিরাপাকা লৈপাককি মায়েং তানা নোকনাখিকাতানে ।১,২৫। থাৱাই লাইনীঙলেলকি ৱায়েল মকতাপাসিংতুম লাইরীকসিংতা চলনা লেংলমঙেনে ।১,২৬। য়াইপী থাৱাই ঙাকতা, তেকপী ৱোকচাও হাৎ, কাইরৈ য়েলফাং য়ৈনা, সারেল সাচানাপাকি ক্রো নোংলৈপাক কারমপাপু তানফংচায়ে হাইপাপু খোয়ম লাইনীঙলেলতা কোইরেং থোইতিং মাখাই মারমতাআপু লাইরীক মায়েক চলনা লৈঙমতে।১,২৭। হে মাললেম লৈপাককোইপাসিংআো, পোইরৈ লৈপাক পুমনামাকি লাইরীক আয়ামপা খৈপীকপু ঙমনা খোমখৎলুরাপাকা কংলা নোংলৈয়াঙকি লাপা নোংলৈফম আসীতা পৈনা খামপী মৈ থাথোকলাকে ।১,২৮। য়ীয়ু নিংথৌরেল ক্রো নোংকাখারাপাসিংকি মাললেম লৈরোলচলনা আমল পোৎলোইখিরাপাসিংসুঙ মংলেল লৈথোঙ হাংনা সুমল পুমনা খোমলাপাকা লাইচা য়ীতা থাথারুরো ।১,২৯। ক্রো নোংকারাসুনো ।১,৩০। বুমংলাই ৯ (মাপল) মাসুঙ নামু মীহী থকনা তাইপঙ মীসং চারাপাকি খোইয়ম লাই হিংচাপাপু ৱোইহললে ।১,৩১। বুমং পুমনামাসুঙ ঙমনা থুকাইরুরো ।১,৩২। হাইনা নিংথৌ পুকনীঙ কনচাও থোইনা ৱাহমলকলাপাকি মাললেম লৈপাক কোইপাসিংনা লাইরীক পুমনা খোমখৎলাপাকা কংলা নোংলৈয়াঙকি লাপা নোংলৈফমতা খামপী মৈ থাথোকলে ।১,৩৩। মায়ু নিংথৌরেল আমল নোংকাখিরাপাসিংপু মংলেল লৈগোঙ হাংনা মারু সুমল খোমনা লাইচা য়ীতা থাথারে।১,৩৪। আসীসুঙ মাতোমতে।১,৩৫।

বুমংলাই ৯ (মাপল) মাসুঙ থুখাইরকলাপাতা লৈপাক পুমনামাকি আহল মাতম ৱোইরাপা পুলসী চেঙচেল কুইরাপাসিংনা নিংথৌ

সানা মাখোঙখাতা চঙলকলাপাকা ব্রুরোক সাখৈরেলকি তাপুংপা, লৌরেমপা খোংনাংথাপাস্তু আঙোম কপী মাখোই ৩ ( আহুম ) মানা নিংথৌ সানা মাখোঙখাতা ৱাকৎচাখিয়ে ।১,৩৬। হে নিংথৌ আথোই-পাঅো নিংথৌ পুকনীঙ আসাওপা আসীপু চৈরৎপিরো ।১,৩৭। মাইকৈ খানা পাংপারমকি মোংপাহলপা ব্রুমংলেল আসীতী নিংথৌ নাথৌচালনা ঙাকপিরো ।১,৩৮। ব্রুমং পুমনা মাঙহৈতে ।১,৩৯। য়োংপু তমপা লাইরেমমা সীঙলেল লৈসেমপী ৮ ( নিপাল ) মাকি থাৱাই ফমপীরেলনে ।১,৪০। তাইপঙ পুমনামাকি সেকচুপ পলতাই ৱোই, সোংব্রু পলখোঙ ৱোইনা ঙাকপিরিপা ব্রুমংলেলনে ।১,৪১। তৌয়ীকুম নিংথৌ মারমচৎ আসেংপা পোইরৈ সানা নারৈপাককি ৱায়েল চঙখোলপাপু কারিকি লৈতারুকাপানো ।১,৪২। হাইনা ৱাহনলাপাতা লাইরেল মৈতেংঙু পোইরৈ নিংথৌহলপানা পাওমেললকয়ে, হে য়ীয়ু তাপুংপা, লৌরেমপা খোংনাংথাপা, আঙোম কপীকা নঙখোয় ৩ ( আহুম ) মানা পোইরৈ সানা য়ীরৈপাককি নিংথৌ মারমচং পোইরৈ থনলাংপা ৱারী আরিপা কারনপাপু লৈপানো ৱারী পারেং সীলনা ৱাহনলকঅো ।১,৪৩। হাইনা ৱাহনলকপাপু নাতারাপাকি ব্রুরোক সা-খৈলেলকি তাপুংপা, লৌরেমপা খোংনাংথাপা, নোংপাল কপী আহুম ( ৩ ) মানা ; হোইতা হে লাইরেল মৈতেংঙু পামহৈপাঅো নিংথৌ নাহাকথক আসীতা পোইরৈ থনলাংপা ৱারী আরিপাপু লাঙচল পুরী থোক সাৱা চুমনি কাকনা পুচাও মাখুন হাংলাইতনকি চক ৱায়েলনাপু স্নিসিললকলে ।১,৪৪। ৱারম ফিরোল নাইনা থুপঙনলারোইয়ে ।১,৪৫। থাইনা লাহলনো, মাঙাং লাইনীঙসিং আনৌপানা লুরাং হোঙনেম

লৈকোইপাতা পাওতাকপিরনপা মাললেন লৈসেমলোল আরিপাপু লৌকলাঃ পানেং সীনকুম থারী সু সিলনানা রাহমলককে।১,৪৬। নিংথৌ নঙকি থাখ্ পুকনীঙ আসাংপাপু মাললেন লৈসেমলোল আসীপু নাত্তারাপাতা থুলপী লৈনীঙ সংলকইঙনে। ১,৪৭। হে লাইরেল লৈতেংঙ্ক থাকইপাও, নঙপু নাম্ নোত্তা লাইরেল পাখংপাকি হায়ি মিথৈরেলপু সেলনা নাত্তাপাও। ১,৪৮। হে মাললেন লৈপাক কোংপাসিংও নঙখোয়মুঙ পুকনীঙ সেনলোঙ নীকতানা নাত্তাও। ১,৪৯। হায়ি হায়াই হে॥ ১,৫০। (*)॥

# ২বা পনথৈ

হে লাইরেল মৈতেংঙু সিংগী য়াইফাপাগী। মালেম লৈসেম-লোলকি রাণী আবিপাপু বাদী ইসেহৌরকলাকে ।২,১। কোলমুং পাল-পাললেল মাইকৈ লীকলম পা পানমকি সিনাগি রুমং মুংডাইপা লুপা চুতানাপাতা তনলা। রুপাল সিতাপাকি পামেল রুখোঙপা মুংডাইপাতা পৌসং থাংহেনপানি। সানা লিকক থাকুমপাতা চাঁডঙ, কুরুম সিতাপাকি মসালরোল মাডাং লাইনীঙসী আনৌপা। চিপা মংলেল কোইপানা য়োইপারেল নাইন্নুংচঙ ইখেল কপু হাংসী ঙমচংপাতুনা। লুবাং কুরুম লৈকোইপা, সারাং মেলেপাস্তঙ হায়েন মোইরামপাকা খুলচাল লাকা-পাস্তঙ মালতাঙ কচুপাকা। কমপো, মাহারাপাস্তঙ য়োইপারেল নাইন্নুংচঙ ৬ ( তরুক ) মানাচিনা মাডাং লাইনীঙসী আনৌপাকি সানা মাখোঙপাতা য়োইনা খৌরল খেংনা কমফমলিঙতা। লুবাং নিংথৌ পুলসীপানা। কুপাকা লৈতাইতুনা পাঙে চারকয়ে। ২,২। হে যীপুংঙু য়াইফানেল য়াইফাগোইপা, তাইপঙ লৈরেল নোংলোল ১৪ (তারানারি) মাকি রারম মান্নুংচলপাপু হে যীপুংঙু নঙকি সামু নাঙতা পানা খঙলিপা মাসেলনে ।২,৩। মালেম তাইপঙপালপা। আসীকি

মাললেম লৈখোইরেলপু লৈপাক ফমপী কাতাইনা ৱোইরিকাপানো ।২,৪। লৈপাক পালপীরেল আতুতাকি মাহৈ মাপালমাপু সাৎলকলা-পাকা মাহৈ অথুমপা কারমপাপু পাললকপানো ।২,৫। লৈপাক কারম-পানা লৈপাক মাপাল নীঙথিপাপু য়াচারিপানো ।২,৬। লৈপাককি থুমখোইপাতী মাললেম লৈপাক কারমপানা য়াথকলিপানো । ২,৭ । মাললেম লৈখোইরেলনা মাহৈ থুমখোইপা কারমপাপু চুপচারৌপানো । ২,৮ । নাতাইরেম য়ীখোয়পু ৱারম থাঙথৈ সেংনা পাংতোকপিঅো ।২,৯। হাইনা পাঙহেংচারাপাতা মাঙাং কুরুম চিপা মংলেলকোইপানা পাঙখুমলকয়ে । ১,১০। হে লুৱাং হোঙনেম লৈকোইপাঅো তাইপঙ পুমনামাকি ৱারম মান্নুংচলপাপু লুৱাং নঙপু হেলনা কানানা সালখঙ-লাকাপানো । ২,১১ । পারি নঙকি নাতীক আথোইপাপু খিচীকতা ৱাহমপীরককে পুকনীঙ সেনলোঙ নীকতানা নাতাচাঅো । ২,১২। লৈরোল নোংলোল ১৪ (তারামারি) মাপু পাফল লিল নিংথৌপু ৱোইনা লুৱাং নঙনা পুপীরিয়ে হাইপাকি মালেম লৈরীহলপাঅো তৌনা কৌয়ে । ২,১৩। আসীস্থঙ মাতোমতে । ২,১৪ ।

লুৱাং নাহাকসাংকি হকসাং ফিথুপ মাখাকিনা লৈখারোল ৬ (তারুক) মাপু সেমনারিয়ে হাইপাকি খমচিঙকোলঅো কৌয়ে ।২,১৫ । লুৱাং ফিথুপ মায়াইকিনা তাইপঙপাল আসীতা মীকি লৈপাকপু তাইপঙ খুললিংনারিয়ে হাইপাকি লুৱাং কুরুম লৈচাঙ-পাঅো হাইনা কৌনারিপানে । ২,১৬ । লুৱাং তাঙচা লুরেলতোলনা ক্রৌ নোংলোল ৭ (তারেৎ) মাপু পুপীরিয়ে হাইপাকি কোনলোয় নামিংথোংপু লীকলা য়াথা থোপা নোংতোল খোঙকাঙকেনপাঅো

তৌনা কৌয়ে ।২,১৭। খৌরম আসী কুমপাপু পুমনা লৈরিপা নঙঙোনতা সিলফম কারমপাপ্ মাঙাং অৈনা পাওতাকহৌকাপানো ।২,১৮। থাৱাই য়াইপীরেলকি মিরেল লালনা ৱাপু তাংচা সমপুম-মারমতা লুৱাং নঙঙোনতা লাংপল আৱোললুক চেঙপুম মানাওতোন-কুমপাপু অৈনা ললসিংপীপানে। ২,১৯। তাইপঙ পুমনামাকি মাতীক সুপথোইপাপু মাঙাং অৈনা কারম খঙঙমকাপানো হাইঙমলোইয়ে ।২,২০। হাইনা খামোই লৈকানুংপু লৈকা মাখুম খুমনা ৱারম সানফোংপীতারাপাকি লুৱাং হোঙনেম লৈকোইপাতী হকসাং মাতু লিং, সারা তুখোঙ চুংনা থুমলেল য়ীচেলথারকলে ।২,২১। তাংচা মালাই লোংনা পিরেল লাইচা নারাং হৌরকলে ।২,২২। খুংফাং চেপনা লোল ফুপাক লৈতাই তুনা পাওহংচারকয়ে ।২,২৩। হে য়ীপুংঙু নঙতী য়াই-ফারেল য়াইফাপালকতাকি লাংলেল ৱাথক খোলকুম য়াইফা সুপনা থোইপা মাপুরেলনে।২,২৪। তাইপঙ থাৱাই পুমনানাকি খোইৱাংহি মাসিল থুমখোইপাপু থুমলেল য়ীসৌ হৈপী, খোইদাং য়ীসৌ হৈপা আনীমাপু কুরুম নঙপু নংতানা খোইয়ম কানাকুমপানা নোংতন-ঙমলিপানো ।২,২৫। নাতাইরেন য়ীখোয়কি থাৱাই য়ীমিরেলপু লান-পিকে হাইপাকি নোংচেং য়ীমারুতা নাপী নাপা নাইতানা নাতোম সানফোংলকপানে।২,২৬। কুরুম নঙপু নংতানা চৌঙঙু কানাকুমপানা তাকপিঙমলাকাপানো হাইনা পুরুমচাখিয়ে ।২,২৭। সারাং মেললৈপাসুঙ পিরেল মীংপাল সিলনা হকসাং পুমনা নীকলকলে ।২,২৮। য়াথং লৈসি লৈথোন থোইনা ৱাকৎচারকয়ে । ।২,২৯। হে য়ীপুংঙু য়াইফা পোইপা নঙতী খোইৱাকুম নারী থাংতে, তিংকোই-

কুম নাতারমতাপাকি চাপোক কা তাংসিনপা নাওতা খোংতোল সাং-পারকতা য়াওতাপাকি লীকলাং কোনকা তাপা, য়েননা চালাং থাংনা তেকতা লাইকোই থোংফাতাপাকি চোয়নৌ সানা মৈথাংকোনকুম সানা কোনচু মাঙফাতাপাতী কুরুম য়াইপীরেল সিতাপা নঙনে। ।২,৩০। নাতাইরেম য়ীখোয়পু পাওতাক ফীরোল নাইপীরাকুনো হাইনা ৱাকৎচাখিয়ে। ২,৩১। চেংলৈ নিংথৌহলপা মিংলেল নোংছুম-পাসুঙ চাংচৌ চেপনা লোল মাললেম লৈতা পকনা ৱাকৎচাখিয়ে। ২,৩২। হে য়ীপুংঙু নঙতুম মাচি য়াইমারুনে। ২,৩৩। থাৱাই নিংসা পাললিপা খৈপীককি থামোই লৈকান্নুংতা সীনপা থুংনা লৈপীরিয়ে হাইপাকি হে য়ীপুংঙু নঙকি কোনলোয় নামিংথোংপু মাঙাং কুরুম চিপা মংলেলকোইপাঅো তৌনা কৌনারিয়ে।২,৩৪। কুরুম নঙপু নংতানা লাই কানাকুমপানা তাকপিঙমলা রোইয়ে হাইনা আসুম পুরুমচাখিয়ে।২,৩৫। নিংথৌ নাওখিংখোংনা সামু মাখুৎ লোলনা ৱাকৎচাখিয়ে। ২,৩৬। হে কুরুম নঙতুম লাই খৈপীকতাকি সানা চীঙকুমপানে। ২,৩৭। থাৱাই পুমনামাকি খোয়চি মিছল পিপা, নাকলু ফি য়াললিপাতা নাৱা মোমচেললিপা খৈপীককি পালকন চৈসৌ ৱোইপীরিপাপু লাই কানাকুমপানা তৌঙমলিপানো। ২,৩৮। মারম আসীকি কোনলোয় নামিংথোংপু চিপা মংলেল কোইপাঅো হাইনা কৌনারিয়ে। ২,৩৯। খৌরম কারিকি থামোই লৈকা মাখুম খুমনা থমপীরাপানো হাইনা পুরুমচাখিয়ে। ২,৪০।

হায়েন নিংথৌ মোইরামপানা ফুপাক লৈতাই তুনা ৱাকৎচাখিয়ে।২,৪১। হে য়ীপুংঙু থোইকোইপা নঙতি লৈরোল নোংলোল

আহুমমাকি কাসা য়াইনিংথৌনে। ২,৪২। হীমারু য়াইকোলন্নুংকি মিরেল থা মায়োলকুম নাওব্রা মোমচেলতানা সানফোংলকয়ে হাই-পাকি কুরুম কোনলোয় নামিংথোংপু কুরুম আতিংকোকঅো তৌনা কৌয়ে। ২,৪৩। লাইচা তারঙথককি ঙমখৈ পালতম নাইতাপা আসীতা থাব্রাই লালনা হিপু চীঙঙ্ কানানা তোংচেং হিনাও সাঙম-লাকাপানো। ২,৪৪। খোইয়ুম মাইকৈ ঙাকপা ৮ (নিপাল) মানাচিংনা থাব্রাই মাথানাকি হিথাংফমপু খঙতানা পাললিপা মাসেলনে। ২,৪৫। থৌরম আসী য়েংনা নাতাইরেম য়ীখোয়পু থৌচাল তাইহেল নাইপী-রাকুনো হাইনা পুনেমচাখিয়ে। ২,৪৬।

খুনচাল লাকাপাসুঙ চাংচৌ চেপনালোলনা ব্রাকৎচাখিয়ে। ২,৪৭। য়াইফারেল য়াইফাপা খৈপীককি লুচিংলিপা হে য়ীপুংঙ্ তাঅো। ২,৪৮। নাতাইরেম য়ীখোয়কি থাব্রাই য়ীমিরেলপু সানা ফুথোং থৌতা কুরুম নঙপ্ নৎতানা তাঙচা সমপ্ম মারমতাআপ্ খোইয়ম কনাকুমপানা তৌপীঙমলাকাপানো। ২,৪৯। চীঙঙ্ লাইয়াম খৈপীকতী ব্রায়েল থৌরকচললিপাকি লিললা হু থৌরী আমৌপানা পললিপা মাসেলনে। ২,৫০। থুমলেল নাথৌচালপ্ থৌচাল নমমুকনানা থুপপিরাকুনো। ২,৫১। মাললেম লৈসেমলোল ক্রৌ নোংহৌরী আরিপাপ্ নাতানীঙপানা লাইচা য়িখৌলাংকুমলে। ২,৫২। হাইনা আসুম ব্রাকৎচারাপাতা য়োইপারেল মাপারি ৬ (তারুক) মাকি য়াথং থৌখল আথুমপাপ্ ব্লপী পকনীঙ পেলপি-রাপাকি মাঙাং লাইনীঙসিং আনৌপানা থামোই লৈকা মাখুম হাংনা মাললেম লৈসেমলোল আরিপাপ্ ফোংথোকপিরকলে। ২,৫৩।

তাঅো তাঅো, হে য়োইপাৱেল য়ীপাৱি লুৱাং হোঙনেম লৈকোইপাঅো নঙনাচিংনা নঙখোয় ৬ (তারুক) মাকি য়াথং পাওহুং ৱা আসীপু তাইপঙ নোংসাপালতা পুমনা লৈতাৱিয়ে। ২,৫৪। মীপোক য়াইকাপা নঙখোয়কি য়াথং পাওহুংৱা আসীপু মাঙাং ঐনা ঙাকঙমলাৱোইয়ে। ২,৫৫। তাঙচা সমপুম মারমতাআপু ৱাহমলককে ৱুলপী পুকনীঙ পীনা নাতাচাঅো। ২,৫৬। তাইপঙ পুমনামাকি লৈপাক পালপীৱেল মাললেম লৈহৌফমতী পোইৱে মৈতৈ লৈপাক আসীনে। ২,৫৭। লৈপাক কিথুপ মাথেক ৩ (আহুম) স্নইয়ে। ২,৫৮। তাইপঙ পুমনামাকি লৈপাক মামিংলেলতা থমপালঅো তৌনা কৌয়ে। ২,৫৯। থমপাল লৈখোঙলেলতী সীঙলেল লৈপী চং, লৈৱাং লৈগোঙ লামনা নোংপোক পুঙয়াল লমতা চংখিৱে। ২,৬০। সীঙলেল পানপীনেলতা খোইয়মা সতাপানা থমপাল লৈখোক পায়না খামলৌবে। ২,৬১। লৈখোক মাকিং নাইপাকি লৈপাক মাকিং নাইনা তিংখং খোঙয হকাইঙনে। ২,৬২। লৈপাক মারমচংস্নঙ আকন আনৌ য়লনপনা চংলিপানে। ২,৬৩। থমপাল লৈতোল নীঙথিপাতী খানা পাংপা মাইকৈরন লংথাখিৱাপাকা নোংচুপ পাংপা মাইকৈরমতা থমপাল লৈকা ফলনা সাংলময়ে। ২,৬৪। লৈয়োন নিংথিপাকি সীঙলেল মমাল লৌনা লৈপাক পুননামাপু লংমাই সেংপারাকুমনা লমচং খোইনা সেংথোইঙেনে। ২,৬৫। পামেল মাকিংনাইপাকি তিংখং খোঙয়ু খোইপাপু সোঙনা লৈঙমলেপইয়ে। ২,৬৬। সীঙলেল লৈথেক অমানা ক্রৌ নোংমাতোল আৱাংপাতা চোংথংখিৱাপাকা তাইপঙ পুমনা সীননা সীঙলেল

লৈকা ফল লৈরাং লৈনা কুপনা পাললিপানে । ২,৬৭ । আতুনোংকিপ্ন সীঙলেল লৈমিং লৌনা মাললেম লৈমায়োলঅো মিংথোললময়ে । ২,৬৮ । হে লুরাং সললাইহলপাঅো মাঙাং লৈঅনা য়াথং মাচেংমাতাআপ্ন য়োইপারেল নঙখোয়ত। এ লফেৎ পাওমেল-লমপানে । ২,৬৯ । থৌরম আসীকি রারম মান্নুংচলপাপু লৈরিয়ে । ২,৭০ । থোইরাকুম মারী থাং, তিংকোইকুম মাতারামপা সেকমোম কাইমোনন্নুংতাকি মাললেম লৈহৌ নোংহৌ রাপ্ন মাঙাং য়ীতীক রোইতায়ীকুম, সানা সাচৈ সং, সাৱা চুমমি ফাক, মাললেন লৈপাক মাথুম হাংনা খিচীকতা রাহমলককে । ২,৭১ । রুলপী পুকনীঙ তপনা নাতাঅো । ২,৭২ । হাইনা আস্নুম পাওতোকপিরমপা মাললেম লৈ-সেমলোল আরিপা আসীপ্ন হে লাইবেল মৈতেংঙ্ন পামইপাঅো নিংথৌ মাঙতা থানা থাপা লীকলেং সীনকুম রাহমলককে রুলপী পুকনীঙ তপনা নাতাঅো । ২,৭৩ । মীপোক য়াইফাপা আহল নাতম রোইনা পুলসী চাহৈ কুইরাপা মাললেন লৈপাক কোইপা আয়ানপা স্নুঙ নোংপোক আঙৌপামপানাচিংনা নঙখোয় আয়ামপাস্নুঙ রুলপী পুকনীঙ তপনা নাতাঅো । ২,৭৪ । হায়ি হায়াই হে ॥ ২,৭৫ ॥ (★) ॥

# ৩ সুবা পনখৈ

মাঙাং কুরুম চিপা মংলেল কোইপানা ব্রাহমলকয়ে । ৩,১ । হে কুরুম লৈচাওপাঅো সারাং নিংথৌ মেলখোমপা, নিংথৌ নাওথীং খোং নওখোয় ৩ (অষ্টম) মানাচিংনা য়োইপারেল য়ীপারি আয়ামপা নওখোয়সুঙ ব্রুলপী সেললোঙ নীকতানা নাত্তাঅো । ৩,২ । তাইপঙ পুমনামা আসীপু আতিংঙা ঙমখৈ পালতম নাইতানা মাতম কায়ামা-রমপু কুইনা হেলখিরাপাতা আতিং পীপুকনুংতাকি নুংসীং আপিসা আমাকা লীকলা য়াইরংচাল মাতুম আমাকা আনীমাপু চক হাকথক আমাকি ব্রায়েল নোংতমনাপাপু মাঙহালতানা নোংতমলিপাকি নুংসীং সিতাপা আতুকা লীকলা য়াইরংচালকা আনীমাপু নুংরোন পুকতিল-নারাপাকি মি মাকু পালকনপা আমাপু নাওনৌরকলে । ৩,৩ । মাকু মাহাককি কাইতোং খুফমমাপু লৈতাপাকি তাইপঙ মাইকৈ পুমনা কোইনা কাইতোং খুফম থিঙমপাতা ফমপী মাঙফাতাপা লীকলা য়াইকোলনুংকি খোইয়ম মাপুরেল আথোইপাসুঙ মালেম লৈসেম-লাইতমকি চক মাতম ফংলকলাপাতা চীঙঙু সামু মাহাকসাংপু ক্রৌ নোংলুম মাসক ব্রোইনা লংথারকলে । ৩,৪ । খোইয়ম পাইমা

মানিংসাকি সানা তাঙপল থকতা তোংনা খোনসেল য়াইপীরেলকি মাসক ব্রোইব্রিপানীকিনা চেংলৌ মাসক আরেপপাপু সানফোংলকতা-রিয়ে । ৩,৫ । খোইয়ম মাঙাল আরাপাতী নুমীৎ লাখা আমা (লীসীঙ তারা) পু ঙমচানা তাইপঙ পুমনা ঙালনা সানফোংলকলাপাতা চীঙঙু অং খোনসেল থুমখোইপাপু তানা নি মাকু পুলসীপাতী ব্রুলপা পুকনীঙ ঙক, চীঙঙু মাঙাল য়েংনা পাইসিলখিপাপু খোইয়ম সিতা-পানা য়ারা খোনসেল ঙংনা পাওহংঙামেয়ে । ৩,৬ । তাইপঙ আমমপা আসীতা চীঙঙু অৈপু হালনা লৈঙমপা নঙপু কানানো হাইনা আসুম পাওহংলকপাপু মাকু পুলসীপানা পা ওখুমখিযে । ৩,৭ । চেংলৌ নাসক ব্রুহালতানা খোনসেল লৈবাং আতিংঙানা পাওহংলকপা নঙতুম কনানো । ৩.৮ । মাকু অৈপু সালখঙহালআো । ৩,৯ । অৈতী মি মাকুপালকনপানে । ৩,১০ । পোলপী অৈপু কাইতোং খুফম খিপাকি আরা মাখৈ লৈতানা পাইনা লৈঙমপানে । ৩ ১১ । খোনসেল আতিংঙা নঙতুম ফমপী কাতাইবনতাকি ফোংথোকলকপানো । ৩,১২ । চেকলা অৈপু ব্রাবম থাংখৈ সেংনা পাওতাকপিআো । ৩,১৩ । হে খোনসেল আতিংঙা নঙকি নাঙাল আবাপাপু মীৎয়েং সানখৈপাতী চীঙঙু লাইমারুকুমেয়ে । ৩,১৪ । খোইয়ম মাসক আরেপপাপু ব্রোইরা-পাতী নাসক আবেপপাপু ব্রুৎপীআো ।৩,১৫ । হাইনা মাকু পুলসীপাতি কাওপী চীকালুকনা আসুম পাওহংচারাপাতা চীঙঙু মাপুরেলতী মাকু মাতৌ য়েংনা মুংসিপীরাপাকি খোইয়ম মাসক আরেপপাপু কুমসীঙ চাহৈ ১৫ ( তারামাঙা ) কি আঙাং পুকনীঙ হুপাপু ব্রোইনা ফোং-থোকপিরকলাপাকা মাকু চিপা হলমুপাতা পাওহংলকয়ে । ৩,১৬ ।

হে মাকু পুলসীপা নঙপু আতিংঙা পালতম নাইতাপা আসীতা চীঙঙ্, যীমাঙ পানা মাতম কায়া কুশ্না লৈঙমলাপানো হাইনা পাঙহং-লকপাগে মকু পুলসীপানা পাংখুমলকয়ে। ৩,১৭। নাতাইরেম অৈকি চেকলা য়ীপুলসীপু চাহে কুমসীঙ লাকনা কানানা শিঙমলাকাপানো। ৩,১৮। চক হাকথক ৬৪ ( হুমফুমারি ) সুনা লৈঙামলে। ৩,১৯। মাকু অৈনা কাইতোং যমপী শীপাকি নোংপোক মাইকৈ লমতা চক হাকথক আমাপু পাইবমলুপাপু চীঙলেল চাঙপোইপা আমাতাআপু রোকনারকতে। ৩,২০। মাইকৈ খানা পাংপারমতাসুঙ চক হাকথক আমাসুন। কাংতোং খুকম শিকপাসুঙ তনলা বুপালমাপু হৌঙামতে। ৩,২১। নোংচুপ পাংপা মাইকৈরমতাসুঙ চক হাকথক অমাসুনা পাইরমলুপাপু থারাই কানাকুমপাপু মাকু য়ীমাঙ খলনা লৈঙাম-তে। ৩,২২। তৌয়ীকুম মাতৌ রোনপোকপা আমাপু লৈঙমেয়ে চীঙঙ্, পুকনীঙ তপনা নাতাপ আো। ৩,২৩। আরাং পাংপা মাই-কৈবমতা চক হাকথক আমাসুনা পাইখৎলমলুপাতা মুংসীং আয়ীং-পাপু ফলুবাপাকি পোলপী যীখোঙ য়ীঙ, চেকলা য়ীসা খোইনা মুংথম তারকচলপাপু আকম ফকফা নীকেকুম চেকলা সাফু ঙমতানা মাতম কায়াকুইনা পাংখৎ থরাপাতা চকমোম মৈকি মুংসীং আসা-পাপু লমরোকনাকরাপাকি মৈব মাখি নাং, থামপী মারাং হৌপাপু য়েংনা বুলপী পুকনীঙ ঙকয়ে। ৩,২৪। থারাই কানাকুমপানা থোপা ঙমলারাকাপানো। ৩,২৫। নাতাইরেম অৈসুঙ বুলপী পুকনীঙ লেপনা চকমোম নৈগিমুংতা মাকু থারাই মাঙনা সিথিরাপাসুঙ চেকলা চীঙঙ্ য়ীরাইপকনে। ৩,২৬। কাইতোং ফমপী খঙতাপাকি আরা

মৈসা লাংপানা থোইসিললকলে ।৩,২৭। থাব্রাই হিংনা লৈতুনা
থৌরম কাননারাসীপানো, পোলপী থাব্রাই য়ীমিরেলপু থাথোকলাকে
হাইনা চীঙঙ্ নোংতমলিপাপু ভেংথানানা মীকপলিঙৈতো ক্রো নোং-
মাতোলতাকি নোংলুম মাসক ব্রোইনা পাইথারকলাপাকা খোইয়ম য়াব্রা
মাখোনসেল আঙংপাপু নাতাইরেম অৈনা নাতারাপাকি চেকলা য়িসা
চোকপানাচিংনা তারাচা পুকলামপা, লাইচা য়িখৌলাংপা খৈপীকপু
কোকথিরাপাকা ব্রুলপী পুকনীঙ চঙখোনপাবু ললকুপীরাপাকি
আরাম খৌরাংপা আব্রা হুইরাং সোলপা খৈপীকপু থোকাওহাললা-
পাতা চীঙঙ্ থোইকোইপানা য়াব্রা খোনসেল থোকনা বাহমলকলে
।৩,২৮। হে মাকু পুলসীপাঅো চকমোম মৈতারেঙ অরাপানা
ক্রো নোংথোঙঙাকলিপা আসীপ হেলনা পঙনা পাইখৎফারোইয়ে
।৩,২৯। থামপী মৈকি পললোল আসীপু হেলথিরাপাতী থাঙলেল
মায়া আথৌপাকুম স্নংসীং থোইনা থৌপাপু লৈরিয়ে ।৩,৩০।
মাকু নঙপু নাখোঙ নাসা সোহিনা থাব্রাই লেমনা মাঙলাঙৈনে
।৩,৩১। চক কুমসীঙ কায়াকুইনা পুলসী চাহৈ সাংঙমলাকি মাহৈ
ব্রাচামলপু পুমনা লৈরারোইয়ে ।৩,৩২। ব্রাচুম সানা য়াইকোলম্লুং-
স্লুঙ হীনারু য়াইকোলম্লুংকা লীকলা থুমকোইপাকি থুমলেল য়াইকো-
লম্লুং মকতাপা আহুমমাতী মাকু নাতীক নংতে পঙনা ফংফারোইয়ে
।৩,৩৩। মীপোক য়াইফাপা থারাই চংখোনপাসিংনা পাথুপ লেনেম
থৌতা মারাল হুমরোইনাপাক হকসাং মৈরা থালকুমলাপাসিংনা
লাইনীঙ ব্রাচামলকি আব্রা য়ীসৌলাংতানা তানফংচাকাপানে ।৩,৩৪।
হে মাকু পুলসীপা নঙতা চেকলা নাপুলসীতাআপু পঙনা কুইচাঙাম-

পা নাঙাইয়ে। ৩,৩৫। খোইয়ম লাইকি থৌতাপাংতোক পোৎসক খঙতাপা চাঁউডু লাইনীঙ থোতা লীকলা পীসিলতোল মারমতাআপু লৈতারিপা নঙনা কারম তানফ চাঙমকাপানো থুনা হলরাইখিরো। ৩,৩৬। মাললেন লৈসেমলাইতমকি রায়েল্ল মাতম ফংসিললকলে। ৩,৩৭। চাঁউডু মাপরেল আথোইপাপু ফংচারাউনে। ৩,৩৮। মাকু নানীঙতমনা থৌখলচারুরে। ৩,৩৯। হাইনা পাঙতাকপিরমলাপাকা চেংলৌ সক রুহলতানা মাঙখবে। ৩,৪০। নাতাইরেম লৈঅম্বঙ চাঁউডু কোনলোয় মায়াথংপু তাঙচা কোকতা থোংনা হলরাইরকপাপু আসাইউঁকি মুসীং আয়ীংপাস্বঙ চাঁউডু মাথৌচালনা মাঙপিঙমলাপাকি আরা য়ীসৌ লাংতানা যীবাল হলরাইরকলাপাকা মাকু য়ীতোমমাপু ক্রৌ খোইনা, রাঙপল পাংনা য়েংনা লৈঙানপাতা আতিংঙা পমনা ঙালনা ফাঙবাপা হে য়ীপুংঙু খোনসেল লৈরাং আতিংঙা নঙপু কানানো। ৩,৪১। হাইনা আসুন য়ারা খানসেল লাগুনা তেংপা মীকপচারাপাতা মাকু মতৌ মুংসিপাপু য়েংনা থৌচালপীরাপকি চাঁউডু মাপনেল লাইকি লাই সিতাপাতী চাহি ১৫ (তাপানাঙা) কি মীবেও চেংলৌ নাপোকলক পা চোয়নৌ সানা আহিংপাকি সকলেল নাঙাল আপাপাপ লাকডমতানা তাইপঙ পুমনা ঙালনা পাহমলকগে। ৩,৪২। হে মাকু পুলসীপা নঙতী নাতোম কাইতো খুফম খিনা কারম লৈঙমপানো। ৩,৪৩। চকলা নাসাতোলপু কারম চোকতাপনে। ৩,৪৪। তাগা নাচীনচাকস্বঙ চীনচাক কাবিকুমপাপ চাঙমপানো। ৩,৪৫। মাকু নঙকী পালকন আচৌপা আসীকুমপাপ মাতীক কানা হাইঙমকাপানো।

। ৩,৪৬। হে মাকু, পুলসীপা নঙতী খোইয়ম সিতাপা অৈকি সামু য়ীহাকসাংকমপা মাহাকনে। ৩,৪৭। হাইনা চীঙঙ্, পাম্মা মানিং-সাকি সানা তাঙখল মাচেংমাপু থাইপীরাপাকা মাকু কাইতোংফমপু রোইনা আরা পোংগাহাললে। ৩,৪৮। খোইয়ম সিতাপানা হে মাকু পুলসীপা নঙতী থারাই নিংসা পাললিপা খৈপাকপু চেকলা নঙনা হালঙাময়ে। ৩,৪৯। কোনলোই নামিংপোংপু মি মাকু আহলপাঅো কৌনাস্নুনো। ৩,৫০। চীঙঙ্ সিতাপা অৈস্নুঙ মাললেম লৈসেম চক ফংলকলাপাকি আতি ঙা খোইখৈরেল আসীপ য়িলতাললকগানে। ৩,৫১। মাকু য়ীপীঙঙা লোইনানা মাললেম লৈসেমমানাসে। ৩,৫২। চীঙঙ্ অৈপু খোইয়ম আবোনপাপু নংতে। ৩,৫৩। হীনারু য়াই-কোলমুংতাকি চীঙঙ্ লাইনীঙসিং আহালপা মাহাকনে। ৩,৫৪। মি মাকু পালকনগা নঙতী কাইতোং খুকমলেল আসীপ চেংনা ঙাকঙামঅো। ৩,৫৫। খোইয়ম লাইনীঙসিং অৈতী আবাং লাইনা পাংপারমতা তাইপঙ মিগুতেং তেংকোল য়াইনমচীঙ আপাকা কাইপা চীঙতোমপোক মাহে য়াইরাংচীঙকি চোয়নৌ সানাচীঙ মাললেম লৈতুপাপু সালসেমলুখিকে হাইনা রাহনলকপাপু মি মাকু পুলসী-পানা চাংচৌ চেপনা লোলনা থকেংচাখিয়ে। ৩,৫৬। হে য়ীপুংঙ্ চীঙঙ্ সিতাপাঅো নতাইরেম অৈপু মাতম কায়া মুংসাংনা লৈঙাম-অো হাইপানো। ৩,৫৭। নতাইরেম অৈতী আরাম খোরাংপানা-চিংনা চেকলা য়িসা চোকপাকি পালকন য়িয়েং তাপাপু পুমনা লৈরম-তে। ৩,৫৮। হে য়ীপুংঙ্ খোইয়ম সিতাপা নঙপু তানফংচারাপা আসীতা আরাম খোরাংপাস্নুঙ মাকু য়িসা চোকনা পালকন য়িয়েং

তাপাপু খোইসিললকলে। ৩,৫৯। মাতৌ কারমপাপু ম্নোইরাপানো ম্নোনথোকয়ে। ৩,৬০। নাতাইরেম অৈকি পালকন চৈসৌ ম্নোইনা-পাপু হে খোইয়ন সিতাপা নঙনা পালকন য়ীচৈস্নু লোকলৌ পানম য়ীনমখাঙ ম্নোইনাপাপু ললকুপীরমশো। ৩,৬১। হাইনা আস্নুম পুরুমচারাপাতা চীঙঙ্ মাপুরেল সিতাপানা মাক্ পুলসীপাকি নাকোঙ খোঙচাংরেল আনীনাতা লাইমিং মিংখৈরেল আখোইপাপু নিংসা চৈবোইনানা কামসলপীরাপাতা মাকু পুলসীপাতী আন্নান খৌরাংপানাচিংনা সাকন মাসা চোকপাপু মাঙখিরাপাকি নোংসা পালকনপা লীসীঙ আনাকি পালকন মাতীক কনহৌরকলে। ৩,৬২। খোইয়ম লাইনীঙসিং আহালপাস্নঙ নিংসা ফালতেংনাকি খোঙম্নোই-নানা আন্নাং লাইনা পাংপারনতা হুলখংখিম্নে। ৩,৬৩। হাইনা মাঙাং চিপা মলেল কোইপা লাইনীঙসিং আনৌপানা য়োইপারেল নাতাইরেম পুমনানাতা পাংতাক পিরমপা ন্নারন আচেংপানে। ৩,৬৪। হে নীপোক য়াইফাপাসিংশো নঙখোয়পু হৈরোম সিতাপাকা ক সানা মিংখৈরেল আর্নানাপু সোলনা নাতাপিশো। ৩,৬৫। পুলসী মাখোই তোংনা য়াইফা নারাংকাইপাপু লেপনা তালফংচাঙনে। ৩,৬৬। হে লাইরেল মৈতেংঙু পামহৈপাশো নিংখৌ নঙকি সানা কোলন্নুং-লেল মায়ায় থিংক্রুচীঙ আসীতা লাইচী হালনা মাললেম লৈহৌলা-ঙনে। ৩,৬৭। ন্নুলপী সেললোঙ নীকতানা নাতাশো। ৩,৬৮। নাপোইরৈ সানা পুঙনায়োন আসীকি মার্তাক আকপাপু লোমনা হাইঙমলোইয়ে। ৩,৬৯। তৌয়াকন্ন তাঙচা সনপুনমারনতাআপু ন্নাহনলককে। ৩,৭০। হে নোংপাল আঙোপানপা মাললেম লৈপাক

কোইপা খৈপীককি লুচিংলিপা সীনৌ নোংথোলপা আনীমানাচিংনা মাললেম লৈপাক কোইপাসিংঅো নঙথোয়ন্নভ বুলপী পুকনীঙ তপনা নাতাঅো। ৩,৭১। হায়ি হায়াই হে ॥ ৩,৭২ ॥ (★) ॥

# ৪ সুবা পনথৈ

আসাইঙৈকি চীঙঙ্ মাপুরেল লাইনীঙসিং আহালপাতী পুক্নীঙ আকি চঙলে। ৪,১। মাক্ মাকি কাইতোংফমতী লাইচা য়ীনোং আচৌপা আতুনা থমপীতারে হাইয়ে। ৪,২। চীঙঙ্ য়াইপীরেল সিতাপাতী খোইয়ম সমলাংমুংতাকি তাঙচা সমপুমমাপু লাইচা তারঙ থকতা লংথারকলে। ৪,৩। নোংতারেল্ য়াইনমসাকি মিরাং আপিসাপু মালনা সমলাং তাঙচা লুরেলতোলতী লাইচা কোংপোল মালয়ে। ৪,৪। কোংপোল লীকলামুংতা সীঙলেল খোঙহৌলৈ থমপাল ঙৌচুনাপা আমাপু লৈরাং লৈনম চাওনা হৌরকলে। ৪,৪। সীঙলেল লৈয়োলমুংতা খোইয়ম লাইনীঙসিং আহালপাতী হীকোক চুতানাপা মুতারেঙ তানৌপাকি নাওরা মাসুং মালকুম সালরোনলকলাপাকা মাঙাল আরাপাপু লাকঙমতানা য়ুলপী পুকনীঙ হুয়ে।৪,৫।

আসাইঙৈকি খোইয়ম লাইনীঙসিং আহালপাতী মি মাক্ পুলসীপাকি চেকলা কাইতোংফমপু য়িলতাললকলে। ৪,৬। মাক পালকনপাতী পাইমা য়ুলকোইমুংতা নীঙখনখিয়ে। ৪,৭ লাইচা তারঙথকতাকি কোংপোল লীকলা মানুংতা নীঙথি পুকনীঙ হুপা

আসীপু খোইয়ম কানাকুমপাপুনারিপানো হাইনা পাংহংখিয়ে । ৪,৮ । মাকু অৈক কাইতোং খুফমলেল আসীপু তালনা নকসিললকপা নঙপু কানানো । ৪,৯ । চেকলা ত্রেৌ য়ীনোংপৌ ক্রুম য়ীকাসাপু রোইরাপারা । ৪,১০ ক্রুম য়ীনোংপৌপু নংতানা চীঙঙু চুমতাপা খোইয়ম মীনমপাপু রোইরাপাতী মাকু য়ীফমলেল আসীতা নকসিললককনো । ৪.১১ । হাইনা রাহমলকপাপু লাইনীঙসং আহলপানা নীঙখনখিয়ে । ৪,১২ । মি মাকু আসীকি পুকনীঙ আপেপপাপু রারম থাঙইসেংনা সালখঙলাকে হাইপাকি য়াথং আয়াকপানা পাংখুমলকয়ে । ৪,১৩ । হে মাকু ফংতাপা পোলপী সিখৈচল, চেকলা মান্নখাঙ, থারাই মীকৌ হৈপাকি সারি পাংতোকচেলপা মাকু নঙকুমপানা চীঙঙু অৈপু পৌরোইতানা কারিকি পাংহংলকপানো । ৪,১৪ । চেকলা মীনমপা নঙপু খোইয়ম কানাকুমপানা পৌগারমপানো । ৪,১৫। মাকু নঙকি কাইতোংফম আসীতী হায়েং মালেম লৈসেমলাপাকা মোংপা য়োইসাকাইকি কাসা পাংতাকফমপু রোইরাতৈঙনে । ৪,১৬ । মাকু নাতীক নংতে, চেকলা পোংপাফারোইয়ে; নঙপু থুনা চাইথোকলো । ৪,১৭ । হাইনা তানগোকলাপাপু মি মাকু পুলসীপাতী কনচাও মৈরা হৌনা রাহমলকয়ে । ৪.১৮ । কোংপোল লীকলা মান্নুংকি হে আঙাং আপিসা নঙনা মাকু য়ীতীক খঙতানা কারিক রাহমলাপানো । ৪,১৯ । আতিংঙা আমম মীংপু ঙকপা আসাতা মাতম কায়ামারমপু লাকঙমতানা হেলখিরাপা মাতুংতা চক হাকথক ৬৪ ( হুমফুমারি ) সুনা মাকু অৈকি কাইতোং ফমপী থিনা পাইঙমপাপু তারা চাতংতা লাইচা রীয়োংতানা লৈঙমপাসুঙ

মাক্ পারাই মাঙনা নোংমলঙমতাপা পোলপী চেক নামুং মি মাকু সিতাপানে। ৪,২০। হৌচীক মতম আসীতাল্লগ চীঙঙ লাই-নীঙসিং অহালপানা নাকোঙ শোঙচাপবেলতা হ র স মিংলেল সিতাপা আল্লমনাপ্ কামসিলপীবাপাকি য়োইপারেল নাইনুংচঙ রোইপাপ্ তালফংচাবাপাতা কাইতোং ফমপী আপোইপা আসীপ্ চেংনা ডাকঙামঅো হাইনা মাকু ঐঅপ পৌপারমহে। ৪,২১।

আস্নম চেকলা মাকন হৌ, পোলপী সাল্লম চাপ, মাকু মাঙক তিনা তাল সিললকলে। ৪ ২২। কুকম য়োইপাবেল আনীমাতী তারঙপকতা হেবল লালসোকনাকে তৌকুমলাপকি চীঙঙ মাপু-রেলন। নীঙখনখয়ে। ৪,২৩। মি মাকু পুলসীপা আসীপ্ রুলপী কনীঙ লেপলে। ৪,২৪। চেকলাপ্ হেবল লালসোকনাফাবোইয়ে হাইন য়াপ আফাপানা রাহলকয়ে। ৪,২৫। হে মি মাকু পুলসী-পাঅো নঙকি পুকনীঙ আরেপপা। খোইযম ঐঅনা সালগঙলে। ৪,২৬। চেকলা পুকনীঙ কংচাপপাপ্ চৈরংলে। ৪ ২৭। মাকু নঙকি ক্রুম নাকাসাপু চীঙঙ সতাপা ঐনে। ৪,২৮। মালেম লৈসেনপৌকি তারংশক সেকনোম কানোমনুংকি লকতাইর লো তা-ইর রায়েল হৌনা লৈখা সকহৈ তমলাসে হাইনা পৌখানসিললে। ৪,২৯। মাকু পুলসীপানা কাপী চীথা লুলনা পাকংচাগয়ে। ৪,৩০। পারাই যীমিবেলকি কসা মাইনি পৈঅো নাতাইরেন আয়োনপাপ্ হলনা-হলনা ডাকপিঅো হাইনা পুনেমচারাপাকা চীঙঙ সিতপাল্লগ খোইয়ম কোনলোয় মাখিং হোংনা হাললেল হালপা লাইনাকঅো কৌরাপাকা মাকু পুলসীপাতা বাহন হয়ে। ৪,৩১। হে মি মাকু পুল-কনপাঅো নঙতা তারঙ পলতোল আইখপাপু লৈরাইমুংপী কোইনা

মীংয়েং সানখিরুঅো হাইনা পাইমলাপাপ্ মাকু পালকনপাওী খোইয়ম মাখোঙখাতা কাপ্পী চীকা লুকনা পুনেমচারাপাকা নোংলেম খানা পাংপা লনতা চেকলা খোঙসানলকলে হাইতাপারা। ৪,৩২।

হাললেল হালপা লাইমাকস্তঙ তাঙচা সগখোকম্নংকি সীঙলেল খোইহৌলৈ থমপাল লৈয়ায়থকতা লেমলৈ ঙাকনংপৌ লাইচা য়ীচু মালপাপু সালবোললকলে। ৪,৩৩। লেমলৈ ঙামায়োন পুমনামাকি কুরুম লাইনীঙফমপু য়োইরাঙৈনে। ৪,৩৪। লেমলৈ ঙাথক খোলনা পাফল লিললা নিংথৌ য়োইতুনা ফাইচৈ কারল লাকলে। ৪,৩৫। তুপী মামিংথোংপু পাফল আরিপাঙে। তৌনা কোয়ে। ৪,৩৬। লাই-রেল খোইহৌরৈ থমপাল হীকোক চুতানাপা আমাপু সানফোংলকলে। ৪,৩৭। সীঙলেল লৈতীক মাঙা চঙয়ে। ৪,৩৮। লীকলা থুমখোই-পাস্লঙ সারুক আহুম হুললিয়ে।৪,৩৯। খোইয়ম লাইমারুস্তঙ থমপাল লৈয়াইথকতা থামপী মৈগী চুতানাপা থিংকু লাইয়ীপীচাপু সালবোল লাপাতা খিংকু থকতা থোলনা লাইরেল হিংঙোল মালপাপু য়োইনা য়াহীপলাপাকা লাইরেল মাংেক যৈপু লৈরোং সারে। ৪,৪০। তুপী মামিংথোংতী ঙাংহল চাংখোইপাঅো তৌনা কোয়ে। ৪,৪১। লাইরেল খোয়চিম্নুংকি সীঙলেল সানা চুতানাপা আমাপু লৈকা ফজনা সাংলকলে। ৪,৪২। সীঙলেল লৈকা তারুক চঙয়ে। ৪,৪৩। লীকলা থুমখোইপাওী সারুক মারি মাচেং হুললিপানে। ৪-৪৪। থমপাল লৈয়াইথকতা খোইয়ম সিতাপাস্তঙ কাংরোই সারিকপাকি বোকলেল ঙাঙচুনাপাপু সালবোনলকলে। ৪,৪৫। বোকলেল থকতা থোলনা চামেল চুতানাপা লাইরেল আচৌপা আমানা খারাই

লাইচম খনকৄন মুঙতাই কারল লাকলে। ৪,৪৬। পাফল মাশিং-থোংপু কাংবোই য়াইমাপাআো তৌনা কৌয়ে। ৪,৪৭। তুপী খোয়চিন্নুংকি লৈরাং ইংঙোন মালপাপু সীঙলেল লৈনম চাংনা সালকোংলকলে। ৪,৪৮। লৈরা লৈতক তাকুক চঙয়ে। ৪,৪৯। লীকল খুমখোইপাস্ঙ মাঙাস্নুনা হুললিপানে। ৪.৫০।

হে লুরাং সালাইহলপাআো চীঙঙ্ মাথৌরাং আসীপু খৌরম বোনথোকপানে। ৪,৫১। থমপাল লৈয়াইথকতা লৈ.র লৈফানপী, লৈহৌ কাংচেৎসা, সাম্ য়াইসা নংথৌ আঙৌপা লাংকোই মায়া মারি পালপাপু পোকলকলে। ৪,৫২। য়াথক য়াখা ৪ ( মারি ) মাস্ঙ খুচীন মোইকাংতোল ২০ ( কুন ) মাস্ঙ হিংঙোন চুতানানা বলপী পুকনীঙ হুয়ে। ৪,৫৩। চীঙঙ্ য়াইপীরেল সিতাপাস্ঙ লাং-কোই সাথক খোলনা লাইরেল বাঙচুনাপা আমাপু সুনা লংলৌ হনকুন লংলা পুনথাং লোলকুনলকলে। ৪,৫৪। পাফল মাশিং-থোংপু মুংনাং য়াইনাপাআো তৌনা কৌয়ে। ৪,৫৫। লাইরেল খোয়চিন্নুংকি থমপাল সংচু হেলপাপু সাংলকলে। ৪,৫৬। সীঙলেল লৈয়াইথকতা ক্রৌ নোংলুমপাল আঙৌপাকি নাম্ পোপসক মালপা আমাপু সালবোনলকলাপাকা সাম্ মাখোঙ সেংসৌনানা সায়েং পালপু তং, য়ারেল খোঙথৈ চীকনা মাললেম লৈপুগৌপু ঙাইথম-লারে। ৪,৫৭। কোনলোয় মাশিংথোংতী লমচা সারাতোনআো তৌনা কৌয়ে। ৪, ৫৮। চীঙঙ্ হলপা য়াইরংচালস্ঙ লমচা থকতা খোলনা চোয়নৌ সানা কোনচু মালপা লাইরেল চাংখোইপা আমাপু সাল-বোললকলাপাকা মাংকৈফেপু লৈরোংসানা লেমলৈ ঙাহুল য়ীনকুন

পুকনীঙ ঙকয়ে। ৪.৭৪। মাতৌ কারমপাপু রোইরাপানো মাললেম লৈতুম আপিসামাপু য়াবেল সে, চনুংতো থানো না নৌরকয়ে।৪,৭৫। সামু য়ীথুংতোলনা লৈ কিচাঙনতে। ৪,৭৬। লৈতুম মানাম্লঙ তাপীলকতাবে। ,৭৭। শাল.লম লৈতুম অর্স. লৈয়েঙ লৈতোল পলপাক তাঙচা য়ৈবৈ লেনপানে। ৪,৭৮। হা না রাহমলাপাপু চৌঙঙ্ মাপলেলকি সামু খুংনি তৈ তমপোকপনা যাবেল খোং-চনুংতাকি লৈৗোকপব াকা মললেম লৈতুম আপিসাপু যেংনা রাহমাখয়ে। ৪,৭৯। চাঙঙ্ যাই লেল লেঙফাতাপা মাপুলেলনা মাললেম লৈসেমনাস্লনো হাপনা নোংতম াবকপাপুনা রইঙনে।৪,৮০। তমপা সকমায়োন নঙম। ওমপাল লৈয়াং ক আমীতা মাললেম লৈসীলাবো। ৪,৮১। সাঙলেল লেনা তও, শমপাল লৈকা সমনা মার লৈত. ‍ হৌরাবো। ৪,৮২। শমপাল লৈতাক নপাল চঙয়ে ।৪,৮৩ লাকলা খুনগোংপাসুঙ ৬ ( তাকক। সূনা জুল লপা আর্মাকি সাঙেলেল লৈনা মাখা ৪ (মার) মানা ম. কৈ চেথেক ৪ মাপু লাকলমঅো। ৪,৮৪। মপাল লৈনা৮ পাল মানা মায়কৈ ৮ ( নিপাল ) মাপু সালসেমলমঅো। ৪.৮৫। সাঁঙলেল লৈনা ১৬ ( তারাতাকক ) নাতা স্নঙতাহ ১৬ ( তারাতাকক )মাপু লংখং-লমঅো। ৪,৮৬। থমপাল লৈনা ৬১ ( হুমফুমাপোই ) মানা সাঁঙ-খাই ৬১ ( হুমফুমাপোই ) মাপু সালসেমলমঅো। ৪,৮৭। হাইথারাপাকা মাললেম লৈমালেল সীতাপীস্লঙ পাইমা বুলকোই-মুংতা নীঙখনখিয়ে। ৪,৮৮। তমপা য়িতোমমানা কারম মাললেম লৈসেমসীপানো হাইনা চৌঙঙ্ ল্যাইমারু লেঙতাপাপু থামোই ল্যাই-নীঙ চেংনা বুলপী লৈনীঙসঙচারাপাতা মাপারি লাংলেল রাপীহল

চীনকোয় ৪ ( মারি ) পালপা আমাপু নাওনৌরকলে । ৪,৮৯ । কোনলোই মানিংগোংপু নোংপোকআে তৌনা কৌয়ে। ৪,৯০ । হে নোংপোক চীনকোয় মারি পালপাআে নঙপু ল্যাওআে। ৪,৯১ । তমপা ঐকা মাললেম লৈসেমমানাসে হাইনা বাহমপাপু মাপারি চীনকোয় ৫(মারি) পালপানা হোয়য়াতাখিয়ে হাইতাপারা॥ ৪.৯২।

মাপারি লৈবা আতোলপা আমাপু নাওনৌরকলে । ৪,৯৩। কোনলোয় মানিংগোংপু আচিপাআে তৌনা কৌয়ে। ৫,৯৪। হে সমলাং তারৈনাপা নঙপু লাওআে। ৫,৯৫ । তমপা ঐকা মাললেম লৈসেমমানাসে হাইনা পাওসেমলাপাকা খোইয়ন আচিপা সমলাং তারৈনাপাকা ঙাইরোয়নান। মাললেম লৈতুম আতুনা থমপাল লৈখোইথকতা মাললেম চানীঙ লৈখিক মাললেম লৈসী হোবকলে হাইপাকি আসআে তৌনা কৌযে। ৫,৯৬। যেংনা-যেংনা মাললেম লৈহৌরকলে হাইপাকি হায়েংআে তৌনা কৌয়ে হাইতাপারা । ৪,৯৭ ।

থমপাল লৈনা হচি লাক সললে হাইপাকি হাংচিংআে তৌনা কৌয়ে । ৪.৯৮ । হাললেল হালপা লাইমাকস্থঙ পাযল লিলনা নিংথোপু সালরোললাপাকা লাইবেল মাথেক ফৈপু লৈবোং সানা য়াহিপলে। ৫,৯৯ । চোযনৌ সানা মৈথাঙকোননে আতুনোংকিপু সানা য়াইকোলমুংআে তৌনা কৌয়ে । ৪,১০০। নিংথৌ যাইকোলমুং আর্সীপু হেলফাতারে । ৪,১০১। পাফল খোইনা থমলময়ে হাইপাকি মায়ায় খোইপী চীঙআে খোলনায়ে। ৪,১০২ । লাইবেল খোইচিমুংকি চোয়নৌ সানা য়োইথমপাল সীঙলেল লৈকা ১০০০ (লীসীঙ আমা)সুপাপু থমপাল লৈনম চাওনা সানকোংলকলে ।৪.১০৩।

হে লুরাং হোংনেম লৈকোইপাঅো মাতৌ রোনথোকপানে ৪.১০৪। চীঙঙু য়াইপীরেলস্নঙ লীকলা থোইকোইপাকি থোইংহি মাসিলপু ঙাইরোয়নানা পমপাল লৈয়াইথকতা ফাওখৎলক লাপাকা কোনলোই মান্নিংথোলপু থোইয়ম পোকলেল পোকপাঅো তৌনা কৌয়ে হাইতাপারা। ৪.১০৫।

তমপা সিনস্নু লৈমা সিলইহপীনা সাম্নু রোয়রম ফম য়োয়পু ললৈমানা সারেল য়েৎলম লাংয়ে। ৪,১০৬। সানৌ মাচা মানাও আনীমাপু চলাফ লাইফি মাসীঙস্নুনা সেৎমাননৈয়ে। ৪.১০৭। কোকলেল লুতোলংকতা লৈরেল লৈচাং পুইয়ে। ৪,১০৮। লৈঙেং মাসীঙস্নুনা রুলপী পুকনীঙ হুয়ে হাইতাপারা। ৪,১০৯।

চীঙঙু মাঙাল আরাপানা তাইপঙ পুমনামাপু ঙাললকলে ৪.১১০। তাঙচা লুরেলতোলপু কাঅো তৌনা কৌয়ে। ৪,১১১। কংকোই নিতন হুলনা চোয়নৌ সানা য়োইথমপালকি সীঙলেল লৈখোকতোলপু য়াঙনা লৈখৎলকয়ে হাইপাকি কংলা নোংলৈয়াঙঅো তৌনা নিংপোললকলে। ৪,১১২। লেনলৈ ঙানাচিংনা পিংকু লাইয়িপীচাস্নঙ রোকলেল লাইরেলসিংকা লাংকোই লুরাংপাস্নঙ লমচা সারাকা সারেল সারাঙথকতা পোলনা-থোলনা খানিং মিকৌথৎলকয়ে হাইপাকিপু নমথকসারোলপুঙঅো তৌনা কৌয়ে। ৪,১১৩। নমথকসারোলপুঙকি কংলা নোংলৈয়াঙপু হালনা মললেম লৈরোইসিললকলাপাকা য়োয়পু ললৈমানা মাপারিমাপু নৌনাওরেকলে। ৪.১১৪। কোনলোই মান্নিংথোংতী আসীপাঅো তৌনা কৌয়ে

। ৪.১১৫ । তমপা লৈমারেল সিলহৈপীনা মাপারি লৈরাং আতোলপা আমাপু সাংলকলে । ৪,১১৬ । কোনলোই মামিংথোংতী কোনসিল ভিংথোকপাঅো তৌনা কৌয়ে । ৪,১১৭ । নোংপোক আরিপা চীঙঙু পোকলেল পোকপাসুঙ খোইয়ম আচিপাকা আহুমমানাচিংনা মাললেম লৈসৌথংলকপা খৈপীকপু লোনা লোনা সালসেমনারময়ে হাইপাকি মাসেম, মারৌঅো থোলনারময়ে । ৪,১১৮ । য়োয়পু লাইরেমমাকা পোকলেল পোকপা মাপুরেলনা হাঙসীঙমকাচিংনা লুচিংয়ে । ৪,১১৯ । মাপারি আহুমমাতা নোংপোক আরিপা চীনকোয় মার পানপানা হাঙসীঙমাচিংলাপাকা তেংপাক কাংকাপনাপাপু হারাও সিলতম হৌরকলে আতুনোংকিপু মাকাপঅো তৌনা কৌয়ে । ৪,১২০ । সীংনা নালনা মাললেম লৈতাইসিললকলে হাইপাকি মাসীংঅো হাইনা কোরৌ নোংচা ৭ ( তারেৎ ) মা অসীনা মাললেম লৈসেনহৌডৈকি কোরৌ নোংপুম পেকনা খিনারকলে হাইতাপারা । ৪.১২১ ।

তেংকোং পুঙচা ৩ ( আহুম ) কি থাচা কাঙকোই মালনা মাললেম লৈথুংসললকলাপাতা পোকলেল পোকপা লাইমারুনা রাহমখিয়ে। ৪,১২২ । হে নোংপোক চীনকোয় ৪ ( মারি ) পালপা নঙতী তাইপঙ পুমনামাকি পলথৌনাপা রোইনা লাংকোলপিরাপাকা নোংতম রায়েলপঅো। ৪,১২৩ । খোইয়ম আচিপা নঙতী তাইপা পুমনামাপু পলপৌ পারোইসকনা লাংকোলঅো। ৪,১২৪। য়ীপারি আসীপা নঙতী মাললেম লৈথুংনাপাপু সালসেমলুঅো। ৪,১২৫ য়ীপারি আতোলপা নঙতী নাপল অৈকা চুপসেং পলঙাক রোইনা ঙাইরোয়নাসে হাইনা থৌথা হৌরকলে হাইতাপারা । ৪,১২৬ ।

কংলা নোংলৈয়াঙস্কঙ চোয়নৌ সানা পুমতাকোনকি সঙথোল মাপল স্থনা সালসেমলকলে। ৪.১২৭। থমপাল লৈহুমগুং মুংলাং খোইরেলথকতা মালিক ফমপাললাংপু চোংথংলকলে। ৪,১২৮। ফালখোঙ ৯ ( মাপল ) স্থইয়ে। ৪,১২৯। সামু খুতুপ ৭ ( তারেং ) ৱাংয়ে। ৪,১৩০। পাফল লিলা নিংথৌকি চীরেল লাংয়েল আনী· মানা সামু রোয়থম য়েংলম লাংনা লৈতেংলিয়ে হাইপাকি মুংনাং মাথোই নেংনা লুকোক চীরৈলাংপু তোংফাপা লাইয়্রিংথৌঅো তৌনা মিংথোললময়ে হাইতাপারা। ৪১৩১।

হে লুৱাং সললা ইহলপাঅো ফালখোঙ ৯ (মাপল) মাকি মাতাক লাইচা য়ারেলপুঙকুমপাপু কানা হাইঙমলাকাপানো হাইঙম-লইয়ে। ৪.১৩২। কংলা পীপুকমুংতা সঙপুবেঙ, সঙনা ৺তাস্থঙ ৬ তাকক) স্থনা সালসেমলমগে। ৪ ১৩৩। সঙলেল ৬ (তাকক) মাতা যোয়পু লৈমারেল সিলস্থলৈমা সলইপানা লৈবোং ৬ (তাকক) তংপু সাংলকলে। ৪,১৩৪। পাবাই নি মায়োন ক লৈবোং ৬(তাকক) মানা সঙলেল ৬ (তাকক) মাতা ফমপা য়াঁমবোইনা রিয়ে। ৪,১৩৫। লৈবোং ৬ (তাকক) মাকি মাতাক ঙমপার্ত। খোইযম সাম্ন মাহাক-সাংপু হকসা. ২ ( অনী ) পোইনা সাংবেলাপাকা চোয়নৌ সানাচীঙ চাঙলেল যাংথ চাল মকতপা ২ (আনী) তপু সালবো-মলকলাপাকা চাঙলেল মাপে মমানা অরেং লাইনা পাং হুলথংখিয়ে ৪,১৩৬। চাঙলেল মরোল ৭। তারেং স্থইয়ে। ৪,১৩৭। চীঙ-খোন ৭ (তারেং ) মাপু য়াকোই সাকোনহাঁতাক মাপালকুমনা পাম, চাঙতোল ফমনা খুমথারকয়ে। ৪,১৩৮। সানা চাঙলেল

আমামা মাললেম লৈখারোলপু তালনা হুলথাখিয়ে। ৪,১৩৯। চীঙলেল চীঙথোন ৭ (তারেৎ) মাতী চীঙখোন মাকা ফলনা থুম-থৎলকয়ে। ৪,১৪০। চীঙলেল মাকা ১৪ (তারামারি) মাকি নাতৈ ১৪ (তারামারি) মাপু সোইনাতানা চীঙলেল কাকুপনারে। ৪,১৪১। আরাং চীঙথোম ৭ (তারেৎ) মাতা কোরৌ নোংখনলোল ৭ (তারেৎ) মাপু সালসেমলকলে। ৪,১৪২। সানা চীঙতোল ৭ (তারেৎ) মাকি লুরাই সুপনা লোইপা থকতা খোইয়ম লাইনীঙসিং অহালপা পোক-লেল পোকপা মাহাককি তমপা য়াংকোললেলপু হালনা সালসেমলমলে। ৪,১৪৩। নোংলাংকোলস্নঙ লঙ।। কোললেলয়াইকা ক্রৌকোল নামুংস্নঙ সালসেমলকলে। ৪,১৪৪। লাইয়ীংকোল থোইকোইপাস্নঙ আসীপা কোললেলয়াইকা খোইয়ম নোংথৌক ফমপীরেলতী অরাং-কোলআো কৌয়ে। ৪,১৪৫। কোরৌ নোংলোল ৭ (তারেৎ) মাপু সালসেমলকলাপাকা ক্রৌ নোংগোঙলেল ৭ (তারেৎ) মাকি চীঙলেল নাতৈ ১০৮ (চামানিপাল) তা কাপতু হইরেল থারে। ৪.১৪৬। সারা চুমমি নমলে। ৪,১৪৭। ক্রৌ নোংখোঙ মারোলমাতি অক ১১০ (চামাতারা) কি য়ুথক মাসীঙ পাকয়ে। ৪,১৪৮। নোংখোঙ মাখলমাতী অক য়ুথক ২১০ (চাঅানীফুন) কি মারক মাঙুং রোইয়ে। ৪,১৪৯। নোংখোঙ মারোলমাতী অক ৪৪০ (চামারিনফু) কি য়ুথক মাসীঙ পাকয়ে। ৪,১৫০। নোংখোঙ মাখলমাতী অক ৮৮০ (চানিপালমারিফু) মারোল রোইয়ে ৪,১৫১। নোংখোঙ মারোলমাতী অক ৯৬০ (চামাপলভুমফু) কি য়ুথক মাসীঙ পাকয়ে। ৪,১৫২। নোংখোঙ মাখলমাতী অক ১৯২০ (চাতারামাপলকা কুন) কি মাতীক

চাওয়ে। ৪,১৫৩। ক্রো নোংখোঙ মারোল আথৈপাতী অক ৩৮৪০ (লীসীঙ আহুম চানিপাঙ্গকা নিফু) কি য়ুংক মারাকলেলনে। ৪,১৫৪।

হে লুবাং সনঙ্গাইহঙ্গপাঅো খোইয়ম নোংতম মাবায়েলপু মৌরম মাতৌ য়োনখোকপানে, কানা হাইঙমলাকাপানো। ৪,১৫৫। চোয়নো সানাচীঙকি হুমলেল্ল য়াইকোলনুংতা খোইয়ম লাইনীঙ-সিং আহলপাতী চীঙঙ্ মাপুরেল লেঙতাপাপু য়োইনা সালয়োল-লাপাকা চীঙঙ্ পাইনা মানংসাপু নংসা খোঙলেল্ল হাংনা কামথোকলকপ্লাপাকা তাইপঙ পুমনানাকি আনম মীৎপু ঙকপাতা মুংসীং মারাঙ হো, খমকোল মাপিনাইনা সীংলকলে। ৪'১৫৬। মানলং সান্তম তানা মি মাকু পুলসীপাতী য়ুলপী পুকনীঙ ঙকপাপু চঙলক-লাপাকি হায়ি মিংথৈরেলপু মাকু চীনতা সোলপাপু লৈতোল পোংথ। নাতারে হাইতাপারা। ৪,১৫৭।

চীঙঙ্ মাপুরেল আথোইপাতী মীৎকোয় পমপাল মালপা ২ (আনী) মাতাকি আমারক পিরেল য়ীচেংথারকলাপাকি য়ীসিং মারাঙ হৌথানা তাইপঙ পুননানাপু য়ীসিং তাপঙ য়োইরকলাপাকি য়ীসিং মারাঙ হৌপাপু য়েংনা মীমাল পালকনপানা পুকনীঙ থোংপা লৈতাপাপু লাইরীক মাথেক চলনা কননা তেংবা ঙন-কাপানো হায়না আস্তম পাংতোকপীরময়ে। ৪,১৫৮। হে লাইরেল নৈতেংঙ্ পাংইহৈপাঅো পাপুপ নাইস্থংচঙ মিপোক য়াইফারাপাসিংনা সান থংথুম চলিরে আস্তম পাংতোকলমগয় হাইতাপারা। ৪,১৫৯।

তমপা লৈমরেল সনাইহৈনা মাকে মনা ইলঙ্কা য়াইখুরেনপী,

য়াইনিংতোল ৩ (আহুম) মাপু ফুইনারাপাকা লৈমা য়াইহলমুতী নোংপোক আরিপা চীনকোয় ৪ (মারি) পালপাকি তানলোই তুমুংসিপু ৰোইহালয়ে । ৪,১৬০ । তমপা য়াইখুরেমপীতী চীঙঙু আসীপাকি তানলোই মারুমপীপু ৰোইহালয়ে। ৪,১৬১ । য়োয়পু য়াইনিংতোল আতোলপীতী খোইয়ম কোনসিলতিংথোকপাকি সামু ৰোয়রম থাহলয়ে হাইতাপারা । ৪,১৬২ ।

খোইয়ম আচিপাকা তমপা লৈসেমহলপীকানা খোইয়ম য়াখঙ-লোই ৬১ (হুমফুমাথোই) পু নাঙনৌরকলে। ৪,১৬৩ । খোইয়ম ললৈমাসুঙ মামোম লাইমুরা ৬১ (হুমফুমাথোই) পু সাংলকলাপাকা য়াখঙলোই ৬১ (হুমফুমাথোই) মাকা তানলোই তুমুংসি থঙলেল ৱামুংচঙপু ৰোইনা তমপা লৈরেলহলপীকা মাললেম লৈসেমমানাখিয়ে । ৪,১৬৪ । য়াখঙলোই ৬১ (হুমফুমাথোই) মানা মাললেম লৈনেংলে । ৪,১৬৫ । তমপা লৈসেমহলপীনাচিংনা লাইমুরা ৬১ (হুমফুমাথোই) মানা মাললেম লৈহোলয়ে। ৪,১৬৬। নোইনা ঙমতম হো, চুকোই লেপলৌ সা, আসৈ তেরাল সকনা মাললেম লৈসেমপাপু তেংকোং পুঙচা ৬(তাকক) কি সানা য়াইকোলমুং কোলমুং মুংচালপাপু থুংসিল-লকলাপাতা থাপাক ঙালফমলেলকি লোইরেল য়িমচাঙরেলসুঙ সঙ-থোন ৮ (নিপাল) সুনা 'লংখংলকলে। ৪,১৬৭। কারেল ৯ (মাপল) সুইয়ে। ৪.১৬৮। চোয়নৌ সানা মৈখাঙকোননে হাইতাপারা।৪.১৬৯।

মাপারি আসীপাকি খোইয়ম ফমপীরেলনে । ৪,১৭০। সঙকাই নোংতমফমসুঙ সঙথোন ৭ (তারেং) সুয়ে। ৪,১৭১। সঙকাই কারেল ৮ (নিপাল) নে । ৪,১৭২। মাললেম লৈসানা আঙাঙপানা তাঙ-

খঙপা মাসেলনে । ৪,১৭৩ । আয়াঙকাইপা সঙলাংমৈকা লোইরেল ফমপী ৪( মারি ) মাপু হালনা সালসেমল্লাপাতা নোংপোক চীনকোর ৪ ( মারি ) পালপা চীঙঙ্ আচিপা সমলাং তারৈপাস্থঙ মাপারি আসীপাকা খোইয়ম আরিপা ৩ ( আহুম ) মানা য়াখঙলোই ৬১ ( হুমফুমাথোই ) মাকিতামক খাংপক য়ীললুম সেমনা হালনা মারাল য়ীমহৌরকলে হাইপাকিপু সানা য়াইকোলন্নুং আসীপু মারাল য়ীম-তমপুঙঅো থোললময়ে । ৪,১৭৪ । য়াখংলোই ৬১ ( হুমফুমাথোই ) মাকি মাপারি নামোমলোনসিংপু ১০৮ ( চামানিপাল ) স্থনা য়াম-সিললকলে । ৪,১৭৫ । খোইয়ম আসীপাকা মাসানৌ কোনসিলতু-পোকপাকা ২ ( আনী ) মাস্থঙ মাপারি ২ ( আনী ) তংপু সাৎলকয়ে । ৪,১৭৬ । খোইয়ম আসীপাকি মাপারিতী সাৱাংঅো তৌনা কৌয়ে । ৪,১৭৭ । চীঙঙ্ আতোলপাকি মাপারিতী য়োইথংলেলঅো তৌনা কৌয়ে । ৪,১৭৮ । খোইয়ম আচিপাস্থঙ মাপারি আমাপু সাৎলকলে । ৪,১৭৯ । থোংঙাইআরিপাঅো তৌনা কৌয়ে । ৪,১৮০ । খোইয়ম ৩ ( আহুম ) মাপু পাগুকৌরাপাকা নোংপোক চীনকোয় ৪ ( মারি ) পানপানা ৱাহমলকয়ে। ৪,১৮১ । হে পারি সাৱাং আহলপাঅো নঙতী নাসানৌ নোংতারেঙ আহলপীকা ঙাইরোয়নানা আৱাং নোংলৈপাকতা ক্রৌ নোংনিংথৌপু ৱোইরুঅো । ৪,১৮২ । য়ীপারি থোংঙাইপা নঙতী নাসানৌ লৈরিখোমপীকা ঙাইরোয়নানা আসি খুরাই নিংথৌ ৱোইরুঅো । ৪,১৮৩ । পারি য়োইথংলেল নঙতী নাসানৌ তারৈন্নুকা ঙাইরোয়নানা নোংচুপ পুঙয়াল নিংথৌ ৱোইরুঅো হাইনা নোংতমপীখিয়ে হাইতাপাৱা । ৪,১৮৪ ।

নোংপোক চীনকোয় ৪ ( মারি ) পানপানাচিংনা খোইয়ম পুমনামাম্তুঙ কংলা নোংলৈয়াংপু তালনা চেনসিললকলাপাকা সানা মেললাংচালকি লাংয়েন মাংতা থানা পুনেমলারে। ৪,১৮৫। আতু-নোংকিপু পুনেম তাইপীরাকঅো গোলনারৌয়ে হাইতাপারা। ৪,১৮৬।

সাগু থাংচপনানা কংলা রাফোংপাপু হৌনারকলে হাইপাকি তীঙতী রাফোঙলাকঅো মিংখোললময়ে। ৪.১৮৭। রলপী পুকপাঙ লুপলাপাকি য়াশং লৈপী লৈখোলপাপু তাঙতীঅে তৌনা কৌয়ে। ৪,১৮৮। খোইয়ম পুমনামানা পুনেম তাইপীরাকতা তীঙতী রাফোংলাপাতী খোইয়ম মাফসেং, তারা মাচাকচা ২ (আনী) মাপু ললনিখিয়ে। ৪,১৮৯। চীঙঙু য়াইপীরেলনা রাহমলকয়ে হে সানৌ সিলহৈপীঅো খোইয়ম পুমনামাকি চৈরৈ মাফসেংপু সংলৌ নাখৌরাং য়েললাং নাঙমতমপীরো হাইথারাপাকা য়োয়পু সিলহৈপানা পাকল লিললা নিংখৌকি ললনা মায়েক লৌ, তুপা মারা তমনা ফিয়েক মাসীঙ মুপাপু তমপা লাইনুরাসিংতা ললকুপারে হাইতাপারা। ৪.১৯০।

চৈরৈ আঙৌপাকি ফীসা খাঙসেংনায়ে। ৪,১৯১। মাংলম তোল তানা তুংসোল নামৈ য়েপয়ে। ৪,১৯২। থাপাক ঙানক্ম কিরৈম্তুঙ ললকুপিরাপাকা তারা মাচীনচাকতী পোকলেল পোকপা লাইমাক্কি মাচুম লীকলা থুমখোইপা সলখোম লাইচা আহিংপাপু রোইনা থমপাল লৈহুমলুংকি সীঙলেল লৈয়াই খাইনা চেনথারকলে। ৪,১৯৩। লাইচা য়ীরোঙ ৩ ( আহুম ) ফাংয়ে। ৪,১৯৪। খোং-লেল আমানা থাখোং য়ীমারুনে। ৪,১৯৫। লাইচা খোংলেল আমাতী

লাইখোং ভুরুকাংনে। ৪,১৯৬। লাইচা খোংলেলয়াইতী তাইপী মারোংখোংনে। ৪,১৯৭। চীঙঙ্ মাচুমলেলকি সলখোম লাইচা য়ীরিক লাইনা খোইয়ম পুমনামাকি তারা মাচীনচাক রোইনারে হাইতাপারা। ৪,১৯৮।

নোংপোক আরিপানা খোইয়ম আচিপাকা তমপা লৈরেলহলপী ২ ( আনী ) মাপু খৌখামসিললাপাকা চীঙঙ্ আসীপাতা রাহমখিয়ে। ৪,১৯৯। হে সানৌ লাংলেল নাপীহলগো নাসানৌ য়াইখুরেমপী-কা নাপীঙঙানাচিংনা মাললেম লৈসেমলুঅো। ৪,২০০। নাসানৌ আতোলপাতী চীঙঙ্ নাকতা সেলস্নো হাইনা রাহমলাপাকা নোংপোক আরিপা চীনকোয় ৪ ( মারি ) পালপাকি কোনলোই মাতুং য়ীলনা মাসানৌ য়াইখুরেমপীপু ঙাইরোয়নানা খোইয়ম আসীপাস্তু মাললেম লৈসে মখিয়ে হাইতাপারা। ৪,২০১।

খোইয়ম পুমনামাস্তু ১২০০ ( চা তারানীপোই ) সুনা য়াম-সিললকলে। ৪,২০২। মাললেম লৈহৌরকঙৈতা ঙাইরোয়নারকয়ে; লৈপাক লৈরোল চলনা মালেম লৈখাঙনারকয়ে হাইপাকি চামলৌ লামিংপোংপু লৈহৌখাঙপালাঅো কৌনারকয়ে। ৪,২০৩। লৈহৌখাং-পালা আতুনা চামলৌ লাপু রোই, খারাই তোংতম সানা সলখোম লাইচা য়ীপকনায়ে। ৪,২০৪। হারাও পুঙতোইনানা মাললেম লৈসেমপাপু তেংকোং পুঙচা ১৬ ( তারাতারুক ) কি মাঙাল আ-কোইপাপু খুংসিললকলে হাইতাপারা। ৪.২০৫।

খোইয়ম লাই পাখংপু ১০০০০ ( লীসীঙ তারা ) সুরকলে। ৪,২০৬ তমপা লাইসুরাসিংস্তু ১০০০০ ( লাখা=লীসীঙ তারা )

মাসীঙস্থনা য়ামসিললকলাপাকি খোইয়ম মাচেৎমানা খুপাক তাপুং থু, তমপা মারুপমানা আসৈ খোনমাল সকনৈয়ে। ৪·২০৭। য়োয়পু মাখলমানা চুকোই খোঙলৈ তৈনা মাললেম লৈসেমসিললকপাপু তেংকোং পুঙচা ২২ ( কুননীথোই ) কি মারাক চাওকোইরেলপু থুংসিললকলে হাইতাপারা । ৪,২০৮।

নোংপোক আরিপানা রাহমখিয়ে, তমপা লৈহলনুকা ঙাইরোয়-নানা মুঙকাং মাহারাপা নঙতী মানলং মুংসীৎ নিংথৌ রোইনা খোঙলেল ৯ ( মাপল ) মাকি সানা সোচৈ স্থনা নোংতমলুআে হাইনা রাহমখিয়ে। ৪,২০৯। য়োয়পু তানৌ নোংতারেংকা তাওপীরোইনাই নাপীঙঙাতী কংলৈ পুঙমায়োলকি লাইচা য়ীসিংখোং খোংলেল ৭ ( তারেৎ ) মাপু তৌরমলাপাকা তাইপঙ পুমনামাকি খোংলেল আপিসা ১০০০ ( লীসীঙ আমা ) কা লাইচা তুরেল চাংথোইপা ৫০০ ( চা মাঙা ) কা তুরেল তুতৌরমআে। ৪.২১০। লাইচা য়ীরেল পুঙপু পোইরৈ নামু পোঙনা কৌনাপাতী তারঙআে তৌনা কৌয়ে। ৪,২১১। লাইচা তারঙ য়ীনিংথৌপু রোইনা আরাং কোরৌ নোংলাংপালতা পুখৎয়ীকা, মাললেম লৈখারোলতা চিংথায়ীস্থঙ, নামু পোঙলৈকোল আসীতাকি য়ীঙৌ খলকা তম, য়ীমু চাংকাচিংনা নোংসি নোংতমলুআে। ৪·২১২। পিয়াই আহেলপীকা থোঙঙাইপা রায়েল চুমপা সানৌ নাতৈ নানাওতী খমলুং লৈখারোলতা আমল সীনিংথৌপু রোইনা রায়েললুআে। ৪,২১৩। আপাক, মাহৈ ২ (আনী) মাপু রায়েল কারল চলহালতানা নোংতমলুঙনে। ৪,২১৪। য়ীতা-রেঙ তানৌপীকা সানৌ খাঙস্থনাহা নাপীঙঙানা নোংনেম খানা চাওপা

পুঙয়ান নিংথৌ রোইরুঅো । ৪,২১৫ । য়োয়পু লৈসংনুকা খোইয়ম লাংথুপা নাপীঙঙানা নোংলৈ নিংথৌ রোইরুঅো। ৪,২১৬। থাবাই পুননামাকি লাইথুং মাতীক য়েংনা নোংতমপীঙেনে । ৪,২১৭। তমপা লৈতারেঙনুকা খোইয়ম লাংলেল হলপা নাপীঙঙাতী কংলা পুঙমায়োন আসীকি নীঙথি মারোঙ থোকনাপাপু সালসেমলুঅো । ৪,২১৮ । য়োইপুপী তারেঙলৈমাকা খোইয়ম কুপসনা ঙাঙহৈপা নাপীঙঙানা নাপী হারাসুঙ হাঙনা ফোনলাংসুঙ সাতু লাংপককা ঙাইরোয়নানা কোঙয়াঙ রারিংলমঅো । ৪,২১৯ । তনলা ব্ থাঅো । ৪,২২০। পামেল ব্ সেমলমঅো আহুম থোপাখিয়ে হাইতাপারা ৪.২২১।

থৌরাম আয়ামপাতী চক মাতম ঙাইনা লৈঙমখিসুনো ৪,২২২। তমপা চীঙমারেঙকা সানৌ লাংচীঙলেল নাপীঙঙানা কংলৈ য়াই-কোলনুং আসীকি পললেল পলচাঙ কোয়না চীঙলেল পলনারম-লাপাকা তাইপঙ পুননামাকি চীঙলেন্স নাসীঙ মাতোল লোমনা সালসেমলমঅো । ৪,২২৩। খোইয়ম য়েকতারৈথুপা নঙতী থাবাই পুননামাকি আপক মাইহ ২ ( আনী ) নাপু য়েংনা লাইপক খেনলাই-থোংতা য়েকতমপীঙেনে। ৪,২২৪ । খোইয়ম মারচিঙ নঙতী থাবাই পুননামাকি আয়েক আখোংপা, সা - সা, ঙা - সাপা খুংসু খুংলাই পোংসেন থৌরাং মাহৈ মাসিঙ পুননামাপু পাঙতাকপিঅো হাইনা থৌথারাপাকা মাহৌ লাংয়েন সঙপু হালনা সঙলিঙখংলকলে।৪,২২৫। নোংহুম নোংলৈসঙ, সঙলেল ২ ( আনী ) মাসুঙ সালসেমলকলে ।৪,২২৬। সঙপুলসী, সঙলাংচান ২ ( আনী ) মাসুঙ কুচুলেমপী চীঙকা য়াঙরৈপী খুলথোক সঙকা সঙলিঙখংলকলে । ৪,২২৭ ।

য়োইমায়াইকা য়োইখোমখোকআে তৌনা কৌয়ে ।৪,২৪৬। খোমখোক নানৌপাকা য়োইপারেংস্তুঙ পাংরেং লৈসংপাআে তৌনা কৌয়ে । ৪,২৪৭ । মাপারি মুমীৎ য়াইরংচান ৭ ( তারেৎ ) মানা কুরুম চীঙতোললাংকি কংলা নোংসৈয়াংপু কোইনা য়োইনা থোকললারে হাইতাপারা । ৪,২৪৮ ।

সামু রোয়রনকি মীৎনাহা য়াইরংচালনা তনপা লৈমারেল য়োয়পু লৈমাখুপা ললনৈনাকে পাংমা বুলকোইতুংতো চোংসিলকলা পাকা, নাকলু ফাঁয়ালনা খোয় চ খাংখা মিহুললারে । ৪,২৪৯ । নাংপু নাপুং ফারাপাকি মাপারি থাচা ১২ ( তারানীথোই ) মাপু সাংলকলে হাইতাপারা । ৪,২৫০ ।

পাচা কোনলোয় নাপি পোংতা লোইতান আহলপাআে তৌনা কৌয়ে । ৪,২৫১ । পাতরেংকা পানুংসআে তৌনা কৌয়ে । ৪,২৫২। থায়াইপেঙস্তুঙ পানৌতোলকা কুপসনাআে তৌনা কৌয়ে । ৪,২৫৩ । কুপতারেঙকা পানৌরেস্তুঙ য়নুংয়াইআে তৌনা কৌয়ে । ৪,২৫৪ । য়োইতারেঙকা তারেং লৈখামপাস্তুঙ য়াইখুতোনআে তৌনা কৌয়ে । ৪,২৫৫ । থাচা ১২ ( তারানীথোই ) মং আসীস্তুঙ কংলা নোংলৈয়াংপু কোইনা থোকললারে হাইতাপারা । ৪,২৫৬ ।

পাফল ললনা নিংথৌকি থানাই য়াইপীরেল আখোইপানা কোরৌ নোংলাংপালতা চোংখৎখিরাপাকা থারালপীচাক নিংথৌ সিতাপা ২ ( আনী ) তংপু সালবোনলকলে । ৪,২৫৭ । চোয়নৌ সনাচীঙকি চীঙলেল মাতোলথকতা সৌরা চীনতুনপাকি কোলসুং য়াইতারাংনা চীঙঙ্ লেঙতানা পাললুরে । ৪,২৫৮ । থাবাই

মিরেলতী থীঙলো নীঙনা তেরক্লাপাকা কংলা নোংলৈয়াংকি সঙ-থোল ৯ ( মাপল ) থকতা সেকপিল মাথোল ৯ ( মাপল ) মাপু রোইনা থাললিপানে। ৪,২৫৯। তাইপঙ পুমনামপ্ সানফোংহাল-তাপানে। ৪,২৬০। কোরৌ মুমীৎমাতা মুমীৎ পুঙথোই লেপালগী মরেল য়াইকারাকতা মীৎয়েং সানখৈরাপাতী কাচেঙ থাংখৈ নাইনা চংলো মীৎপীৎঙৈনে হাইতাপারা। ৪,২৬১।

লিললা থাবাই মামিরেল মিরেল ৬ ( তারুক ) মানা থারাল-পীচাক ২৭ ( কুনতারেৎ ) মাপু রোইনা থোয়নৌ মিমায়োন ৮ ( নিপাল ) মাতা মিরেল চোংসললকলাপাকা মাপারি মুংচালপাপু রোইনা নাংনৌরকলে। ৪,২৬২। মারু থারালপীচাককি কোনলোয় মানিংখোংতী সাচিক অহলপা, থাপা য়োইপংলেলঅো তৌনা কৌয়ে। ৪,২৬৩। থায়াই থাতোল সানৌ মাচী মানাংকা সাচংলেংঅো তৌনা কৌয়ে। ৪,২৬৪। লীকথারেঙঅো কৌয়ে। ৪,২৬৫। চুঙ-সেলনুপীসুঙ নোংথো নাকারেনপাকা, নোংখৌ ভুতরেংপাঅো তৌনা কৌয়ে ৪.২৬৬। নোংথো সামুরেঙকা সামুপীসাতা সুঙ ফুংকোঙঙাঙঅো তৌনা কৌয়ে। ৪,২৬৭। আরাইসাংপাকা ফুঙকারেনপাঅো তৌনা কৌয়ে। ৪,২৬৮। নামপম সলকোলপাকা তাঙহইরেংঅো তৌনা কৌয়ে। ৪,২৬৯। তোংচেংনুপীকা তোংতারেঙসু লুরুকপীসুঙ খোং-চোলনুপীঅো তৌনা কৌয়ে। ৪,২৭০। লারাইচারেপাকা হাঙকারেং-অো তৌনা কৌয়ে। ৪,২৭১। থাপালৈতাঙকা সিলতারেঙসুঙ য়ারাথুরোনঅো তৌনা কৌয়ে। ৪,২৭২ মারু থারালপীচাক ২৭ ( কুনতারেৎ ) মাসুঙ কংলা নোংলৈয়াংপু কোইনা পুনেমলারে

হাইতাপারা। ৪,২৭৩।

লিলল য়ায়েন খোংচিতোলনা লিককোল মোইকাইয়াংপু সাল্লয়োলখিরে। ৪,২৭৪। থাপাক লুচাওয়েলতী মোইপুঙ তিংকোই সাপু য়োইনা লাইচা য়ীরোলমুংতা পাইথাখিরে হাইতাপারা। ৪,২৭৫।

লিলল খোয়রী লিলসাংলেল খৈপীকনা লাইচা তুবেল আচৌপা ৫০০ (চামাঙ) কি তুবেল মিতম হুললকলে। ৪,২৭৬। সিংলী নাওতা ১০০০ (লীসাঙ আমা) মানা খোনা আপিসা ১০০০ (লীসাঙ আমা) নাকি তুবেল খোংনা তনলকলে। ৪,২৭৭। লিলল ম সিংগ যুংপঙলেল ক হাং লৈ পগবী পুমনামনা চীঙলেল আয়ামপাকি চীঙনা মাতম চল যে ৪,১৭৮ তুহাও তুবেঙকা সিনা নাপা হাবা যোইনা পাইখিবে। ৪,১৭৯। হুকসাং তুপুমলেল সংনা তনলা আঙনবা য়েনেল অরেমপা। কি চবা মারু বোংখিবে। ৪,১৮০। বেঙযাঙ রানা চনা পানীং চাবা থরে হাইতাপাব। ৪,১৮১।

তুপী মায়েক ৩৭। কু... তাবে) মতী ত রাঙ নোংসাপ লকি লাইরীক য়াহাইনাপাপু যে নপু সলইপীন। য়ুচুলেমপা চঙতা সালথুপলোবাগাং। ৪,২৮২ লিলল মায়েক আযানগাত্তি তাইপঙ নোংসাপালকি আযেব অরোং, সা - সা, ঙা - সা, মায়েক - মাপা পুমনামাপু স লৌ বে, গয়ে, হানা এবাচাও লাইয়ংগৌতা সামু খুৎসিলনাবে। ৪,২৮৩। তুপী মাঙাল আবাগানা হীনাক যাইমাক চাকলিক মাক য়োই, নোংথৈ নাবা চাংথোকখিবে হাইতাপাবা। ৪,২৮৪।

সীনখিরে হাইতাপারা। ৪,২৯৬।

চীঙঙ্, খোঙলোই পাওহলচেক মাকু পালকনপানা লাইচা য়িপাও তমলাপাপু খিচীকতা ব্রাহমলককে। ৪,২৯৭। মাকু কাও-পী চীকা লুকনা ব্রাকৎচাখিয়ে। ,২৯৮। নাতাইরেম অৈনা তারঙ পলতোল কোইনা মীৎয়েং সানখৈরুপাতী লাইচা তারঙ য়ীপাল নাইনা লৈঙমতে। ৪,২৯৯। তুপী চাওথোইপা লাইরেল সাংথোইপা আমাপ লাইচা তারঙপকতা তাইপঙ পুমনানাপু কোয়রাপাকা লিলল মাৈমতোলপু য়াবেল খোংচিন্নুংতা চীকনা লৈঙাময়ে। ৪,৩০০। মাইকৈ মাপোঙ হাংপাপু মীৎয়েং সানখৈকে হাইপাক্কি চেকলা য়ীকনহৌনা পাইখিপাপু লিলল মাপোঙ হাংনা লৈঙমতে। ৪,৩০১। অক ৫৫ ( য়াংখৈনাঙা ) কি যগক মাবাক মায়ংলেলপু কোইনা ঙাকলিয়ে। ৪,৩০২। লাইবেল মাহাকসাংপু য়ুগক ৮০০০০ (লাখা-নিপাল—লীসীঙ মারিফ ) ব্রাংয়ে। ৪,৩০৩। তুপী মাকোইরেলনা তারঙ পলতোললেলকি লৈবাই চাংচৌ ব্রোইঙামপা নাঙাইয়ে। ৪,৩০৪। নাতাইরেন অৈনা ব্রাহমখিয়ে। ৪,৩০৫। চেংলৌ মীৎ-কুপ মারমতা লিলল মৈকংতোলপু হাংপোকপিঅো হাইনা ব্রাহমপাপু পাফল লিলল নিংথৌনা ব্রাহমলকয়ে। ৪,৩০৬। হে চেকলা খোঙলোয় পাওহলপাঅো নঙপু কারম পঙথোইপানো। ৪;৩০৭। তাইপঙ পুমনানাপু মাললেন লৈসেমসিললকলাপাকি তুপী অৈপু কাপতু হুইরেং থানা, সাব্রা চুমখি নমলমলে।৪,৩০৮। লাইরেল য়ীমৈতোলপু পঙনা হাংফালাবোইয়ে। ৪,৩০৯। মাকু নঙতুম থুনা হলরাইখিরো। ৪,৩১০। হাইনা থৌখামঙামলাপাকি পোলপী

লৈঅস্তুঙ চেকলা আনম তালনা তুপী মাথক লাননা লাইরেল মামি কালকে হাইপাকি চেকলা য়ীকনহৌ পোলপী য়ীথিনাইনা পাইথংখিপাপু তুপী মারাইলোং লিললা মাসেক ফলনা তানথংলকয়ে ।৪,৩১১। মাকু লৈঅস্তুঙ কোয়ৌ নোংপু ফংনা পাইথংলাপাতা লিললা মাঙক তিং, তুপী মাখা ফাকনা তানথংলকলাপাকা পাইমা মানিংসাকি নিংসা য়িরৈ সাপানা চিংসলখিরাপাকি লিললা পাইমা বুলকোইমু তা রাইথুলুপাপু তাইপঙ নোংসাপালকুম চাঙপোইঙাম য়ে । ৪,৩১২ । নাতাইরেম লৈঅস্তুঙ মাকু সাফু পোইন। চেকলা খোঙনা কাওয়ে । ৪,৩১৩ । পোলপী চীননা তুনা পলশেংপাপু লিললা পুংমনা নাচুংপীতানা মাতম কায়া কুইসললকলে । ৪,৩১ । পুকনীঙ আনোলপাপু নংতানা খৌরম পাঙঙমলারোইয়ে হাইপাকি লিললা থাপাক ঙালফমলেলপু তালনা চেনথংখিরাপাকা খৌরী চাবয়োংলমতা রাহমলুয়ে । ৪,৩১৫ । হে পাফল লিললা নিংপৌঅো মাকু লৈঅপু চারাপাকা লাইরেল নাপুক কায়াম থলকাপানো ।৪,৩১৬। পোলপী লৈঅপু চেকলা পঙনা পাইপাপু নংতে । ৪,৩১৭ । চীঙঙু খোঙলোয় পাওহল চেকনে । ৪,৩১৮ । চেকলা থারাই হাংনা নোংমললাপাতী লাইচা য়ীরেলপুঙ আসীকি তারঙ য়ীপাওতমপু চীঙঙু সানা মাখোঙখাতা কানানা পাওহলপীরুকাপানো । ৪,৩১৯ । চীঙঙু খোঙলোয় পাওহলচেকস্তুঙ মাঙলাঙেনে হাইনা রাহমলাপাকা পাফল খোইমারুনা রাহমলকয়ে । ৪,৩২০ । হে মাকু আপঙপা চেকলা নারাংপা নঙপু লিললা লৈঅতী লৈরোল নোংলোল ১৪ ( তারামারি ) মাপু পুরিপা পাফল খোইমারুনে । ৪,৩২১ । চেকলা নঙপু কারম

সলথঙতাপানো। ৪,৩২২। হাওরৈ নোংচুপলা পাংপারমতী লিললা য়াঙপী য়ীনম থুপনা মাললেম লৈতাইসিললকলাপানে ,৩২৩। মাইকৈ আতুরমতা চেকলা নঙপূ পাইচাখো। ৪,৩২৪। লাইচা য়ীরম ৭ ( তারেৎ ) মাকি য়িমু মাতীক খঙনা চীঙঙু য়াইপীরেল সিতা-পাতা লাইচা য়িপাও তমলুঅো। ৪,৩২৫। তুপী মাকোইরেননা লৈরাই মুংপীরেলনে। ৪.৩২৬। মাললেম লৈখারোল ৬ ( তারুক ) মাতা কোইরিপাসুঙ লিললা য়ীহাকসাংনে। ৪,৩২৭। কোরৌ নোংলোল ৭ ( তারেৎ ) মাতা কোইরিপাসুঙ তুপী য়ীহাকসাংনে। ৪,৩২৮। মায়ায়ীথোইপীরেলতা কোইরিপাসুঙ লাইরেল য়ীহাক-সাংনে ৪,৩২৯। চীঙঙু থকতা খললিপাসুঙ পাফল আরিপা অৈনে। ৪,৩৩০। মাললেম লৈসেমলিপা চোয়নৌ নোংলুমপাল চুতানাপা খোইয়ম আসীপা পাফল খোইমারু অৈকি সামু য়িহাকসাং আরেপ-পানে। ৪,৩৩১। লাইরেল য়ীহাকসাংপু সানফোংলিঙৈতী তুপী য়ীথক লাননা লিললা য়ীমি কালফারোইয়ে। ৪,৩৩২। হাইনা তুপী য়ারেন খোংচি মাতাই কাঙনা নাতাইরেম অৈপু থাথোকপিরাপাকি মাকু থারাই হিংলকয়ে। ৪,৩৩৩।

নোংচুপ মাইকৈরমতা পাইখিপাপু লিললা য়াঙপী মানম থুপনা মাললেম লৈসিঙামলে। ৪,৩৩৪। লাইচা য়ীপাকথকতা য়ুথক ১০০০০ ( লাখা অমা=লীসীঙ তারা ) পু পাইথংলাপাকা লাইচা য়ীরাংমারমতী হুরেল আমৌপানা চেনলিয়ে। ৪,৩৩৫। য়িমু মা-রোলমাতী লাইচা আখাপানে। ৪.৩৩৬। য়ীসিং মাখনমাতী লাইচা খোইনা য়াকয়ে। ৪,৩৩৭। য়িমু মারোলমাতী তাওচীঙ হৈকুম সীনয়ে

। ৪,৩৩৮ । য়ীসিং মাখনমাতী লাইচা থোইনা ফকয়ে । ৪,৩৩৯ । লাইচা য়িরোলমাতী খোইরাংহি মাসিনকুম থুমখোই য়ীনা চেললিয়ে । ৪,৩৪০ । সলখোম লাইচা যীরীকলাইতী নামু পোঙলৈকোল তাইপঙ য়ীখোয়ম থংনানা চেললৌয়ে । ৪.৩৪১ ।

আরাং লাইনা পাংনা পাইখংলকলাপাকা চোয়নৌ সনাচীঙকি চীঙলেল রাংগোইপা আমাপ্ত লৈঙাময়ে । ৪,৩৪২ । চীঙলেল মাতোল লোমনা মীংয়ে, সানখৈবাকে হাইপাকি পোলগী য়ীরাঙ হৌ, চেকলা য়িগিনাইনা পাইখংখিপাপ্ত লোরৌ নোংনিংথৌনা হে মি মাকু নঙপু লাগঅো হাইনা পাংকৌঙামলাপাকি নাতাইরেম লৈঅম্ভ খোইয়ম মাখোঙখাপ্ত তলনা পাইসিলখিবে । ৪,৩৪৩ । চেবলা লৈঅকি য়াঙলেল তোংয়াই সীংনা বাহমলকয়ে । ৪,৩৪৪ । চোয়নৌ সানাচীঙ আর্সীকি চীঙলেল মাতোল লোমনা পাইঙমলাবোইয়ে । ৪,৩৪৫ । ক হঙক চক আহালপাকি চক কুনসীঙমাপ্ত স্থসিললকলে । ৪,৩৪৬ । চীঙঙ্ মাপুরেলপ্ত তালফংলুতারাকানে । ৪.৩৪৭ । চেবলা নঙপু থুনা হলবাইখিরো হাইনা তাংচীঙ হৈবাঙ হাগেোইপাপ লুকলেল পমনা হানা য়োইচানঙাময়ে । ৪,৩৪৮ ।

নাতাইরেম লৈস্থঙ থীঙলৌ মীঙনাতেনা হলবাইবকপাপ্ত বুলপী পুকনীঙ পেনকাংতারাপাকি নোংপোক মাইকৈরমতা মীগয়েং সানখৈরুপাপ্ত সিললা যাঙপী মানম থুমনা মাললেম লৈসেমঙামলে ৪,৩৪৯ ।

নোংনেম থানা পাংপারমতা য়িলতালখিপাপ্ত য়ুগক ১০০০০ ( লীসীঙ তারা) মাকি মাললেম লৈথুংরৌতানা লৈরৌয়ে । ৪,৩৫০ ।

হাইনা চীঙঙ্ মাখোঙখাতা লাইচা য়িপাও তমলাপাকা চীঙঙ্ মাপুরেলনা মাকু পালকনপাপু য়াঙলেল তোংয়াই সীংনা থৌচান-পীঙাময়ে হাইতাপারা। ৪,৩৫১।

আসাইঙৈকি খোইয়ম মাপারি সিতাপানা মাললেম লৈসেম-পাপু মাসানৌ লৈরাং অতোলপানা মাসাপিকি পালকন মাতীক খঙকে হাইপাকি পারিং খোইরা লাক মিয়ু লৈখোঙ নীকনা মাললেম লৈথিনখাইরে। ৪,৩৫২। মাসাপি লাংলেল রাপীহলসুঙ লাপা মারাঙহৌ, তলপা মাথিনাইনা আনৌপা মাললেম লৈহৌথিয়ে।৪,৩৫৩। মাসানৌ কোন সিল তিংথোকপাসুঙ য়ুথক ১০০০০ ( লীসীঙ তারা ) মাকি লৈপাক লৈফমলেঙ্গপু পারিংলাংসং নীকনা থুকাইরাপাকি মাসাপি খোইয়ম আসীপাতী মাললেম লৈসেমঙামতারাকি মাপল সানা মাখোঙখাপু য়িনতাললকলাপাকা পিরেল মীংফম চেন সামু থাংচপনানা রাখৎচাথিয়ে। ৪,৩৫৪। হে য়ীপুংঙ্ চীঙঙ্ সিতাপা-আো। ৪,৩৫৫। নাপারি অৈনা মাললেম লৈসেমচাপাপু য়ীসানৌ লৈরাং আতোলপানা পারিং লাংসং লাকনা মাললেম লৈথীনখাই-রাপাকি লৈপাক লৈরোই ঙমতারে। ৪,৩৫৬। য়ীপল নাথৌচালনা সানৌ লৈরাং আতোলপাপু কারম থৌখামপীকাপানো। ৪,৩৫৭। হাইনা রাখৎখোলকি মাপল কুরুম সিতাপানা রাহমলকয়ে। ৪,৩৫৮। হে পারি লাংলেল রাপীহলআো পারি নঙতুম থীনতানা মাললেম লৈরোইহাললুরো হাইথারাপাকা মাপারি খোইয়ম আসীপাতী চীঙঙ্ রাইপীরেল সিতাপাপু পুরুমলাপাকা মাললেম লৈফমলেলপু য়িন-তালথিরে হাইতাপারা। ৪,৩৫৯।

মাপল্ কুরুম সিতাপানা মাপারি আতোলপাকি থাবাই মি-মায়োনপু কোরৌ নোংলাংপালতা থাংকংলাপাকি পুকনীঙ মাতুং য়িননা আবাং নোংলৈথকতা মীৎয়েং তেলপালথাতানা হারাও তোই-তাওনারাপাকি য়াওবা তুকুপ চুং, সাবা তুখোঙ লোইনা হুমাং লোকয়ী চেনয়ে। ৪,৩৬০। কোঙকোই মীৎসা ৱোনতানা পিরেল লাইচা য়ীচেনথারকলাপাকি চেঙকোই নারলয়ী লাইচা তুরেলমাপু সালৱোন-লৌরে হাইপাকি চেঙকোই নারলয়ী পিরেল চেনথাখোংঅো তৌনা মিংথোললৌয়ে হাইতাপারা। ৪,৩৬১।

চীঙঙ্ আতোল্পাতী চেংলৌ মীৎয়েং থৌনা মুংঙাই কুমৈ য়েংপাতা হারাও পুকনীঙ তুমলাপাকি লৈপাক লৈথীনখাইপাপু পুকনীঙ থোকাওরিঙৈতা মাসাপি খোইয়ম আসীপাসুঙ লৈপাক লৈঙম থুংনা মাললেম লৈরোইরৌরে হাইতাপারা। ৪,৩৬২।

মাসানৌ কোনসিলতিংথোকপাতী কোরৌ নোংলাংপালকি থাবাই মামিরেলপু হকসাং য়িমলেলমুংতা মিরেল তেসিললকলাপাকি বুলপী লৈনীঙসিংলকলাপাতা আনৌপা পারিং লাংসং লাক, মিয় লৈখোঙ হাইনা নীকতমপাপু কাপতু হুইরেল থানা সাবা চুমমি নম-লাপাকি মাললেম লৈথীনখাইঙমতারাপাতা পাইমা বুলকোইমুংতা নীঙথনখিয়ে। ৪,৩৬৩। য়ীসাপি খোইয়ন আসীপাতী য়ীপল মাথৌচালপু কারম তালফংথিপানৌ ৱোনথোকয়ে আসুম সোলমোই-রৌয়ে হাইতাপারা। ৪,৩৬৪।

চীঙঙ্ আসীপানাচিংনা খোইয়ম লাইপাথং য়োয়পু লাইমুরা পুমনামাসুঙ থীঙলৌ নীঙনাতেনা হলবাইরকলে। ৪,৩৬৫। খোইয়ম

লাইপাখং চীঙঙ, লাইমুরা প্নমনামোস্নঙ মাললেম লৈসেনথৌকি লৈরী নোংতাই রাপু আসৈ তেরালনারকয়ে । ৪,৩৬৬ । আনী লেংফাই চলনা মাললেম লৈতা কুনহাললাপাকা কাওরেল সলপু সানা থিংকু নমপোল সালনারকয়ে । ৪,৩৬৭ । খুপাক তাপুং খুনা হুংকেল অৌকারি সকলকয়ে । ৪,৩৬৮ । মাললেম লৈমাই সীননা রুহী থুমখোইপাপু চিনি মাপাল সানা লৈপাক থনপাল সৌপাপু তারাচা রোইনারকয়ে । ৪,৩৬৯ । য়াংলৌ লমতং য়িলনা লৈপাল লমচেননারাপাপু হারাও তোইতাওনানা মাপল সানা মাখোঙখাতা রাইথুংলারে হাইতাপারা ॥ ৪,৩৭০ ॥

মাপারি লাংলেল রাপীহল খোইয়ম আসীপানা থুংফাং চেপনারোন সামু থাংচপনানা মাললেম লৈসেম পাওপু পাওতমখয়ে । ৪,৩৭১ । হে য়ীপল কুকম সিতাপাআো , নাপারি ইঅনা মাললেম লৈসেমলমলে । ৪,৩৭২ । কোএৗ আরাংপাস্নঙ রাঙপল মারোল তৈনা সালসেমলমলে । ৪,৩৭৩ । খমইলকোলপু হালনা হৈরকয়ে ।৪,৩৭৪। লৈখেকোল চাওথোইপাস্নঙ মালঙাকোল মুংঙাইপাকা মাললৈকোল নীঙথিপাস্নঙ লৈনুংকোল চাকপোইপাকা খমনুংকোললেলয়াইকা সৌরাই মীথুরোলপু সালসেমলমলে । ৪,৩৭৫ । নামু পোংলৈকোল আসীতী অক ৫৫০ ( চা মাঙা য়াংখৈ ) কি মুওক মারাকরেলপু কোইনা মাললেম লৈসীপাপু লোমলমলে । ৪,৩৭৬ । মাললেম লৈখারোল ৬ ( তারুক ) মাকি মাললেম লৈখোয়রেল ৬ ( তারুক ) মাতা চোয়নৌ য়োইথমপালকি থমপাল লৈয়াইথকতা কংলা নোংলৈয়াঙ আসীকা মেললাং ৭ ( তারেৎ ) মুনা থোলখংলকলে । ৪,৩৭৭ ।

হে য়ীপল য়ীপুংঙ্ তা আঅো। ৪,৩৭৮। হীমারু সংলাংচাল আসীকি কোনলোই মান্নিংথোংস্ত কংলা থোন ৭ ( তারেৎ ) থোনলাংমৈঅো তৌনা থোনলমলে। ৪,৩৭৯। পোনলাংমৈঅো কৌপাতী কাতৌনোং-কিনো। ৪,৩৮০। পাফল লিললা নিংথৌকি লিললা মৈরুংতোল আকুইপাপু হারাই পাংপক মারীকুম মংলমেন লৈখায়োল ৬ (তারুক) মাপু তুনা চংপাখিবাপাকা কাবল পুনপাঙ লোনলমলাপাকা লিললা মামৈতোলপু থীঙলৌ নীঙনাতেনা কংলা নোংলৈয়াঙ আসীতা রাইথুংলারে। ৪,৩৮১। পৌরম আসীকিতামাপু নাপারি মৈনা কংলা থোনলাংমৈঅো পোনলমলে। ৪,৩৮২। কংলাঅো কৌপাতী লিললা তাঙচা লুরেলতোলপু থমচেং তোননিংথৌকুম চোংখংখিরাপাকা কোরৌ নোংলেল ৭ ( তারেং ) মাপু য়োৎতুম পুনপাং লোনকুম পারিং কারল ল কলমলাপাকা কোনলোই মান্নিংপেংপু লীকলা য়াইথা থৌপা নোংতোল খোঙকাণ্ডকনপাঅো মিংপোললমলাপাকা পাফল লুরেলতোলপু মামু পোংলৈকোল আসীতা পীঙলৌ নীঙনাতেরক-লাপাতা তুপী মমৈতোলপু য়ারেল খোংখৈ চীকন রাইথুংলারে হাইপাকি তাঙচা লুরেলতোলপু কংঅো তৌনা কৌয়ে। ৪,৩৮৩। কং চৈতপমার্তা চীরেল লাংপেন তোললে। ৪,৩৮৪। রা মায়েক-মানা তুপী মাপোইরেললে। ৪,৩৮৫। লা চৈতপমার্তী লিললা মৈরুংতোললে। ৪,৩৮৬। সলফম ৪ ( মারি ) মা অসীকিতামাপু লোইরেল ৪ ( মারি ) মাকা পেললেল ৪ ( মারি ) মাম্নু পুঙলেল ৪ ( মারি ) মাকা খোইয়ম লাইনীঙলেল ফমপী ৪ ( মারি ) মাস্নুঙ কংলা নোংলৈয়াঙ আসীতাকি খোইরাকুম মারী থাং , তিকোইকুম

মাতাম্নামনা নাপারি অৈনা সানসেমলমলে। ৪,৩৮৭। হে য়ীপল কুরুম সিতাপাআো, নামু পোংলৈকোল আসীতী অক ৫৫০ (চা মাঙা য়াংখৈ) য়ুথক মাকোয়রেলনে। ৪,৩৮৮। আবাং নোংনিংথৌকি কোরৌ নোংলৈপাকপু ফংনা অক ৫৫০ ( চা মাঙা য়াংখৈ ) কি য়ুথক মায়ুং বাংনা সালসেমলমলে।৪,৩৮৯। মায়ুং মাফৈ মাপু হেলনাভে।৪,৩৯০। পাপোৎ চাংমি লাককুম সোয়নাতানা নোংতমলমলে।৪,৩৯১। মাললেম লৈথারোল ৭ ( তারেৎ ) মা আসীকা পারিং লাংসং পুমনামাস্নুঙ য়াইকোলমুং অসীতা স্নুপনা চিংসিললমলে হায়পাকি মায়ায় স্নুপতোংপালআো তৌনা থোললময়ে হাইনা মাললেম লৈসেম পাওপু খুৎফাং চেপনারোলনা বাকৎচারাপাকা চীঙঙু পোকলেল পোকপা সিতাপানা মাপারিপু সানা ফালতেং থানা ফমফমহাললাপাতা য়াংলেন তোংয়ায় সীৎ, সমলাং তোলকা নালনা বাহমলকয়ে। ৪,৩৯২। হে পারি লাংলেল বাপীহলআো নঙকি নাতীক লাইচা য়ীরেলপুঙকুম-পাপু খোইয়ম পুমনামানা নাতীক ফীখৈ ফংনা সালখঙমলারোই-য়ে। ৪,৩৯৩। তৌয়ীকুম নাসানৌ আতোলপাকা সানৌ নাচীনানাওপু কোরৌ নোংখোঙ কোইপাপু তেলসীংনারুআো। ৪,৩৯৪। নাপল অৈকি সামু মাংতা থানা হালনা বাইথুংলাপাতা কংলা থোন-লাংমৈ আসীকি সানা ফমপাললাংপু সামু খুৎসিলনারমকে। ৪,৩৯৫। হাইনা বাহমলাপাতা সানৌ মাচীমানাও আনীমাস্নুঙ মাপল কোন-লোয় মায়াথংপু য়াথং লুতা থোংনা কোরৌ নোংখোঙ কোইপাপু সামু খোঙসানলাকে হাইপাকি মাপল পোকলেল পোকপাপু পুরুম-লাপাকা মাসাপি খোইয়ম আসীপাতী মাপল পললেম মামা

লৈমারেলপু ত্যলনা চঙখিরাপাকা সামু থাংচপনানা বাখৎচাখিয়ে । ৪,৩৯৬। পললেম লৈমাখুপী য়োয়পু লললৈমানা মাপারিকি য়াংলেল তোংয়ায় সীৎ, সমলাং তোলকা নালনা বাহমলকয়ে । ৪.৩৯৭ । পারি য়ীপুংঙ্, লাংলেল বা পীহলঅো নাপল কুরুম সিতাপাকি সামু খোঙপী লৈখৈ ২ ( আনী ) মাপু মীৎয়েং তেলপাল থাতানা থামোই কিসিনাঅো । ৪,৩৯৮। চীঙঙ্ নোংতমপানা পারি নঙপু পালকন তেঙপাংপীসুনো হাইনা পললেম মামা পোকমাপীকি য়াথং আফাপাপু ললকুপীরাপাকা মাপারি খোইয়ম আসীপাতী কোরৌ নোংখোঙ কোইকে হাইনা সামু খোঙসানখিয়ে হাইতাপারা। ৪,৩৯৯ ।

মাসানৌ লৈরাং আতোলপাসুঙ মাপল পললেম মামা লৈমারেল সিতাপীপু য়িনতালখিরাপাকা খুৎফাং চেপনারোলনা পাওতাকচাখিয়ে । ৪,৪০০ । হে পললেম পোকমাপীঅো, নাপারি অৈকা সাপি খোইয়ম আসীপাকা য়ীপীঙঙাপু কোরৌ নোংখোঙ কোইপাপু য়েংনারুঅো, য়ীপলকি সানা মাখোঙখাপু হালনা বাইথুংল্যাপাতা চোয়নৌ সানা মেললাংচালপু সামু খুৎসিলনারমকে হাইনা পাওমেললকল্যাপাকি পললেম সানা নাখোঙখাতৌ পুরুমচারাপানে ।৪,৪০১। হাইনা বাকৎলাপাতা য়োয়পু সিললৈমা হুমপুনারেঙসুপী মুকমু লৈতোলতোংপীনা বাহমলকয়ে। ৪.৪০২। হে পারি নীঙথিপা নঙপু কোরৌ নোংখোঙ কোইপানা কাতৌনাকাপানো। ৪,৪০৩। নাপল সানা মাখোঙখাকি চীরেল লাংয়েল থকতা লুকোক চারক তোংনা পানফাপা সানা মেললাংচালকি ফালখোঙ ৯ ( মাপল ) মাপু কোইপানাতুম কোরৌ নোংখোঙ কোইপাপু হেলুথোইরিপানে

। ৪,৪০৪ । চোয়নৌ ফালখোঙ ৯ ( মাপল ) মাপু সারেল য়েংনা কোলনা ফালখোঙ ৭ ( তারেৎ ) লক কোইরাপাকা পুনেমচাঅো । ৪,৪০৫ । নাপারি ঠৈঅপু কোরৌ নোংখোঙ কোইরুপাকি য়ীরাল রাইথুংলারে হাইনা খুংফাং চেপনারোলনা পাংতমচাঅো । ৪,৪০৬। হাইনা পাংত্তাকপিরাপাকা পললেম পাংত্তাকখোলকি মাসাপি খোইয়ম আসীপা হৈনা মাতুং য়িলনা কোরৌ নোংখোঙলেল অথা-পপার্তা কোইকতারে । ৪,৪০৭ ।

পললেম মামা লৈমারেলকি সামু খোঙপী ২ ( আনী ) মাপু পায়না পুনেমলমলাপাকা চোয়নৌ সানা মেললাংচালপু ফালখোঙ ৭ (তারেৎ) লক কোইরাপাকা সামু মাহাকসাংকি ফমপী ৮ (নিপাল) মাপু পুনেমখিয়ে । ৪,৪০৮ । হে য়ীপল য়ীপুংঙু সিতাপাঅো নাপা-রি ঠৈঅপু কোরৌ নোংখোঙ কোইরুরাপাকি য়ীপল সানা নাখোঙখাতা রাইথুংলাবে । ৪,৪০৯ । হাইনা রাকংলাপাকা চীঙঙু য়াইপীরেল সিতাপানা মাপারি পৌচাল থোইপাকি তীঙঙী রাকোঙলাকপু তালনা কুমপারকলাপাকা সায়েং পালপু লাক, ঙঙপী লুমলাং কোলনা ফৈরা তানতা থোং, খাচাই লেংরোল চুপনা রাহমখিয়ে । ৪,৪১০ । হে পারি লৈরাং আতোলপা, রুনাও কোনতে কোননা হুলপা, হুইয়াই লীকলু আথেংপা নঙপু নাপল ঠৈঅকি য়ীতীক আরুপা ঙমথৈ পালতম নাইতাপাপু কারম সালখঙঙমপানো ।৪,৪১১। কোনলোয় নামিংথোংপু পারি পাখঙ য়োয়রেলপাঅো তৌনা মিং-থোলপিরাপাকা ফৈরা তালতা পমনা সানা মেললাংচালতা থাংকৎ পিরাপাকা রাহমখিয়ে । ৪,৪১২ । নাপল ঠৈঅতী ক হুঙক চক

অহালপাকি চক কুমসীঙ সুসিললকলে। ৪,৪১৩। আৱাং নোংমা-তোলকি থোইমারু য়াইকোলমুংপু মাতম কায়াম কুইনা হাংলাৱিডৈনে। ৪.৪১৪। হাইনা ৱাহমনাৱিডৈতো খোইয়ম নোংপোক আৱিপা চীনকোয় ৪ ( মাৱি ) পালপানা হীমারু য়াইৱংচালকি সঙথোন ৯ ( মাপল ) সুপাপু ঙাইরোয়নানা আৱাং নোংনিংথৌকা য়াঙনা ৱাইথুংলারে হাইতাপারা। ৪,৪১৫।

খোইয়ম আচিপা সমলাং তারৈনাপাসুঙ চীঙখৈ য়াইফু নিংথৌপু ঙাইরোয়নানা ৱাইথুংলারে। ৪,৪১৬। থংচীঙ লাইমারুকা সলথোঙ য়ুমোইনিংথৌসুঙ থমমুং লৈনিংগৌনাচিংনা ৱাইথুংলারে হাইতাপারা। ৪,৪১৭।

ৱাংপায়েল থানা চাঙপাকা কংলা নোংলৈয়াঙকি য়িললুম পাকলোই থাতা ৱাইথুংলারে। ৪,৪১৮। নানলং মুংসীৎ নিংগৌকা নোংলাই নিংগৌ আহেনপানাচিংনা খোইয়ম মাইকৈ ঙাকপা পুমনামা-সুঙ ৱাইথুংলারাপাকা নোংপোক আৱিপা চীনকোয় ৪ ( মাৱি ) পালপানা থুংফাং চেপনারোলনা সামু গাংচপনানা ৱাকংচাখিয়ে। ৪,৪১৯। চীঙঙু য়াইপীরেল সিতাপা য়ীপুংঙু তাআঅো। ৪,৪২০। সানা নাফমলেল আৱাং নোংমাতোল থোইমারু য়াইকোলমুংপু চীঙঙু নাফম হাঙলাপাকি হীমারু য়াইমারুনাচিংনা মাঙাল আৱাপা খৈপী-কপু মকসিললকলে। ৪,৪২১। হীমারু য়াইকোলমুংতো মারাল ফমপী ৱোইৱিপা খোইয়ম পুমনামাসুঙ থৌতু মুঙকি লৈৱাং মাতম মালকুমনা য়াৱা থোলনাই ঙমতারাপাকি লৌসিং পুকনীঙ মাঙনা নোংথোইনারে। ৪,৪২২। চীঙঙু নঙকি কুমসীঙ ৱাচুমপাতী তাই-

পঙ নামু পোং রোইপাকি চাহৈ মাসীঙ লাখা ১২ (লাখ অমা লীসীঙ কুন) না কোরৌ নোংপুমমাতাআপু অোইনাপানিকিনা চাহৈ কুমসীঙ আতুপু লাকলুরাপাতী লাখা ১৮ কা লীসীঙ ৮ চা ৮ (লাখ অমা লীসীঙ মারিফু নিপাল চানিপাল) পু সুখিরে ।৪,৪২৩। ক হঙক চক আহালপা আসীতী চক মাসীঙ হেলনা লৈফারোইরে ।৪,৪২৪। চীঙঙ্ নাফমলেলপু তালনা য়ীলতালপীরো। ৪,৪২৫। মালেম লৈসেমপাসুঙ লৈপাক মাপুঙ ফারে হাইপাকি লৈপাক মাম্নিংথোংপু ফা অো তৌনা কৌরে। ৪,৪২৬ ফা মাপুঙ ফারে। ৪,৪২৭। কোরৌ নোংমাতোলসুঙ তোংচেং কাইনৌ থারালপী- চাকপু তোংচেং কুঙনা পাললকলে হায়পাকি কুঙঅো তৌনা কৌরে। ৪,৪২৮। ফা কুঙ আনীমাপু কাকুপ মাপুঙ ফারে। ৪,৪২৯। চীঙঙ্ য়াইপীরেল মাঙফাতাপা নঙপু কোরৌ নোংকাথৌপু থীন- পীরাকুনো।। ৪,৪৩০। হাইনা রাকংখোলকি চীঙঙ্ য়াইপীরেল সিতাপানা রাহমলকয়ে। ৪,৪৩১। খোইয়ম চানকোয় ৪ (মারি) পালপা নঙসুঙ য়ীপারি সমলাং তারৈপুপাকা পারি নাপীঙতানা- চিংনা খোইয়ম পুমনামা নঙখোয়না য়ীপারি লৈরাং আতোলপা আসীপু লোকলৌ সানা কোলনা নাঙয়োকপীরৌঅো। ৪,৪৩২। য়ীপারি লাংলেল রাপীহল খোইয়ম আসীপাসুঙ কোরৌ নোংখোঙ কোইপাকি চেংলৌ সক রুনারমতারে। ৪,৪৩৩। মুংসি পুকনীঙ চঙপাপু খোইয়ম নঙখোয়না য়ীপারিপু মুংসি পুকনীঙ কোকনাপা পাঙথেমপীঅো। ৪,৪৩৪। আরাং চীঙমারু নোংলুমপাল থোইপা- চীঙতা হীমারু রায়তারাংনা ভমপা তোমথীলচীঙ চীঙলেল নাপোম

৭ (তারেৎ) তিলনা শুমসিললাককুমপাতা য়ীপারি লাংলেল রাপীহলকি খোইয়ম মাফমলেলপু রোইনাহাললো। ৪,৪৩৫। লোইপী চীঙতা পাললিপা খৈপীকপু মাকুম কুমকাঙতো থাপি থাকাঙতানা মেললোঙ মাখুৎথোল থুৎথোল মুংচালপাপু রোইনা মাসানৌ পাখঙ য়োয়রেলপা আসীতা থৌচাল লীতিলনাহালঅো। ৪,৪৩৬। হাইনা লুহুপ য়াইরংচালকা ফিরোই মকতাপাসুঙ লীরুং মাখুৎসু তেলপী য়াইরোইপা খোমলেল তুমকন তেলকা মীকপ য়াহৌ তেলসুঙ লাইচা য়ীপু তেলকা নোংলেল য়ীকৌ তেলসুঙ খামপী মারাঙ হৌপা মানলং মাথিনাইপাকি তেলপী কোরৌ তাংকোন সাপাকা তেলপী চীনাই-পাসুঙ মাললেম লৈসেম থাঙসুঙ, কোরৌ নোংহৌ থাঙকা খোইয়ম পুমনামানা ফংফাতাপা থাঙলেল য়াইরোইপা তারং থাঙকোয়য়াং-পাপু মাপারি থৌচাল থোইপাকি সামু খুৎতা থুমনা ললকুপীরমলে হাইতাপারা। ৪,৪৩৭।

লুরাং হোঙনেম লৈকোইপানা মাঙাং চিপা মংলেল কোইপাতা খুৎফাং চেপনারোলনা পাঙহংচাখিয়ে। ৪,৪৩৮। হে য়ীপুংঙু কাসা য়াইনিংথৌঅো মাসাপি খোইয়ম আসীপাপুতী কারিকি থৌচাল নমসেননাপানো। ৪,৪৩৯। চীঙঙু মাপারি লৈরাং আতোলপাপুতী কারিকি থৌচাল মাসুংই চলথিপানো। ৪,৪৪০। হাইনা পাঙহং-খোলকি মাঙাং লাইনীঙসিংনা রাহমলকয়ে। ৪,৪৪১। তমপা লৈমা খুপী য়োয়পু লললৈমানা নাঙনৌপা মাসানৌ লৈরাং আতোলপাতী পললেম মামা পোকপু সানা কমপাল কমপী য়োয়পু লৈমারেল সিলহৈপীনা পোকপানে। ৪,৪৪২। আসীসুঙ মাতোমতে। ৪,৪৪৩।

বারম মাল্লুংচল্লপাপু লৈরিয়ে । ৪,৪৪৪ । চীঙঙু মাপারি আসীপাতী মাপল সিতাপাকি সাম্ম মাহাকসাং আফোংপানা পোকলাপানে। ৪,৪৪৫ । মাপারি আতোলপাতী মাপল কুরুম সিতাপাকি থাবাই য়াইপীরেল্ল মকতাপা মাহাকনা নাংনৌরাপানে। ৪,৪৪৬। থোরম মাতৌ আসীকিতামাপু মাপারি ২ ( আনী ) মাপু থৌচাল মালনাহালতাপানে । ৪,৪৪৭ । মাবাং কৌপাককি নোংলুমপাল থোইপী চীঙকা চোয়নৌ য়াইকোলমুং আসীকাসুঙ ফমপী মালনাতাপানে। ৪,৪৪৮ । লোইরেল থুল নিবোক চোয়নৌ লংপাচীঙ আসীর্তী লাইফম লিলফুরেলনে। ৪.৪৪৯ । কুরুম সিতাপাকি চীঙঙু ফমপীরেলনে হাইপাকি মায়ায় খিংক্রুচীঙ কুরুম চীঙমাতোলআে তৌনা কৌয়ে । ৪,৪৫০ । তাইপঙ নোংসাপালকি চাঙলেল বাংগোইপা খৈপীকপু সানা লংপাচীঙ আসীনা সামু খুতুপ ৭ ( তারেৎ ) গোইনা রাংলিপানে হাইতাপারা। ৪,৪৫১ ।

থোইয়ম কুরুম সিতাপানা বাহনলকয়ে। ৪,৪৫২ । য়ীপারি চীনকোয় ৪ ( মারি ) পালপাআে নঙ ক চাহে কুনসীঙ বাচুমনাপাতী চাহে লীসীঙ ১২ ( তারানীথোই ) না আহিং নোংথিলমাকি কোরৌ নোংপুমমাপু রোইনাআে । ৪,৪৫৩ । থোইয়ম মানলছুমআোইপা নঙতী চাহে কুমসীঙ বাচুমপা চা ১২ ( লীসীঙ আমাগা চানী ) না আহিং নোংথিলমাকি কোরৌ নোংপুমমাতাআপু রোইনাআে ।৪,৪৫৪। য়ীপারি আবাং নোংনিংথৌ নঙতী লোইতাম থাচা ১২ (তারানীথোই) মানা কোরৌ নোংপুমমাপু রোইনাআে। ৪,৪৫৫ । তাইপঙ নোংসাপাল আসীতী জেংকোৎ পুঙচা ৬৪ ( হুমফুমারি ) মানা আহিং

নোংথিল ২ (আনী) মাকি কোরৌ নোংমাতাআপু রোইনা চক মাতোল লোমনারকস্থনো। ৪,৪৫৬। খোইয়ম চিন্নাইপা নঙতী থারাই পুমনামাকি লাইপক খেনলাইথোংতা মুকমৈ নারিল সোলনা সীঙতুম নীঙকোই থৌনা য়েকপিন্নাপাকা আপক মাহৈ ২ (আনী) মাপু রায়েল কারল চলহালকুনো। ৪,৪৫৭। হাইনা নোংতমপীরম-লাপাকা হীমারু য়াইরংচালকি সঙপোন ৯ (মাপল) মাতা চীঙঙ্ মানীঙতমনা তোংখৎলাপাকা পাফল লিলা নিংথৌস্থঙ চেংলৌ মীৎকুপ মারমতা য়াঙনা ফাওলারাপাকা লিলা নাসেক ১০০০ (লীসীঙ অমা) মানা চীঙঙ্ থকতা থাললারে হাইতাপান্না ৪,৪৫৮।

তমপা লৈমাখুপী য়োয়পু লললৈমানা রাহমলকয়ে। ৪.৪৫৯। য়ীপারি খোইয়ম আসীপাপু মাপল অৈকা চেংলৌ সক র্নুননারনতারে। ৪,৪৬০। পারি নোংখোঙ কোইখিপাপু থীঙলৌ নীঙনংতেনা হলরাইরকলাপাকা মাপল পললেম মামা অৈপু চেংলৌ সক র্নুনা-তারাপাকি মুংসি পুকনীঙ কাইনা মীকপলাঙৈনে।৪,৪৬১। খোইয়ম নঙখোয়না য়ীপারিকি মুংসি পুকনীঙ তেমনাপাপু পাওথেমপিঅো। ৪,৪৬২। হাইনা মাপারি লাংলেল রাপীহল খোইয়ম আসীপাপু তেংথানানা মীকপলময়ে। ৪,৪৬৩। আতুনোংকিপু তমপা মীকপ পুঙপু পুঙলেল মামা তৈনা থমলমপানে। ৪,৪৬৪। পুঙলেল আতুনা য়ীঙা কুমতমনা য়িঙেল কুমথাইনারিয়ে হাইতাপান্না।৪,৪৬৫।

কুরুম সিতাপানা মাসানৌ য়োয়পু লললৈমাপু কৈন্না তালতা থোংনা পাওথেমখিয়ে। ৪,৪৬৬। হে সানৌ লৈরাং আতোলপীঅো। ৪,৪৬৭। য়ীপারি মীরাইপা য়িমোম চানতাপাপু নৎতে।৪,৪৬৮।

হায়েং নামু পোং লিংলাপাকা সাখৈ সললাইহলপাপু বোইনা য়ারাংনা-ঙুনো হাইপাকি থৌরম তাথুপপাতা চীঙডু অৈনা সংলৌ থৌরা-ঙচাপাপু সানৌ নঙনা পুকনীঙ সালথঙপিতানা কারিকি রাবোইপানো হাইনা পাংথেমলনয়ে। ৪,৪৬৯। আতুনোংকিপু চীঙডু পাংথেমপুঙপু পুঙলেল আমা তৈনা থমলনয়ে। ৪,৪৭০। পুঙলেল আতুনা নোংথিল আঙালপাপু নোংতমনারিয়ে। ৪,৪৭১। খোইয়ম আসীপাকি সামু বোয়রনথাপী তমপা য়াইখুরেমপীনা পিরেল খকমা তানা রারোই-রোয়ে। ৪,৪৭২। মানোম য়াইকুরেমপীকি মুংস মাতৌ খমলৈতাপাপু মীংয়েং সানখৈরাপাকি তমপা সানকোংফাতাপীতী থামপী মৈয়াই-রীককুম চোংথোকলাপাকা মানোম য়াইখুরেমপীপু ফৈরা তানতা থোং, খাচাই লেংরোন চুপ, সমলাং তোলকা নালনা পাংথেমখিয়ে। ৪,৪৭৩। হে মিনোম মুংচালপা নঙপু রুলপী পুকনীঙ তপঅো। ,৪৭৪। নাসাপি খোইয়ম আসীপাতী লৈরোল নোংলোল মারোল ১৪ ( তাবানারি ) মাপু পারি কোকতা থোংনা পুরি-পানীকিনা নাপলকি কোরৌ নোংকাথৌ আসীতা চেংলৌ সক রুননাহৈভে মাললেম লৈখোঙ নীকঙনে হাইপাকি পলপাল আথাপ-পাতা থাপনা হুললালথোকলাপানে। ৪,৪৭৫। হায়েং সাখৈ সললাই পুমনামাপু সামু খুংতা থুমনা নোংতমপীরাঙনে। ৪,৪৭৬।

মাসানৌ পাখঙ য়োয়রেলপাতী; নামু পোং বোইপাকিতী লৈখিসুনো। ৪,৪৭৭। খোইয়ম পুমনাচিংনা থারাই য়াইপীরেল কাসা য়াইনিংথৌ মকতাপা মাহাকনে। ৪,৪৭৮। য়ীপারি খোইয়ম আসীপা মাহাকনাপু পাখঙ য়োয়রেলপাকি মাখোঙখাতা থারাই লানমৌথৌকিতামকপু

কোয়ৌ লনসানায়াঙৈনে। ৪,৪৭৯। বায়ম আসী থঙনা হে য়িবোম নঙপু বূলপী পুকনীঙ ত্তপলো। ৪,৪৮০। হাইনা পাওথেমলময়ে হাইপাকি থোমলেল লৈমা পাওথেমপুঙপু পুঙলেল অমা ঙৈনা থম-লময়ে। ৪,৪৮১। পুঙলেল আতুনা মীৎয়েং নাওস্নমপা থোমলেল তুমকনপা, চেংলো মীৎকপ থোকপাস্নঙ পুঙলেল অসীনা নোংঙমলি-পানে। ৪,৪৮২। আসীস্নঙ মাত্তোমত্তে। ৪,৪৮৩।

মাপারি পাখঙ য়োয়রেলপানা থোমলেল লৈমারেল সিত্তাপীত্তা মাহৈ ললনিথোলকি পাইমা মানিংসাপু নিংসা থিলকামনানা ললকু-রমমে। ৪,৪৮৪। নিংসা থিলকামপুঙঅো ত্তৌনা কৌনা মিংথোল-লৌয়ে। ৪,৪৮৫। পুঙলেল অতুত্তাকি থাবাই মিহুলনারিপানে। ৪,৪৮৬। পুঙলেল ৪ ( মারি ) মা আসীকি মাত্তীক পুন্নং পানত্তম লৈত্তাপাপু কানা হাইঙমলাকাপানো। ৪,৪৮৭। লোইরেল ৪ (মারি) মাস্নঙ থেললেল ৪ (মারি ) মাকা খোংলেল ৪ (মারি) মাস্নঙ লৈচা-হালখিস্নো। ৪,৪৮৮।

চীঙঙূ নোংকাথৌপু থৌরম মাত্তোল লোমলকলাপাকি চাঁঙঙূ সিত্তাপানা বাহমলকয়ে। ৪,৪৮৯। হে মি মাকু পুলসীপাঅো নঙকা বূয়োক লৌসিংপাকা য়োইপারেল য়ীপারি নাপীঙঙাত্তী পারি পাখঙ য়োয়রেলপাপু লোকলো সানা কোলনা লাংকোলপীয়োঅো ।৪,৪৯০। হায়েং নামু পোং সেমলাইত্তমকি হায়ি চক, চক আহালপা চঙলকলা-পাকা চেকলা নাপীঙঙাপু চীঙঙূ য়িকমলেলপু ত্তালনা পুপিয়াঙৈনে। ৪,৪৯১। হাইনা পাওথেমলমলাপাকা চীঙঙূ য়াইপীরেল সিত্তাপানা লাপা নোংলৈকমকি মিরেল য়াইকারাকপু য়িলনা আবাং নোংলৈ-

পাকপি থোইমাক য়াইকোলমুংপু য়িলতালখিরে হাইতাপারা । ৪,৪৯২ ।

হে লাইরেল মৈতেংঙু পামহৈপাঅো নায়ুবা পাখঙ য়োয়রেল-পাকি থোই হঙক চক হাকথকতা সালসেমলুমপা খৈপীকপু খিচীকতা রাহমলককে । ৪.৪৯৩ । রুলপী পুকনীঙ তপনা না তাআঅো ।৪,৪৯৪। মীপোক য়াইফাপা নঙখোইস্নুঙ রুলপী পুকনীঙ তুমনা নাতাআঅো । ৪,৪৯৫ । মাল্লেম লৈসেমলোল আসীপু নাতাচারাপাতী পুলসী চারী কুইনা নাওতা খোঙতোল সাংপাপু য়োনতানা তালফংলাঙৈনে । ৪,৪৯৬ । থারাই মামিরেলস্নুঙ তারঙ পলতোল নাইতাপা আসী-তাকি লাইচা রাংমা লাননা আরাং নোংলৈপাকপু তালফংচাঙৈনে । ৪,৪৯৭ । হায়ি হায়াই হে ।। ৪,৪৯৮ ।। ★ ।।

# ৫ সুবা পনখৈ

আসাগৈকি চীঙঙু, পাখঙ য়োয়রেলপানা কংলা থোন ৭(তারেৎ) থোনলাংমৈতা খোইয়ম পুমনামাকি চীঙঙু লাইনীংথৌপু অোইনা সানা ফমপাল তোংলময়ে ।৫,১। খোইয়ম পুমনামাকি চীঙঙু লাইনীঙ-ফমপু অোইনায়ে হাইতাপাবা ।৫,২।

মাসানৌ য়াইখুতোলনা সাম্ রোয়রম থায়ে ।৫,৩। খোয়নৌ মি - মায়োন ৮ ( নিপাল ) মানা য়োইনা থৌখলনাইয়ে হাইতাপারা । ৫,৪ ।

মাতা য়াংতাঙ পোকমারোই খোয়নৌ মানালনাপী ৮ (নিপাল) মানা কংলা সঙলেলনুংতা পাঙসো তোইতাঙনাপাতী লাইরীকসীঙতা চলনা তেংথা ঙমলোইয়ে ।৫,৫। খোয়নৌ মি - মায়োন ৮ ( নিপাল ) মাকি ফীরোই লমঙালপাতী চিলফি লাইফি সেংলে ।৫,৬। সায়িং-তোং লৈতারেঙকা সমচি হুকতুংথাংনায়ে ।৫.৭। থাপক ঙৈথোমনানা লীকসি পারেং হেনয়ে ।৫,৮। থুংতোল থুংতাংকা কোনলোয় থুংসি মানিল নাইপাপু নাতারাপাকা খোইয়ম পুমনামাকি য়াইফা মাথোই তোংনারিয়ে ।৫,৯। চোয়নৌ সানা মৈথাঙকোননা লীকলো খোঙলী

খুরাঙনপনৈয়ে হাইতাপারা ।৫,১০।

খোয়নৌ মি মায়োনসিংকি চেংলৌ সককোয় হেনপাপু কানা হাইঙমকাপানো ।৫,১১। চোয়নৌ য়োইকোলনুং আসীতা তাইপঙ পুমনামাকি থাবাই য়াইপীরেল ৫ (মাঙা) মাস্তুঙ মিরেল ৬ (তারুক) মাকা পুকনীঙ তোননিংথৌ ৭ (তারেৎ) মাস্তুঙ মিরেল য়াইকারাক-স্তুঙ থোঙলেল ৬ (তারুক) স্থনা নোংতমপীরময়ে হাইতাপারা ।৫১২।

থোঙলেল মাপানাপাপু থোঙচি নাতৈ লালহৈতে ।৫,১৩। সীঙলেল লৈরোং ৮ (নিপাল) মাস্তুঙ লৈরাং মাতীকনাপাপু সীঙলেল লৈহেক লালহৈতে ।৫,১৪। মুমীৎ চৈরোন ৭ (তারেৎ) মাস্তুঙ মুমীৎ খুকম হোংকারোইয়ে।৫,১৫। থাচা ১২ (তারানীথোই মাস্তুঙ থাপি কারল চলফাতে ।৫,১৬। চৈরৈ মাফিসেংস্তুঙ পাইমা সিলয়োমনুংকি পুচারকপাপু হেলনা সেংফাতে ।৫,১৭। চোয়নৌ সানা য়াইকোলনুং আসীকি খোইয়ম লাইনীঙলেলপু লাইচা য়ীরেল পুঙকুমনা স্থপথোইপানে ।৫,১৮। খোয়নৌ মাতা ৮ (নিপাল) মাতা হাওসী লুচিংলিপীতী লৈরোং সকমায়োননে ।৫,১৯। আপাম লৈমায়োনকা আপাম তঙতুরৈস্তুঙ মুংসি লৈমায়োনকা হারাও লৈমায়োনস্তুঙ চালনা লৈমায়োনকা বুলপী পুকনীঙ হুনারৈস্রো তোনা কৌরে ।৫,২০। সীঙলেল লৈরোং ৬ (তারুক) মা আসীতী সীঙলেল মাচু থাকাতে ৫;২১। লৈরাং থাওপী মারাম চামফাতে হাইতাপারা ।৫,২২।

য়ীমচাও ঙালফমলেলতা খোয়নৌ মাতা ৬৪ (হুমফুমারি) মানা থেরাং তোইতাওনারিয়ে ।৫,২৩। নীঙথি পুকনীঙ হুয়ে ।৫,২৪।

চোয়নৌ খোঙলী খুরাঙনপনৈয়ে। ৫,২৫। খুবৈ খোঙখুমনানা নীঙথিনারিয়ে। ৫,২৬। খোইয়ম পাখঙ য়োয়রেলপাকি চৈরৈ মাফিসেৎতী মাপল ক্রুম সিতাপাকি কোকলেল লুহুপ য়াইমারুপু সায় খুৎসিননারময়ে। ৫,২৭। চৈরৈ নোংলুমপাল আঙৌপাপু ফিসেৎনাযে। ৫,২৮। সাম্ন মাখোয়কি মাহাকসাং লেপতারৈ সাংতাল নীঙসিপাপু খুতুপ ১০৮ ( চামাকা নিপাল ) রাংনা মায়ং মাঙাল ২ ( আনী ) মাপ্ সোইনাতানা নীঙসিয়ে। ৫,২৯। খোইয়ম আয়ানপাসুঙ সাম্ন মাখোয়কি মাহাকসাংপু পাপোং চাংতম মালনাপা মাসেলনে। ৫,৩০। চৈরৈ মাফিসেৎসুঙ মাললৌ আঙৌপা মাসেলনে হাইতাপারা। ৫,৩১।

লুহুপ মাঙাল নাইপা মাসেলনে। ৫,৩২। আহিং, নোংথিল য়িনুং, নোংয়াই, লাকলেল, য়ুথক, তেংকোং, পুঙচা, নোংঙালপাকি য়াচঙনারালপা, নোংঙাল নোংসোইপাকি খেললেল মাতম আয়ামপাপু নোংতম নোংখাইরকলে। ৫,৩৩। মীৎকুপ, খেলতোং, খোঙকাপ, নাহুন খাইনা আয়ুক য়ুথক মুমীং পুঙকোই য়ুংপা, মাইরোন মিরোনখপাকি মুমীং মায়াম চঙপাসুঙ রায়েল আসী খৈপীকপু চীঙঙ, পুরৈহলপানা রায়েলপাখিয়ে। ৫,৩৪। লোইতাম থাচা পাখঙপা নঙতী আহিং চংমো। ৫,৩৫। কোরৌ নোংপুননাতাআপু পললেম নানাকি কৈরা নাতালপাকতা খোমলাং আচালপাপু থীকলেল মাইরোকনানা আরা পোংথাচামো। ৫,৩৬। কোরৌ আতু মুমীংমাতী থাসি থামলপাকি হিংতারেঙ থামম থারোংপামো তোনা কৌনাসুনো। ৫,৩৭। নাঙাল আরাপানা

থাচা মাপুঙ ক্ষারাপাপু থানিজ মাপুঙ ক্ষাপাঅো তৌনা কৌনাস্নু-নো। ৫,৩৮। থাচা মিরেল মিতম হুলনা সানফোংলকলাপাকা থাচা আহল নোংতারেঙ চৈকাপা হাইনা মিংকৌনাস্নুনো। ৫,৩৯। চিঙথম থাকি লোইতাম থাচা ৬ ( তারুক ) মানা আহিং য়িন্নুং-মাপু ৱোইনাস্নুনো। ৫.৪০। আসাও আরে থাকি লোইতাম থাচা ৬ ( তারুক ) মানা নোংথিল আঙালপাপু ৱোইনাস্নুনো। ৫,৪১। মুমীং তাওহুইরেং আহলপা নঙকা নাসানৌ ৬ ( তারুক ) মাপু ঙাইরোয়নানা লেংৱোন লেংসিল তম, খোঙকাপ থুক্ষম মীংকুপ নাহুমমাপু লিংথাহালকুনো। ৫,৪২। মুমীং ২ ( আনী ) ফাং, থাচা ২ ( আনী ) য়োঙনা মীংয়েং সালখৈহালফারোইয়ে। ৫,৪৩। লোই-তাম থাচা ১২ ( তারানীথোই ) মানা কোরৌ নোংমাতাআনে। ৫,৪৪। থাচা ১২০ ( চামাকুন ) না কোরৌ নুমীং ১০ ( তারা ) তাআনে। ৫,৪৫। লোইতাম থাসীঙ ৩৬০ ( চাহুম হুমফু ) না লোইতাম থাপুম ১ ( আমা ) তাআনে। ৫,৪৬। থাসীঙ চা ১২ ( তারাকা নীথোই ) না চাহৈ কুমসীঙ মাপু য়োইনাঙৈনে। ৫,৪৭। লোইতাম থাচা লাখা ১ লীসীঙ ২ ( লীসীঙ তারানীথোই ) না চাহৈ কুমসীঙ ১০( তারা ) তাআনে হাইতাপারা। ৫,৪৮।

চাহৈ কুমসীঙ লাকলকপা আসীকি ১০ ( তারা ) মাসীঙ আসী ১০ ( তারা ) কাবকলাপাকা ১০০ ( চামা ) কৌনাঙৈনে। ৫,৪৯। ১০০ ( চামা ) মাসীঙ ১০ ( তারা) পু ১০০০( লীসীঙ ) কৌনাঙৈনে। ৫,৫০। ১০০০ ( লীসীঙ ) আসী ১০ (তারা) পু ১০০০০ ( লাখা ) অো তৌনা কৌনাস্নুনো। ৫,৫১। ১০০০০(লাখা) ১০(তারা)পু ১০০০০০ (লাভীঙ) অো তৌনা কৌনাস্নুনো। ৫,৫২।

১০০০০০(লাতীঙ)১০(তারা)পু ১০০০০০০ (লাম্নু) হাইনা কৌনাস্নুনো।৫,৫৩। ১০০০০০০ ( লাম্নু ) ১০ ( তারা ) পু ১০০০০০০০ (লাকক) কৌনা সীঙথানাঙৌনে।৫,৫৪। ১০০০০০০০ (লাকক) ১০( তারা )পু ১00000000 (লাঅক) অো কৌনাঙৌনে ! ৫,৫৫ । ১00000000 (লাঅক) ১০ (তারা) স্নরাপাকা ১০০0০০০০00 (অক) হাইনা লোমনালাস্নুনো হাইনা চীঙঙ পুরৈহলপানা রায়েল আয়ামপাপু নোংতমলময়ে হাইতাপারা । ৫,৫৬।

তমপা লৈমারেল য়াইখুতোলনা মাপারি থারৈপা, মামোম সাচিপী আনীমাপু ফুইনারকলাপাতা খোইয়ম পুরৈহলপানা নাঙবা আনীমাপু পাওকৌরাপাকা য়ীনোংয়াই থারৈম্নু নঙতী সাচীক লালনোংতমপু লৈনা সালরোনলুঅো । ৫,৫৭। য়ীনোংয়াই সাচিপা নঙতী থাপা লালনোংখাইপু সানরোনলুঅো । ৫,৫৮। হাইনা রাহমলাপাতা মাপারি সাচিপা মানোম থারৈম্নু আনীমাতী পললেম মামা য়াইখুতোলকা পলথৌ মাপা পাখঙ য়োয়রেলপাকা আনী-মাতা খুৎফাং চেপনারোলনা রাকৎচাখিয়ে । ৫,৫৯ । পললেম য়ীমা লৈমারেল সিতাপী, য়ীপল য়ীপুংঙ খোইয়ম লাইনিংথৌ তাআঅো । ৫,৬০ । নাপারি নামোম য়ীপীঙঙাপু য়ীপল সানা নাখোঙথাপু লাপনা হুললালঙমলোইয়ে । ৫,৬১ । য়ীপল নাপীঙঙাকি খুয়া লৈখোঙথাতা ফমপী য়ীমরোইনাপাপু য়োনতানা ললকুপীঅো হাইনা পুনেমখোলকি মাপল লাইনিংথৌনা রাহমলকয়ে। ৫,৬২ । হে পারি য়িমোম নাপীঙঙাপু রুলপী পুকনীঙ রানা নীঙলুকানো । ৫,৬৩। থারাই পুমনামাকি লীকলা য়ীহুল থৌপু নোংতমপীরুঙৌনে । ৫,৬৪ ।

মাতম থোকলাপা খুতীঙতা পললেম নামা লৈমারেলকি পাইমা ব়ূলকোইমুংতা নারাল য়ীম ব়োইনারাঙেনে। ৫,৬৫। পারি য়িমোম নাপীঙতাপু থীনলাকুনো মাতম বায়েল সোয়রাঙেনে হাইথারাপাকা মাপারি সাচিপা মামোম থারৈনু আর্নীমাতী ফমপী মাফমলেলকি থুমলেল মাপুঙফাপা লীকলা য়ীহুলকোলপু য়িলতালখিরে হাইতাপারা। ৫,৬৬।

চীঙঙ্ পুরৈহলপানা ব়াহমখিয়ে। ৫,৬৭। খোইয়ম লাই-পাখং ১৬ ( তারাতারুক ) মা নঙখোয়স্নঙ চীঙঙ্ লাইনুরা ১৬ ( তারাতারুক ) মাকা ঙাইরোয়নানা মাইকৈ ১৬ ( তারাতারুক ) মাপু চেংনা ঙাকলুঅো। ৫,৬৮। খোইয়ম ৬১ ( হুমফুমাথোই ) মা নঙখোয়স্নঙ তমপা ৬১ ( হুমফুমাথোই ) মাপু ঙাইরোয়নানা সীঙথায় ৬১ ( হুমফুমাথোই ) মাতা সেংখোঙ মিয়ু ব়োইনা ঙাকলুঙেনে আস্নম থোথাখিয়ে হাইতাপারা। ৫,৬৯।

আসাইঙৈকি মাসাপি লৈকোয় নিংথৌস্নঙ কোরৌ নোংখোঙ কোয়খিপাপু থীঙলৌ নীঙনাতেনা মারাল ব়াইথুংলারাপাতা মাপল কুরুম সিতাপাপু চেংলৌ সক ব়ূতারাপাকি; য়ীসানৌ লৈরাং আ-তোলপাঅো য়ীপল য়ীপুংঙ্ সিতাপাতী কাতাইনো। ৫,৭০। মাপারি অৈপু কোরৌ নোংখোঙ কোয়রুঅো থোথোকলাপাকা সানৌ লৈরাং আতোলপাতা চোয়নৌ সানা ফমপাললাংপু সামু থুংসিলনারমলাপাকা মায়কৈ কাতাইরমতা সালথুপখিপানো। ৫,৭১। য়ীপল য়ীপুংঙ্ তাআঅো। ৫,৭২। পামু হুললালঙাইপু লৈতে। ৫,৭৩। নোংজং পায়াস্নঙ সিতময়ে। ৫,৭৪। মুব়া ঙাইথোং

সিলম্বুক্রুকস্নুঙ সেমতময়ে । ৫,৭৫ । নিংথৌ লাইকোংঙানা ললকুপী-রকতে হাইনা মাললেম লৈতা রোননা মীকপখিয়ে । ৫,৭৬। হে য়ীপল য়ীপুংঙ্ তাআঅো । ৫,৭৭ । নঙতী লীকলাং কোনকাতাপা লীকলা য়িচু থাংতোপা পামু ভঙতুরৈ নঙপু কারম থৌকাংঙমসী-পানো, থৌকাংঙমলারোইয়ে হাইনা তাঙচা মারাইপকতা সামু খুংনা নমনা মীকপলাপাকি লৈমা য়াইখুতোলনা বাহমলকয়ে । ৫,৭৮। য়িতুনিংথৌ লাংলেল রাপীহলঅো নঙপু রুলপী পুকনীঙ তংনা চৈরংলো । ৫,৭৯। চীঙঙ্ কুরুম সিতাপানা য়িতুনিংথৌ নঙপু থৌচাল ললকুনীঙপা থৌরম আমাপু লৈরিংঙনে হাইনা থৌখাম-খিয়ে । ৫,৮০ । মাসানৌ লৈরাং আতোলপাস্নুঙ চোয়নৌ সানা মেললাংচালতাকি মাললেম লৈতা কুমথারকলাপাকা মাসাপিকি সামু নাকতা ফমনা বাহমখিয়ে । ৫,৮১ । সাপি লাংলেল রাপীহল নঙপু রুলপী পুকনীঙ তপলো । ৫,৮২ । মুংসি মুংয়েং চেংনা মীকপ-লাকুনো । ৫,৮৩ । চীঙঙ্ কুরুম সিতাপাকি নোংতম মারায়েলপু কানা সালখঙঙমকাপানো পঙনা সালখঙঙমলোইয়ে ।৫,৮৪ । চোয়নৌ সানা মেললাংচাল আসী মাথোই আমাপু সাপি নঙঙোনতা থৌচাল ললকুপীনীঙপাপু থৌরম আমা লৈরিংঙনে হাইনা থৌখামসিললা-পাকা মাসাপি লৈকোয়নিংপৌস্নুঙ চীঙঙ্ নোংতমপাপু য়ীলতালখিরে হাইতাপারা । ৫,৮৫ ।

চীঙঙ্ নোংতমহলপা চীনকোয় ৪ ( মরি ) পালপানা পাংমেল-ঙামরে । ৫,৮৬ । সানৌ লৈকোয়নিংথৌ নঙপু মুংসি পুকনীঙ চঙনা রাবোইলাকুনো । ৫,৮৭ । চীঙঙ্ মানোংতমপু নোংতম রাচুন স্নুপানে

।৫,৮৮। বুলপী সেনলোঙনিকতানা নাতাঙৈনে। ৫,৮৯। লৈরোল নোংলোল ১৪ ( তরামারি ) মাপু লৈকোয় নিংথৌ নঙনা পুরিপানে। ৫,৯০। হায়েং নামুপোং লিংলাপাকা সাথে সললাই খুলথোঙ ৭ ( তারেং ) মাকি সাথে কুরুম রোইনা পোকলারাপাকা নাসানৌ অতোলপানাচিংনা য়ীরাং থৌনিনারাঙৈনে। ৫,৯১। থৌরম আসী খঙনা বুলপী পুকনীঙ পঙনা য়াংফারোইয়ে হাইনা থৌখামলাপাকা থীঙলৌ নীঙনাতেনা হলবাইখিরে হাইতাপারা। ৫,৯২।

খোইয়ম চীঙনিংথৌসুঙ চীঙপুরোই তমপু কোলনা চীঙলেল পলসারুপাপু চীঙপল পললোইরমলাপাকি থীঙলৌ নীঙনাতেনা রাইথুংলারাপাতা চীঙঙু মাপুরেলপু লৈঙামতারাপাকি মীৎপান পিফম চেন, লাবাই খুৎনা নমনা মীকপখিয়ে। ৫,৯৩। হে য়ীপুংঙু লৈরাং আতোলপাঅো চীঙঙু য়াইপীরেল সিতাপাপু কাতাইনো। ৫,৯৪। হাইনা পাওহংখোলকি খোইয়ম পাখঙ রোয়রেলপানা পাওখুমখিয়ে। ৫,৯৫। সাপি লাংপা চীঙনিংপৌঅো নঙপু চীঙঙু মাপুরেল নামুংপাতী ক হঙক চক আহালপাপু হাকথক মাতোল লোমলাপাকি মাতম, খোঙকাপ, মীংকুপ, নাহুম, লাকলেল, কিসি, মাতাং, ফিথুপ, তেকলেল থোরম ৮ ( নিপাল ) মাপু হেলফাতাপাকি কোরৌ নোংকাঙামলে। ৫,৯৬। সাপি নঙপু খোয়তৌ য়াফম খোয়চি মুংয়া ফমপী ৪ ( মারি ) মাপু বুলপী লাইনীঙসিংনা থৌখামঙৈনে। ৫,৯৭। খোমহক মাথুম হাংলাপা. সৌরা পাংসোই নাইপাসুঙ নাওয়োম ফিরাক তৎপা মিয় লৈখোঙ ঙামপাকি সিলফম মারিমাসুঙ চেৎনা ঙাক ঙৈনে।৫,৯৮। থাবাই মাপুরেলতী সাপি লৈকানুংতা মারৈরিঙৈনে

। ৫,৯৯ । হাইনা ব্‌লপী পুকনীঙ তপনাপাপু থোখামলাপাকি মাসাপি চীঙনিংথৌস্তুঙ ব্‌লপী পুকনীঙ তপলাপাতা খোইয়ম পাখঙ য়োয়রেলপাতা লংপা চীঙপাও তমখিয়ে। ৫,১০০। নাসাপি অৈনা চীঙলেল পলথোললুপাতী নোংনেম খানা পাংপারমকি খানা চাওপা খোঙখৈরমতা হালনা থোলপা হৌরকয়ে হাইপাকি মাহৌচীঙঅো ম্বিংথোললময়ে । ৫,১০১ । মাহৌ ফাইপোকচীঙস্তুঙ থোললময়ে । ৫,১০২ । খানা চাওপা চীঙকোললেলপু সালসেমলময়ে। ৫,১০৩ । খুলথোঙ ৭ ( তারেৎ ) মাকি চীঙলেল পললাংলাপু সারময়ে । ৫,১০৪ । খুরৈ খুধাচীঙপু থোললময়ে । ৫,১০৫ । য়াহৌ খম-হৌচীঙ আনীমাকা মিকৌ থাকৌচীঙ আনীমাস্তুঙ সলথোঙ তাইমা চীঙকা থোঙলেলকাকুপ চীঙকা চীঙলেল ১২ ( তারানীথোই ) মাপু থোললময়ে । ৫,১০৬ । থোঙলেল রাংমা লানলকলাপাকা থুমপী থুমলেলচীঙ আনীমাপু হৌনা থোললকয়ে । ৫,১০৭ । য়াঁ রাৎ থৌনি চীঙস্তুঙ মারিনাপু থোললময়ে । ৫,১০৮ । কোনঙৌ মিসি চীঙ আনীমাকা কোরী পীথারাই চীঙ মারিনাকা থংচীঙ লাইমারুকি চোয়নৌ চীঙতোমপোকস্তুঙ থোললমলাপাকা থংচীঙ কোলমুংলেলপু সালসেমলময়ে । ৫,১০৯ । মানলং মুংসীং চীঙ, নোংলৈ নোংঙম চীঙ ১২ ( তারানীথোই ) মাপু থোললময়ে । ৫.১১০ ।

আবাং লাইনা পাংপারমকি ব্‌ললল বাওরিচীঙ, য়ীচীক য়ীসা-চীঙ, হীমারু য়াইমারুচীঙকা খোইয়ম কৌপারুকি তমপা য়াইরাংচীঙতা চীঙলেল নাপোম ৭ ( তারেৎ ) তিলপা সুমসিললাককুমপাকি মায়ায় থোয়মারু চীঙতা কোলমুং য়াইকোলমুংপু সেমলমলাপাকা কৌপা

কৌনুচীঙ আনীমাস্থূঙ পুলসী নোংচেংচীঙ নোংলেল য়ীথাচীঙকা চীঙলেল ১২ ( তারানীথোই ) মাস্থূঙ থোললমলে । ৫,১১১। নোংলেল থাকপা পুরৈয়োমপাচীঙস্থূঙ পুনেমচীঙপু মারাচীঙঅো কৌনারাপানে । ৫.১১২। কোরৌ নোংকা চীঙকা চীঙলেল ২৫ ( কুনমাঙা ) স্থনা সালসেমলমলে । ৫.১১৩।

লাইচি থোঙচাওরেলপু লানখিরাপাকা চীঙইখ লৈনাচীঙ, লীকলা য়ীহলচীঙ, য়ীচীক য়ীশমচীঙস্থূঙ. সাচীক নোংতমচীঙ, পাপা নোংখাইচীঙকা পোললময়ে । ৫,১১৪। সেললোয় চীঙনামুংকা লংমাই লংপা হায়াইচীঙর্তা চোয়নৌ পুমতাকোননা চীঙসা ৯ ( মাপল ) স্থনা পোললমলাপাকা নোংপোক আসীপাকি কোলমুং মুংঙাইপাপু সালসেমলময়ে । ৫,১১৫। চোয়নৌ হীতাক চীঙস্থূঙ নোংলুমপাল কোনলাংচীঙকা হিংঙোন চীঙতোমপোকস্থঙ চামেল চীঙলেলয়াইকা সেললোয নোংলুমপাল হীতাকচীঙ, পাথারাই হীতাক চীঙস্থূঙ, লংপা য়োংসৌচীঙ, য়োংসেল থোমহুকচীঙকা. বাঙপারেল চীঙনামুংস্থূঙ বাঙপারেল কোলমুং য়াইফাপাপু সেমলমলাপাকা. লৈঙৌ মুমোইচীঙস্থূঙ লৈমু কোকপারা চীঙপুলসীকা থোঙলেল ১০ ( তারা ) চীঙকৈতুপকা কাপতু হুবেলচীঙস্থূঙ কংলা পুঙমায়োনকি কোলমুং পলকোইরেল য়াইফাপাপু লোমলমলাপাকা মায়ায় লাইকোয়রেলকি চীঙলেল আপসাসিংতী শমলমলয়ে ।৫,১১৬। তারঙ য়ীপাললাংনা কুমথাখিরে। ৫ ১১৭। চীঙলেল য়ায়তারাংনা লাইচা য়ীথেইরেলকি থোঙলেল নারাচি চীঙপু পোললুইয়ে । ৫,১১৮। মানম মুংসিপা চীঙলেলস্থূঙ চীঙলেল রোাইনমপানা চিংনা চীঙলেল ১০৮ (চামানিপাল) থোললুইয়ে । ৫,১১৯।

নোংচুপ ঙমথংনানা চীঙলেল হীতাকচীঙ কোমমারি চীঙলেল আচৌপাপু খোললময়ে। ৫,১২০। খুরৈ খুথাচীঙ আয়ামপান্নুঙ খোললময়ে। ৫,১২১। অোমমারি চীঙলেল য়াইফাপানাচিংনা চীঙ-লেল ১০৮ ( চামানিপাল ) স্নুনা খোললময়ে। ৫,১২২।

নোংপোক মাইকৈরনতা চীঙলেল য়াইফাপাচীঙ চোয়নৌ চীঙপুলসী, খাংপা খাংহুলচীঙ চীসাচীঙনাচিংনা চীঙলেল ১০৮ ( চামানিপাল ) স্নুনা খোললময়ে। ৫ ১২৩। চীঙলেল মাসীঙ মাতোল লোমনা তেংথা ঙমলুলারোইয়ে। ৫,১২৪। কংলৈ পুঙমা-য়োনকি চীঙলেল চাঙকোইমুংপু তালনা হুলখংলকলাপাকা থুমহী থুমখোই চীঙপু খোললময়ে। ৫,১২৫। চীঙপী চীঙনাঙতাঙস্নুঙ খোললময়ে। ৫,১২৬। য়ীথা চীঙসাংলোইপু সেমলময়ে। ৫,১২৭। পোইরৈতা ফাথিপানা য়ীথাই চীঙতোমপোকঅো তৌনা কৌনারা-পানে। ৫,১২৮।

থাঙকা কারাং চীঙতী মাললেম লৈহৌচীঙপু নৎতে। ৫.১২৯। নিংথৌ কাংপা মাহাকথকতা চীঙলেল মাতোম সানফোংলকপানে। ৫,১৩০। হীয়াঙথাং চীঙ নামুংতা লৈন্নুং য়াইপীরোককি মাপান্নি নোংতা লাইরেল পাখংপাকা ঙাইরোয়নারকপা চীঙনে। ৫,১৩১। চীঙলেল মারক খাইনা ষারম সালখঙনাপাপু তেংথারমপানে। ৫,১৩২।

মাললেম লৈমাচীঙ চীঙলেল মারাচীঙস্নুঙ খোললময়ে। ৫,১৩৩। চীঙপুলসী চীঙনাংয়োমপু খোললময়ে। ৫,১৩৪। ফুংকালাইরুচীঙ ৩ ( আহুম ) মাপু খোললময়ে। ৫,১৩৫। পোইরৈতা ফাথিপানা চীঙপা ফোইচীঙ লোকপাচীঙঅো তৌনা কৌয়ে হাইতাপারা। ৫,১৩৬।

কাংথু কাংঙোই চীঙকা পাসি রাইথুমচীঙকা থোললময়ে। ৫,১৩৭। মৈরি চীঙপু মামি তমললময়ে। ৫,১৩৮। মায়াংলাংচীঙ-কোলঅো তৌনা মিংথোললৌপানে। ৫.১৩৯। মিরেল হীকুম থোঙকি থোঙঙাক চীঙচেংলাংপু হৌপীরময়ে। ৫,১৪০। রাংকোল কংলৈকোলপু সালসেমলমলে। ৫,১৪১। আরাং লুকোকচীঙ পুরৈ-রোমপা চীঙস্নঙ লুকোক চীঙতোমপোকঅো থোললময়ে। ৫,১৪২। আকোলপাতা থীঙকারী চীঙতোমপোকঅো কৌনারৌরে। ৫,১৪৩। চীঙলেল আয়ামপাকি মামৈ মৈরুংতোলপু চংথারকলাপাকা চীঙমৈ-রোঙপু সেমলময়ে। ৫,১৪৪।

মাইকৈ নোংপোক থংপারমকি খুৎপীপোক লাইথোইচীঙপু থোললময়ে। ৫,১৪৫। সিতানাতা চীঙনামুংস্নঙ সালসেমলমলে। ৫,১৪৬। খোইয়ম আপামপাপু ঙাইনা-ঙাইনা চীঙথোললময়ে। ৫,১৪৭। চীঙঙাইঅো কৌপাপু পোইরৈতা ফাথিপানা চীঙঙাঅো কৌনারৌয়ে। ৫.১৪৮। খোইয়ম লাইরুপ আয়ামপানা লাইচা য়ীরু সানতেংলাপাকা চৈরৈ মাফি স্নমনাফমপু ফিস্নমচীঙ মিংকৌনা থোললময়ে। ৫,১৪৯। খোইয়ম মাইকৈ ঙাকপা ৮ ( নিপাল ) মাকি চীঙলেল য়াইরোইপা ৮ (নিপাল) মাতী লোইরেল খুলপীরোক সানা লংপা-চীঙকি ফালথোঙ ৮ (নিপাল) মাপু রোইস্ননো হাইনা নোংতমলময়ে। ৫,১৫০। চীঙলেল স্নংতাই ১৬ (তারাতারুক) নে। ৫,১৫১। চীঙলেল চীঙখায় ৬১ ( হুমফুমাথোই ) মাকি চীঙমিং ৬১ ( হুমফুমাথোই ) মা আসীনা কংলৈ পুঙথোইরেলকি কোলনুং চাওকোইরেলপু রোইনা সাল-সেমলমলে হাইনা পাওতম মাতোল লোমলে হাইতাপারা। ৫,১৫২।

আসীস্নুঙ মাতোমতে। ৫,১৫৩। পামেল ব্,থাপা, কোঙয়াঙ ব্বারিংপাস্নুঙ ব্বাইথুংলায়াপাকা সামু থংচপনানা ব্বাখৎচাখিয়ে।৫,১৫৪। হে য়ীপুংঙ্, খোইয়ম পুমনামাকি লাইনিংথৌঅো চীঙঙ্, মাপুৱেলপু ফমপী কাতাইরম হৌখিরাপানো। ৫,১৫৫। পামেল ব্,থারু, কোঙ-য়াঙ ব্বারিংলুঅো হাইনা থৌসীথোকলাপাকা নাতাইরেম অৈপু ঙাই-খমপীঙামতানা কারিকি নারাল ৱোনতে য়াঙখিঙামলাপানো।৫,১৫৬। হাইনা মাললেম লৈতা ৱোন পিরেল মীৎপাল সিলথাখিপানা হুকসাং পুমনা চোৎয়ে। ৫,১৫৭। তাঙচা মারাইপকপু সামূ খুৎনা নমনা মীকপখিয়ে। ৫,১৫৮। চীঙঙ্, পাখঙ য়োয়রেলপানা ব্বাহমলকয়ে।৫-১৫৯। চীঙঙ্, কুরুম সিতাপাতী পুকনীঙ মানীঙ তমপানে।৫,১৬০। থাৱাই পুমনামাকি থামোই লৈকাস্নুংতা মারাল হুমৱোইনাপাপু খোইচেং পাংসোই নাইতে হাইপাকি কাসা য়াইপীরেলঅো তৌনা কৌয়ে। ৫,১৬১। হায়ি মিংখৈরেল, হৈৱোম মিংপুলসী, কাসা মিং-মারুকা মিংলেল ৩ (আহুম) মাতুম তাংচা নারৈতোলতা লৈতোল পোৎথাতানা সোলচায়ো। ৫,১৬২। চীঙঙ্, মাপুৱেলতী ক হঙক চক অহালপাপু মাতম হেলফাতাপাকি আৱাং কোরৌ নোংকাঙামলে। ৫.১৬৩। হে সানৌ নঙপু ব্,লপী পুকনীঙ তপলো। ৫,১৬৪। হাইনা থৌখামলাপাকা মাললেম লৈমাইথকতা তিংথৌ তোলোঙ-পাপু মাতোন নৌনা চোংলকলে। ৫,১৬৫। হাওনা পোলাংস্নুঙ হৌরকলে। ৫,১৬৬। আসীস্নুঙ মাতোমতে। ৫,১৬৭।

নাপী সীঙপী য়াওনা হৌখৎলকলে। ৫,১৬৮। নাপু নাসেল লোইনানা মাতোন তোননৌ চোংখৎলকলে। ৫,১৬৯। নাখাই

ন!ভাঙ য়াওনা নাচোপ তিলচোপপাপু হৌনারকলে। ৫,১৭০। নারী নারেনপাপু লোয়নানা সিতানাতা পুলসী নোংচেং আসী খৈপীকপু মাললেম লৈমাইথকতা হাললা সানসেমলকলে। ৫,১৭১। হুপলা হারাকা লৌহিং পুংকায় য়াওনা সেমলময়ে। ৫,১৭২। নাপী মাতোল লোমনা তেংথাঙমলারোয়য়ে। ৫,১৭৩।

পামেল ব্রকি সাখৈতা ব্রপান খুৎপা হালপাতী ব্রহল্না হাল্লকপানে হাইপাকি কোনলোই মামিংথোংপু ব্রহলঅো তৌনা কৌয়ে। ৫,১৭৪। ব্রনিংথৌনে আতু মাথং তনলা ব্রকৈচানে ৫,১৭৫। সানাখোংনাং নিংথৌকা পামেল সায়ী কুহিতোলস্নঙ খেব্র খোঙতাঙপা ব্রয়ুম, তাইরেল, কোককল, কুরাও আসী খৈপীকনা হালয়ে। ৫,১৭৬। পামেল ঙায়ান ব্রস্নঙ সারেল সায়ান ব্রকা তনলা থুমনমপী অসী খৈপীকপু হালনা থারময়ে। ৫,১৭৭। × × × তনলা অকলা পামেল তলকা তনলা ব্রচাও বাংকারোইনাইকা মাললেম লৈমাইথকতা সেমলময়ে। ৫,১৭৮। তাওচীঙ আহালপাতী হৈরাঙ চীঙকি হৈক্রুনা কুরুম রোইনায়ে। ৫,১৭৯। তাওচীঙ হৈপীনা পললেম মামা রোইনায়ে। ৫,১৮০। হৈরাঙ হৈয়ীংনা পলথৌ মাপা রোইনায়ে। ৫,১৮১। হৈতারোইনা মাপারিনে। ৫,১৮২। হৈনীঙনা পললেম নাওরোইকাপীপু রোইনায়ে। ৫,১৮৩। তাওচীঙ আয়ামপাতী হৈরাঙ আসীতাকি নাংনৌরকপা মাসেলনে। ৫,১৮৪। তাওচীঙ হৈঙাঙ হৈয়াইকা হৈরাঙ হৈপোং কাংকৌস্নঙ তাওচীঙ হৈথারময়ে। ৫,১৮৫। হৈরাঙ হৈস্নুরা পাখং ব্ররাংমৈ লেপতম হৈস্নঙ তাওচীঙ হৈপান থারময়ে। ৫,১৮৬ আসীস্নঙ মাতোমতে। ৫,১৮৭।

হৈরাঙ থুমখোইপা সামংতারাই হৈরাঙচাল সালোম হৈরোন-থোককা হৈতুপ নীঙশাকপা, তংর্চাঙ হৈবাঙথোইস্নুঙ হৈ য়ি হৈচাও হাংগোইপা তাংচীঙ হৈসাংনমপোলপীকা, হৈরী হৈমাংস্নু হৈনৌ থুমখোইপা,চুমপারৈ হৈরাঙচালকা মাকবোলহৈ নীঙ থিপা হৈখা হৈরাঙ চালকা তাংচীঙ হৈগারময়ে। ৫ ১৮৮ ।আসীস্নুঙ মাতোমতে ।৫,১৮৯।

আমল সীশেমহৈতী তাংর্চাঙ মীনলহৈনে। ৫,১৯০। তাইপঙ পুমনামাকি হৈ মং মাতেল লোমনা তেংথা ঙমলায়োয়য়ে। ৫,১৯১। তাংচীঙ লাকোই আয়ামপাপু মাহুল মাগেল তৈনা থারময়ে হাই-তাপারা। ৫,১৯২।

সীঙলেল লৈ নিংখৌতী থমপাল লৈঙ্গুংবোন, থারো স্নুঙকাং-সাপাকা লৈরাং লৈথারময়ে। ৫,১৯৩। সাংলেল রুথমপালস্নুঙ লোইতাম থারোইলৈ লাবাই লাংলৈকা সীঙলেল লৈরম ৫ (মাঙা) মাপু স্নুঙসিললৈ সাঙলেল সংকুরৈপু থারময়ে। ৫,১৯৪। নুমীৎ সানা থেমথারৈ লৈরাং সানারৈকা সীঙলেল পেত্রকলৈ, লৈসোক চুমপুনলৈকা সীঙলেল নোংপোকলৈস্নুঙ নোংপোক মানলং হুমরোই-পাকি কোরৌ লনসারৈপু সালসেম পারময়ে। ৫,১৯৫। লোইতাম থাচা খোয়হৌরৈর্তা সীঙলেল চানেললনে। ৫ ১৯৬। চঙঙ সিতাপা য়ীরাংলৈনে। ৫,১৯৭। নুমাং সানা মকৌবৈ মেলৈ লৈসনা লেঙতুনপাপু থারময়ে। ৫,১৯৮। সীঙলেল য়েরুমলৈ, মালসেম লৈপাকলৈকা লৈরাং কোনপীকোঙয়াঙকা সাঙলেল মিংনাইপা আ-সীসিংপু লৈরাং লৈপারময়ে। ৫,১৯৯। তাইপঙ পুমনামাকি লৈমিং মাসীঙস্নুনা তেংথা ঙমলুয়োয়য়ে। ৫,২০০।

সামনলীকিরৈ পামু মুংচঙলৈ মুচা সকপামলৈকা মুংবোন পুক-ক্তিলৈল্সুঙ সিতানাতা লৈকা পুলসী নোংসাংলৈল্সুঙ লৈল্লোং ৬ (তারুক) মা আসীতী সীঙলেল লৈমিং থাম্রমলাল্লোইয়ে। ৫,২০১। চীঙলেল কুরুমচীঙতা লৈল্লাং লৈপাল কানা থাম্রময়ে। ৫,২০২। খোইয়ম মাইকৈ ঙাকপা ৮ (নিপাল) মাকি চীঙলেল লৈকোইমুংতা চাকলীক নোংখৈ মাপাল থাম্রময়ে। ৫,২০৩। পামেল সিতাপা ব্ৰুপান ৮ (নিপাল) মাল্সুঙ থাম্রময়ে। ৫,২০৪। কোলমুং ব্ৰুমংলেল ৮ (নিপাল) মাপু কোয়না সালসেমলমলে। ৫,২০৫। চোয়নৌ লংপা-চীঙকি ব্ৰুমংলেলকা ৯ (মাপল) সুনা সালসেমলমলে।৫,২০৬। হীমারু সিতাপা, য়াইমারু নাতাপা, য়াইপীরেল য়াইফাপা পানপী ৩ (আহুম) মাল্সুঙ থাম্রমলে। ৫,২০৭। হাইনা পাংতমলাপাকা চীঙু পাখঙ য়োয়রেলপানা সারেল ম্রেংনা কোলনা খৌচালপীখিয়ে হাইতাপাম্রা। ৫,২০৮।

থাবাই তুংঙালপাতী পুমনা লৈতারিয়ে। ৫,২০৯। চেকলা মাকু পুলসাপাকা কপী ব্ৰুনমুপাঁ মাললেম লৈহনচেককা কোরৌ নোংলাইচেক আঙৌপা পোলপী ঙকসাংপা ব্ৰুরোক লৌসিংপাকা চেকলা ৩ ( আহুম ) মাতাআপু মাঙাইম্রিয়ে। ৫,২১০। পোলপী মাকুনা কুরুম রোইনাম্রকয়ে। ৫.২১১। কপী লৈহনচেকনা পললেম মামা বোইনা চেকলা পুমনামাপু পোকনাম্রকয়ে। ৫,২১২। খোই-য়ম পুরৈরোমপা সালবোনচেকনা পলখৌ পাবোইনাম্রকয়ে।৫,২১৩। মাললেম মানম সীলনা চিনি হৈম্রাংচাল, খোইহী থুমখোইপাকা সলখোম আফম আহিংপাপু মাললেম লৈপাক মানম সীলনা লৈরীক

লৈহাও সৌখংলকপাপু খোইয়ম লাইরুপ আয়ামপানা তায়াচা রোইনারকয়ে হাইতাপারা । ৫,২১৪ ।

খোইয়ম লাইরুপ আয়ামপাসিংনা মাইকৈ চিথেক ৪ (মারি) মাতা কুমৈ মুংঙাইপাপু পালতম মাখৈ লৈতানা সালনারিয়ে ।৫,২১৫। আসৈ মুংঙোন সক, চীঙঙু মাতীক হাইনা হারাও মুংনৌ চঙনায়ে । ৫,২১৬ । আসৈ মাখোয়না তেরালনাপাতী ; চীঙঙু পাখঙ য়োয়- রেলপাকি চীঙঙু মাচীনচাকপু রোইনা আসৈ তেরাল সকপাতী :—

মাথা মিরাং চেনখিরে । ৫,২১৭ । অলচি লাইয়ীম থানা কংকোই মিতম হুলখিরে । ৫,২১৮ । সীঙলেল লৈপাল ফাপানা লৈরাং লৈনম চাংরকলে । ৫,২১৯ । সীঙলেল লৈহী হুললকপাপু লীকলা থুমখোই মাপুঙ ফারিঙৈনে । ৫,২২০ । লীকলা বুলকোয় থলনা থুমলেল য়ীচলথারকলাপাকা থমপাল লৈয়াইথকতাকি হীমারু ফম- পালচালপু মেললাং য়ায়তারাংনা চীঙঙু লৈফন চেৎঙৈনে । ৫,২২১। য়ুহা পঙনা হাহনকুনো । ৫,২২২ । লুংচন মাঙনা নীকহালকুনো । ৫,২২৩ । তমপা লৈমারেল সিতাপীপু খুংচেং হংচিরাক, খুৎপী কারোঙ পীনা সামনর্লাকি চেৎঙৈনে । ৫,২২৪ । খোয়মা মারোক খোমহুকরা খোয়চেল মাইরোনলাপাপু নমমুক তুংথাং থীনকুনো । ৫.২২৫ । হাইনা হাইরে আসৈনা । ৫,২২৬ । ক সনা তেংথানা হৈরোম আসৈনাপাকি চাঙঙু মিংথৈরেল সিতাপা ৩ ( আহুম ) মাপু তায়াচা রোইনানা থৌচাল ললকু থীনকুনো । ৫,২২৭ ।

হাইনা আসৈ তেরালনানা মুংঙাই কুমৈ সালনায়ে । ৫,২২৮ । খোইয়ম পুমনামাকি কুমৈ মাতৌ য়েংনা চীঙঙু সিতাপা, সিতাপী

আনীমাকি তারা মাচীনচাকপু রোইনারিয়ে হাইতাপারা। ৫,২২৯।

আসাইঙৈকি কোঙয়াঙ রাথারুপাস্নঙ বারিং মাতোল লোম-লাপাকি খীঙলো নীঙনাতেনা রাইখুংলারাপাকা খুৎফাং চেপনারোল সামু থংচপনানা কোঙয়াঙ রারিং পাঙপু পাংতমখিয়ে। ৫,২৩০। হে য়ীসুংঙু তাআওো। ৫,২৩১। নাতাইরেম অৈনা কোঙয়াঙ রাথা-রুপার্তা লাইরানা হালনা চোংোকলকয়ে। ৫,২৩২। মাঙপী রুমুস্নঙ কোননা থারময়ে। ৫,২৩৩। পোঙসঙ রাতংখোইকা রাথারময়ে। ৫,২৩৪। রুতং রাসা নাইপাস্নঙ লিলময়ে। ৫,২৩৫। মৈরিপোপ রাপোপচাঙস্নঙ থারময়ে। ৫,২৩৬। রুলনান লীরা আনীমাস্নঙ থারময়ে। ৫,২৩৭। নাংরা তাংতলপাকা রাকোকচাও রারুতুপ আনীমাস্নঙ রারিংলময়ে। ৫,২৩৮। রাতরেঙ তাংখুপা, রারোই তাংচুমপা, তালেল তাংখুপাস্নঙ রাকুপলেঙ রারোইচেকা রামীং তাংতাললোই আকুইপাসিংপু মাখন মাগেল তৈনা কোঙয়াঙ রাথা-রমলে।৫,২৩৯। হাইনা রাকংলাল পাকা খোইয়ন মাঙাইরোয় চীঙঙু মাহীসাংপু লেং তলনাখিরে হাইতাপারা। ৫ ২৪০।

তমপা লিরি লফোংপীনা সংলো য়েনলাং মাখন মাগেল ঠৈ.. সংলো য়েনথারুপাস্নঙ মারাল রাইথুলারাপাকি সংলো য়েনপাও তমখিয়ে। ৫,২৪১। রুয়েললাপা, পানখোক, য়েনতেনকা খৌথা ককলা মাপান ললমলে। ৫,২৪২। ফুলীন য়েনখুনাংকা য়েনপুম লৈহৌসং নাতাহেনপাকা তনলা রুয়েন রায়েন আনীমাস্নঙ নাতাই-রেম অৈনা সালসেমলমলে। ৫,২৪৩। কোকথারুম কেঙতোইস্নঙ, ককচাকখোমপী ককলুমালল য়েনকা, লোকলৈ, পুললৈস্নঙ, ককচা

লাইচা য়েনকা য়েন লিংলময়ে। ৫,২৪৪। কমপোং থাপুংয়েন আনীমাস্তুঙ সীঙঙ্ৎ হারায়েন য়েনপী য়েননাও য়াঙপাসিংকা থাংথা খামেল লংমাই য়েনথা, নোংগৌ নুমীৎ আনীমাস্তুঙ হংকাম নাপাকপা তেকতা ব্রুনাইপা য়েনলাং মানা চাফাপা, সংলৌ মারু তংকাপা থৈপীকস্তুঙ সংলৌ য়েনলম ১০৮ (চামা নিপাল) মাপু য়েনলাং নাসীঙস্তুনা সালসেনলমলে । ৫ ২৪৫। হীতাক মারম ১০৮ (চামা-নিপাল ) মাস্তুঙ লাইথুং ১০৮ (চামা নিপাল) মাকি লাইকোকনাপা আমল সীকুমনাপাস্তুঙ হীতাক মাসীঙস্তুনা য়েনলাং মাপান থারমলে। । ৫,২৪৬। হাইনা সংলৌ য়েনপাও তমলারাপাকা য়েনলাং য়েনলৈ-মাতী সংলৌ য়েনলুংপীপু ব্রোইস্তুনো হাইনা নোংতমলমলে হাইতাপারা । ৫,২৪৭।

চিঙঙ, পাখঙ য়োয়রেলপাকি সামু রোয়রম থারিপী য়াইখুতোল লৈমারেলনা মাপারি করৌহলপাপু নাঙনোরকলে । ৫,২৪৮। আঙাং চেংলৌ সককোয় হেনয়ে । ৫.২৪৯। নাওবা মাতীক চঙখোন-পাপু খুংতম মাহৈ পালনা ফাওলায়ে। ৫ ২৫০। খোইয়ম লাইকি মাচা য়োয়রেলপাতা নাওবা লাচেং মাকারক গোইমা তেলচৈকুম মাহুল লকলাপা কি মাপল লাই নিংগৌ পাখঙ য়োয়রেলপাতা রাকৎ-চাখিয়ে । ৫ ২৫১। য়ীপল থীপুঙ তাআমো । ৫,২৫২ । পললেম য়াইখুতোল লৈমাপীস্তুঙ নাপারি ঐপু য়ীপল সামু নাখোঙথাতাকি লেঙতানা ফমপী য়ামরোইনারাপাকি লৌসং মারা চংতারিয়ে । ৫,২৫৩ । তাইপঙ পুমনামাক মাললেম লৈমাইথকতা চীঙঙ পালকন মাপা তমপা, খোইয়ম মাখৌ হেনপা কানাকুমপাপু

কাওরারিকাপানো । ৫,২৫৪ । কুমৈ মুংঙাইপাপু মীৎয়েং সানখৈ-রুনীঙয়ে । ৫,২৫৫ । য়ীপলকি ছুলাই আপাইপা, পুকনীঙ মাতুং য়ীলপা ছুলাই মকতাপাকা খুৎসু য়াইবোইপা খুৎলাই মাথৌ হেন-পাপু ললকুপীঅো । ৫,২৫৬ । য়ীপল মাকু পুলসীপা, ব্রোক লৌসিংপাকা আনীমাপু ঙাইরোয়নাখিকে । ৫,২৫৭ ।

হাইনা বাহমখোলকি মাপল পাখঙ য়েয়রেলপানা ছুলাই মাখুনেৎ আপাইপাকা তারং থাঙকোয়য়াঙপাসুঙ খাঙসং য়াইবোইপ মাললেম লৈহৌথাঙ, কোয়ৌ নোংহৌ য়াইতারাল খাঙসং য়াইবোইপা থাঙসং মাথৌ হেনপানা থাঙলেল য়েংতারৈ হাইরাপাতী পালকন মাপাতমপা খোইয়ম লাইপু বোইরাপাসুঙ য়েনতেম থারাক সোই-কুম সোইথোকঙাময়ে। ৫,২৫৮ । থাঙলেল মাপাপু লৈতাপা থাঙনে । ৫,২৫৯ । তেলপী য়াইবোইপা, লীরুং মাথুৎসুসুঙ ললকুপী-রাপাকা বাহমখিয়ে। ৫,২৬০ । সাপি মাকু পুলসীপা নঙকা ব্রোক লৌসিংপা নাপীঙঙানা লোকলৌ সানা কোলনা ঙাইরোয়নাপীরুঅো । ৫,২৬১ । খোইয়ম আথৌপা চীঙঙ্ আকনপাসিংপু লমবোকনারা-পাকা খোইয়ম লাংলেপ আচৌপাতা খোইমা লাংথুরাপাকি মাতৌ আথীপাপু লালনংলাপাতী নাসানৌ অৈপু তালনা য়াঙনা খোঙলোয় পাওহলপীরো। ৫.২৬২ ।

হাইনা বাহমলাপাকা মাপারি করৌহলপাসুঙ মায়ু কুরুম সিতাপাকি লুহুপ য়াইবোইপাপু কোকলেল লুতোল মাঙাল নাই, খুৎসু য়াইবোইপা খুৎলাই মাথৌ হেনপা খুৎসু পুমনামানা চঙঙম-তাপা চোয়নৌ সানা ফুরৌৎপু ফুরীৎ মাঙাল নাইতাপা চৈরৈ থাঙ-

সেৎ থুপকিরোন, মাললো ফিভোল লাং, চোয়নো থাংথা সারীকনা সারীক তোলথাংনাপাকি খোনসেল হুংনৌপাপু চীঙম্বুং হারি খোল-কুমনা বৃলপী প্রকনীঙ হুপাকি খুরাঙসেৎ কৈত্থুপ য়েপপানা সামু পালকন মাতেং পাংহালয়ে । ৫,২৬৩ । তারং থাঙকোয়য়াঙপাপু সারেল য়েৎতা পাই, থাঙলেল য়াইরোইপাপু সামু রোয়তা সু, তেলপী মাসীঙস্থ, নীরুং মাখুৎস্থনা হুলাই লেংতমথকতা হাপলাপাকা মাপল পাখঙ য়োয়রেলপা, পললেম মামা য়াইখুতোলকা আনীমাপু পুনেম-লারাপাকা বৃরোক লৌসিংপানা সেকপিল লৈনা থালয়ে । ৫,২৬৪। মাকু পুলসীপানা হুলাই সাথৌ শোইনা নোংচুপ ঙমথংনানা কোরৌ নোংতোল লং, মাইকৈ মাথোঙ খঙতানা পাইথোকলকলে হাইতাপারা । ৫,২৬৫ ।

খোইয়ুম মাইকৈ ঙাকপা নিপালমাকি ফমপী কোলম্বুং হুংঙাই-পাপু হেললকলে । ৫,২৬৬। মানলং হুংসীৎ নিংথৌকি মামোম লৈমা সিম্নুংলেঙ নীঙথিপীভী মাতা য়্যাংতৌ পোকমারোয় খোয়নৌ মাইফং লেংমাননাপী মাসেলপু হাওসীঙমকাচিংনা কোমমারি লাইচা য়ীয়োক কোমপু লাইচা য়িপাল লাংনাপা নমচং থোকঙামপাতা সিম্নুংলেঙ নীঙথিপীনা চেংলো মীৎথীৎলাপাকি সামু থুৎপু থিলনা পাওতাক-থিয়ে । ৫,২৬৭। হে খোয়নৌ য়ীতা হুংচালপী নঙখোয়পু য়েংঅো য়েংঅো। ৫,২৬৮। সেকপিল আঙৌপা মাথোন ৯ (মাপল) হুপাপু থালনা কোরৌ নোংতোলথকতা পাইরকপা আসীপু খোইয়ুন কানা কুমপাপু নারিকাপানো হাইনা মীৎয়েং সানখৈনাথিয়ে । ৫,২৬৯। হুংসীৎ নিংথৌ মামোমলোন লৈমা সিম্নুংলেঙনাচিংনা খোয়নৌ মাতা

খোলমালনানা কোরৌ থকতা লাওখৎখিয়ে । ৫,২৭০ । খোইয়ম কানাকুমপানো । ৫,২৭১ । মাইকৈ কাতাইরমতাকি পাইরকপানো । ৫,২৭২ । নোংপোক আসীপারা । ৫,২৭৩ । আরাং নোংনিংথৌরা । ৫,২৭৪ । থংচীঙ লাইমারুপু য়োইরাপারা । ৫,২৭৫ । মাললেম লৈখোইরেল মায়ায় থোয়মারুকি খোইয়ম লাইনিংথৌ চীঙঙ্ পাখঙ য়োয়রেলপানাতুম চোয়নৌ সানা চোঙলেল মাথোন ৯(মাপল) সুপাপু থালয়ে হাইপাতী নাতায়ে । ৫,২৭৬ । চীঙঙ্ মাকি মাপা-রিপু য়োইরাপারা নঙপু কানানো । ৫,২৭৭ কোমমারি লাইচা তুরেল আসীকি চাংচো য়ীপাললাংনা য়ুমং থোইনা চীকয়ে । ৫,২৭৮। হৈরাঙ থুমখোইপাপু পাললয়ে, সীঙলেল চুনাপাপু য়োঙলয়ে, লৈরাং লৈচিলনাখিরো, তাংচীঙ হৈতংখিরো লাইচা য়িথৌরাংলি-ঙৈনে । ৫,২৭৯ । কোমমা লাইচা য়ীরীকলাইপু য়ীসিং থোইনা হাংয়ে, লাইচা য়ীয়োংখিরো । ৫,২৮০ ।

হাইনা লাংখৎলকপাপু চীঙঙ্ করৌহলপানা মাপল মাকু পুলসীপাতা রাহমখিয়ে । ৫,২৮১ । হে য়ীপল মাকু পুলসীপাঅো নঙপু লাইচা তুরেল য়ীপাললেলপু তালনা তুলাই সাথৌসিলঅো । ৫,২৮২ । চেংলো মীৎকুপমারমতাআপু আবা পোৎথাখিসে ।৫,২৮৩। হাইনা রাহমপাপু মাকু পুলসীপাকা য়ুরোক লৌসিংপা অনীমানা হোয়য়াপীতারাপাকি য়ুরোকলৌসিংপানা লাওথারকয়ে । ৫ ২৮৪ । চীঙঙ্ আতৈপা, খোইয়ম আরোনপাপু নংতে । ৫,২৮৫ । চীঙঙ্ পাখঙ য়োয়রেলপাকি মাপারি খোইয়ম করৌহলপানে । ৫,২৮৬ । রাংলো লমতনফাইরোইয়ে । ৫,২৮৭ । য়িমোম নীঙথিপী নংখোয়পু থৌথামবুনো হাইনা রাহমলাপাকা তুলাই য়াঙনা পাইখিরে । ৫,২৮৮।

সুংঙাই ১৬ (তারাতাকক) মাপু ঙাকলপা খোইয়ম ফমপী কায়ামারমপু হেলনা তুলাই সাগৌখিরে। ৫,২৮৯। সীঙথায় ৬১ (হুমফুমাথোই) মাকি খোইয়ম য়ায়কোলমুং মুংঙাইপাপু মাসীঙ থীঙমতানা লানলকলাপাকা চীঙলেল চাংগোইপা আমাপু কোরৌ ঙমশংনানা লৈঙাময়ে। ৫,২৯০। চীঙলেল কোনলোয় মামিংথোংপু অংকিরাঅো তৌনা কৌয়ে। ৫,২৯১। অংকিরা চীঙলেল য়াইতারাঙনা খোইয়ম ফমপীরেল মুংঙাইপাপু লৈঙাময়ে। ৫,২৯২। অংকিরা চীঙলেল আরাং পাংপারমতা লাইচা য়ীয়োককোম চাংখোইপা আমাপু লৈঙাময়ে। ৫,২৯৩। লাইচা মাপুকমুংতা য়ীপাললাংনা পানেল নীঙপপা সাঙলেল রোইননপা লৈরাং চুনাপাপু য়ামনা পাল-লিয়ে। ৫,২৯৪। লাইচা অভুতা য়ীরসানতেংখিয়ে।৫,২৯৫। সীঙলেল মুংসিপা লৈরাং নীঙপিপাপু হেকনা মাপল পাখঙ য়োয়রেলপা, পল-লেম মানা য়াইখুতেলকা আনীমাপু পুনেমখিয়ে হাংতাপারা।৫,২৯৬।

খোইয়ম য়ায়কোলমুংপু তালনা চঙখিরে। ৫,২৯৭। মানলং মুংসীংনিংথৌনা মাকু পুলসীপাপু চেংলৌ সক খঙঙামলাপাকি পাগুহুংখিয়ে। ৫,২৯৮। সাপি মাকু পুলসীপা নঙপু থৌরম কারি লৈপাকি অৈপু য়িলতালকপানো হাইনা পাংহুংখোলকি মাকু পুল-সীপানা পাগুখুনখিয়ে। ৫,২৯৯। নাপার ভাসীনা মালেম লৈমাই-থকতা কুমৈ মুংঙাইপা কারমপাপু লৈরিকাপানো মীংয়েং সানথৈনীঙয়ে হাইপাকি হৈনা মাতুং য়িলনা খোইয়ম নঙঙোনতা রাইখুংলাপানে। ৫,৩০০। হাইনা পাগুখুনলাপাকা খোইয়ম করৌহুলপাপু ফৈরা তালতা থোং, থাচাই লেংরোন চুপ, সমলাং তোলকা নালনা রাহম-

থিয়ে । ৫,৩০১ । পারি য়ীপুংঙ্ চেংলৌ সকহেনপা নঙপু নাপল লৈনা চেংলৌ সক খঙঙমতাপাকি মাইবোকথানানা য়োয়বোই ঙমতে হাইপাকি পারি পুকনীঙ বাবোইপীকুনো । ৫,৩০২ । হাইনা য়োয় চালনারাপাকা চীঙঙ্ করৌহলপাকি চেংলৌ সকপালথোং পুন্নুং লেপপালথোংপ্ন য়েংনা থোইমোম লাইমুরা পুমনামাতী বুলপী পুকনীঙ হুনারে । ৫,৩০৩ । নোংলাইনিংথৌ মামোমলোন সঙকুরেঙ নীঙথিপীনা চেংলো মীংগীংলাপাকি নাংবা পুকনীঙ হুরে । ৫,৩০৪।

হে লুবাং নিংথৌ কুরুম লৈচাংপা নঙপু লৈমা সংকুরেঙ নীঙথিপীকি লৈমা মাতৌ সৈবোনপাপু বুলপী পুকনীঙ তপনা নাতাঞো । ৫,৩০৫ । আঙাং করৌহলপাকি সকথোং মাঙাল নাইপাতা থারাই মামিরেলপু চেনসিলখিরাপাকি লৈমা সংকুরেঙ নীঙথিপীতী বুলপী পুকনীঙ সুমলাপাকি সামু থোঙথাং চুমতারে । ৫,৩০৬ । চেংলৌ মামীং পোইনা তারা খুংপুনপীপা, লাইচা চীনখুল য়েংপা পুমনামাপু থৌকাংনীকলে ।৫.৩০৭। য়াথং বাহাই খুতীঙপু চীনলেঙ কারল চলনা নাংবা মাথানাকি বুলপী থোইখৈন্নুংপু সামু খুংনা নমনা পৌখামঙমতারাপাকি থোয়নৌ মাতা লেংমাননাপীসিংতা বাহমথিয়ে । ৫,৩০৮ । হে য়ীতা মুংচালপী থোয়নৌ লেংমালনাপী নঙথোয়পু কংলৈ সুপতোংপালকি থোইয়ম লাইনিংথৌ পাখঙস্নোয়রেলপাকি মাপারি চীঙঙ্ করৌহলপা আসীপু থোইয়ম লাই পাখং মারকতাকি চেংলৌ থোইনা সককোয় হেনয়ে । ৫,৩০৯ । থোইয়ম লাইতীক চঙথোনয়ে । ৫,৩১০ । আঙাং মাতৌ নীঙথিপাপু য়েংনা থোইয়ম লাইমুরা কানাকুমপানা আপাম পুকনীঙ তাকঙম-

লাকাপানো ঙাকঙমলোইয়ে হাইনা পাওমেলনাখিয়ে । ৫,৩১১ ।

চীঙঙ্, নোংখো সান্নারেলকি মামোম লৈমা নোংতারেঙ নীঙ-থিপীস্নঙ খোইমোম লাইনুরা ১০০০ ( লীসীঙ আমা ) মাপু সীঙলেল লৈকি হুলাই তোংনা পাইখাৱকলাপাকা লাইচা য়ীপাল লাংনা য়াইথুংলারে । ৫,৩১২ । লৈমা সংকুরেঙ নীঙথিপীকি খোয়নৌ মাতা লেংমালনাপীস্নঙ ১০০০ ( লীসীঙ আমা)স্নুনা ফাওরাপাকা খোইমোম লাইনুরা ২০০০ ( লীসীঙ আনী ) মাতী নাইনু পালসীঙনানা লাইচা য়ীসিংকি কোংলোংপাপু বুলপী পুকনীঙ পীনা তোইতাও নাখিয়ে । ৫-৩১৩ ।

হে লুরাং লৈকোইপাও নঙপু খোইয়ম লাইনুরা নীঙথিপী-সিংকি মাতৌ সৈরোনপাপু বুলপী পুকনীঙ পীনা নাতাও ।৫,৩১৪। য়োয়পু লাইরেমমাসিংতী লাইচা য়ীসিংকি কোংলোংপাপু সালনা-পাতা নাইনু পলথোইনাতারাপাকি কনচাও মারাঙ হৌ, খোয়নৌ মাথিনাইনা লাইচাইথোইপাপু সামু মাইরোক পিলপেকনান। লৈখোম লৈকম পেকলাপাকা সামু হুকসাং তমনা হুলনারকলে । ৫,৩১৫ । থাপাক ঙালফম তম, মাইথোং চাইরুং য়েংনা হুলনারকলে । ৫,৩১৬ । লৈতাল লৈতুম তানা হুলনাখিয়ে । ৫,৩১৭ । সামু হাকথেং ফং সায়েঙ মাতালপোমপু থমপো লৈরাঞোনকুনপীসিংতী পালপোম তালয়েনারকলে। ৫,৩১৮ । থাপাক মাসেল লাইথেংনা, সন্নলাং মাসেল ফামচিংনা পাওসা আথীপাপু ফংনারকলাপাকি লাইচা য়ীরাং-খোলপু মালমেম লৈপু নীকলকলে । ৫,৩১৯। কোরৌ নোংপু ফংনা ঙঙখৎথিয়ে । ৫,৩২০ ।

য়ীসিং য়ীপ্লাংথোনপু নাতাপ্লাপাকি নাওপ্লা করোইহলপাতী মীৎয়েং সানখৈনীঙপাকি লাইচা পুখারী য়ীপাল তালনা চৎথোক-লকলে ।৫,৩২১। কুমৈ মাতৌ য়েংপাপু নুংঙাই মাখৈ লৈতে ।৫,৩২২। নোংলাইনিংথৌ মামোমলোন লৈমা সংকুরেঙ নীঙথিপীস্ঙ আবাং নোংনিংখৌকি মামোমলোন লৈমা নোংতারেঙ নীঙথিপী আনীমানা-চিংনা খোয়নৌ মাতা ২০০০(লীসীঙ আনী) মাস্তঙ সীনৌ লাসিং তীন-কুম নৌথোইপীসিংকি সামু মাহাকসাংতা লৈতাল লৈখোম তোৎপাপু লেমলৈ ঙারুৎতোংপা লৈরাং মাতম মালকুমলে । ৫,৩২৩ । চীঙঙু করোইহলপানা পুখারী চাংচৌ য়ীপালথকতা লেপনা মীৎয়েং সানখৈ-রুয়ে ।৫,৩২৪।

লাইচা য়ীরোলনুংকি নুংঙাই কুমৈ সালনাপ্রিপীসিংনা চেংলৌ মীৎথীৎলাপাকি মীৎয়েং তেলপাল থাতানা লাইচা পাসানাপা পুমনা থোকাংনারে ।৫,৩২৫। সামু হুকসাং সেংনা য়ীরু সানতেলাপাকা চোয়নৌ সানা ফীরোয় লমঙানপাসিংপু সেৎসিলনারে ।৫,৩২৬। লৈমা নোংতারেঙ নীগ্থিপীনা খোয়নৌ মাতা পালকনপীসিংতা নাপা চাক-থেমনানা বাহমখিয়ে ।৫,৩২৭। লৈরাই মুংপীথকতা নীঙথি নাখৈ লৈতানা লেপলাপা আসীপু খোইয়ম কানাকি মাপারিপুনারিকাপানো ।৫,৩২৮। হে খোযনৌ য়াতা নুংচালপী নোংলৈলৈমা আহেনপীঅো নঙপু লৈরাই মুংপীথকতা লেপলাপা আসীপু খোইয়ম কানা রোইরা-পানো ।৫,৩২৯। মাপল কানানা পোকপানো ।৫,৩৩০। কোনলোয় মামিংথোংস্তঙ কারি কৌপানো ।৫,৩৩১। খোয়নৌ য়ীতা কানাকি থংলেল মাপু আরোইপাপু রোইরিকাপানো ।৫,৩৩২। হাইনা আস্তম

পাঙহূংপাপু খমচীঙকোলকি মামোম লৈমা চাংনিংখোমপীনা পাঙ-তাকলকয়ে ।৫,৩৩৩। মাললেম লৈকোয়রেলকি তমপা য়াইনিংথৌ চীঙঙ্ পাখঙয়োয়রেলপাকি মাপা রিনে ৫,৩৩৪। কোনলোয় মামিং-থোংতী চীঙঙ্ করেহলপাঅো তৌনা কৌয়ে ।৫,৩৩৫। তানলোয় নাকতা থানা লুমলেল হলচাপীপু লৈতারিয়ে ।৫,৩৩৬। মুংঙাই কুমৈ য়েংকে হাইপাকি চীঙঙ্ লাংফমলেল খুতঙতা নাবা মানীঙতমনা আঙাং খুল পোইরকপানে হাইনা পাংতাকখিয়ে ।৫৩৩৭।

আরাং নোংনিংগৌকি মামোম লৈমা নোংতারেঙ নীঙথিপীতী মারৌ খোয়পুঙ লৌনাচাও তীঙঙিকুম লৌরোনকে নীঙলাপাকি খোয়নৌ মাতাসিংতা নাপা চীকথেমনানা রাহমখিয়ে । ৫.৩৩৮। নোংতোল লাইনুরা নীঙথিপী নঙখোয়পু লৌসিং কারমতৌনা পুচেম-ঙমসীপানো ।৫,৩৩৯। হে খোয়নৌ য়ৈতা লৌসং সালরোনহৈপী লৈরি লৈসংনু নাপীঙঙানা চেংলৌ সক রুহালবুনো ।৫.৩৪০। পুমুং লেপখঙহালতানা য়োয়পু অৈকি সীঙলেল ডুলাংবতা হাপলাপাকা য়ীপল আরাং লাইরৈপাকপু তালনা পুচেমসে ।৫ ৩৪১।

হাইনা রাতানাপাপু নোংলৈনিংগৌ মামোমলোন লৈমা সংকুরেঙ লৌসিংপীনা সালখঙলাপাকি নোংলৈ লাইনুরাসিংতা পাংমেলখিয়ে ।৫,৩৪২। আঙাং করৌহলপা আসীপু সলকম লৌনমপা লাইচা য়িরৈচলকুমপাপু গোবলারাঙিনে নতা অৈনা সালগঙলে ।৫,৩৪৩। নাবা নীঙথিপা আসীপু সামু খুংথুম চলখিকানে ।৫,৩৩৪। খোয়নৌ চালনাপী নঙখোয়পু পুকনীঙ লাইরেকফারোইয়ে । ৫,৩৪৫ । নোং-তোল লাইনুরাসিংকি সামু খুংথুম চলখিরাপাতী য়ীপলকি থাঙসং

মাখুৎমু য়াইরোইপাত্তা থুমনা মাঙহালম্ভেনে ।৫,৩৪৬। চেংলৌ মীংপু কুপকুনো ।৫,৩৪৭।

মুরা চৈরৈ মানমখাংপু নমথাং খাঙসেৎনারে ।৫,৩৪৮। চীঙজু করৌহলপাকি সামু নাকত্তা য়োমনা মাত্তোম মাত্তোম সেললারকলে ।৫,৩৪৯। লৈরিমু সালবোলহৈপীমু লৈসংমু য়াইহৈপীকা আনীমাত্তী খোইমম লাইমিং য়ুত্তানাপাপু সোলসিললাপাকা চেংলৌ সক য়ুহালত্তানা নাওরা করৌহলপাপু খুরাঙ পমসি কোলনা নোংত্তারেঙ নীঙথিপীকি লৈমা তুলাইথকত্তা হাপলাপাকা তুলাই ১০০০ ( লীসীঙ আমা ) মানা চাওকোয় মারোল ৫ ( মাঙা ) মুনা কোয়রাপাকা তুলাই সাথৌ খোইনা কোরৌ নোংত্তোলথকত্তা পাইখৎলকলাপাকি নোংলৈনিংথৌ মামোমলোন লৈমা সংকুরেঙ লৌসিংপীত্তী খোয়নৌ মাত্তা ১০০০ ( লীসীঙ আমা ) মাকা চেকলা সাফু কনপা পোলপী থারঙ হাইমুচেককি চেকলা মামুংমালকুমপাপু য়াইপী মান্নুংহৌ, লৈমা মাথীনাইনা পাইখৎখিরাপাকা তুলাই চাওকোই ৫ ( মাঙা ) মাপু লাননা পাইসিনখিরে ।৫ ৩৫০। খোয়নৌ মাত্তা ১০০০ ( লীসীঙ আমা ) মুঙ মাত্তোম-মাত্তোম চেনসিলনাখিরাপাকা সীঙলেল তুলাইথকত্তা লৈমা মারোন হাঙত্তানা তোংমানারুরে । ৫,৩৫১ ।

লৈমা সংকুরেঙ নীঙথিপীত্তী য়াইপী মান্নুংহৌ. তিললাং মাখোয় সাওনা নোংত্তারেঙ নীঙথিপীকি সমলাং ফামনা চিংনারু, নাহুম তমনা খুপাক তিললাই মেল, সমলাং ফামনা চিংনা লাকনাপাপু চৈরৎনাত্তারাপাকি আঙাং করৌহলপাত্তী লাইচা য়িরৈচলকুমনা য়ুলপী পুকনীঙ ঙকলে। ৫,৩৫২। লৈমা আনীমাকি খুৎচেং হংচি

লাকনা থোৌখামথিয়ে। ৫,৩৫৩। হে ভমপা নীঙথিপী নাপীঙঙাপু চেংলৌ মীৎকুপমারমতাআপু ঙাইথমথো হাইনা থোৌখামথিয়ে।৫,৩৫৪।

ভাঙচা সমচিংনাপাকি সামু খুৎথুম আনীমাস্নঙ লৌথোকপিরাপাকা চীনকোয় আমেঙপা, য়াথং আথুমপানা বাহমথিয়ে।৫,৩৫৫। হে ভমপা নীঙথিপী নাপীঙঙানা নোংভোল লালসোকনাপা আসীপু থোৌরম কারিকিনো অৈপু পাংভাকপিও। ৫,৩৫৬। লৌথুপ কোইথানারাকুনো। ৫,৩৫৭। লৈমা নীঙথিপী নাপীঙঙাকি আপাম লালসোকনাপাতা নাংবা অৈপু চৈরক নোংহাঙনারাকানে। ৫,৩৫৮।

হাইনা বাহমথোলকি লৈমা নীঙথিপী আনীমানা পাংথুমলকঅে। ৫,৩৫৯। থোইয়ম লাইনিংথৌকি মাপারি নঙপু য়োয়পু য়ীথোয়না য়াথং কারিকুমপাপু পাংথুমসীপানো। ৫,৩৬০। লৈমা থলপলথৌ পুকনীঙ আপামপাকি ললমুল লালসোকনাপাগু লেপনা থোকলারাপানে। ৫,৩৬১। আয়োন মাথৈলৈতাপাপু হে য়ীপুংঙ্ সামু নাথোঙথানা কারম ঙাকপিকাপানো। ৫,৩৬২। হাইনা পুনেমচারাপাকা চীঙঙ্ করোৌহলপানা বাহমলকঅে। ৫,৩৬৩। হে ভমপা লাইরেমমা নীঙথিপী পুকনীঙহুপী নাপীঙঙাকি লৈমা লালসোক মারকতা নাংবা অৈপুসুঙ য়ীকাই লালনংহাললে। ৫,৩৬৪। আঙাং পুকনীঙ থুংনাপাপু রাহমলককে। ৫,৩৬৫। নাংবা অৈকি পুকনীঙ মাতুং য়ীলপীরাঙৈনে। ৫,৩৬৬। হাইনা লৈমা সংকুরেঙ নীঙথিপীপু সামু রোয়রম থা, নোংতারেঙ আহেনপীপু সারেল য়েৎলম লাংনা চীঙঙ্ করোৌহলপাকি হুলাই মাথুনেৎতা তোংনা সেকপিল মাথোন ৯ (মাপল) সুপাকি থারাক লৈনা থাংপাপু বুরোক লৌসিংপানা

থাললে । ৫,৩৬৭ । মাকু পুলসীপানা ভুলাই সাথৌ থোই থীংলৌ নীঙনাত্তেনা হুলরাইরকলে হাইতাপারা। ৫,৩৬৮ ।

খোইমোম লাইনুরা ২০০০ (লীসীঙ আনী) মাসুঙ মাতা লুচিং-পীপু সীঙলেল সেংনা ঙমতা, লৈরাং খাইনা ঙমতাপাকি সানা মামৈ রাইনা হৈনা মাতুং য়িললকলাপাকি ভুলাই মাসীঙ আয়ামপাপু কোরৌ নোংতোল থলনা ঙাইরোয়নারকয়ে । ৫,৩৬৯ । চীঙলেল পললাং লাননা কোলনুং চাংকোয়রেলপু রোইরিপাকি পললোল চঙলকলাপাকা মাপল সানা মাখোঙথাতা রাইথুংলারে হাইতাপারা । ৫,৩৭০ ।

মাপল পাখঙ য়োয়রেলপানা মাপারিপু ফৈরা তানতা থোং সমলাং তোলকা নালনা য়োয়চালঙাময়ে । ৫,৩৭১ । পললেম মামা রাইথুতোলনা মাহুইরোন তমপা নীঙসিপী আনীমাপু সমলাং তোলকা নালনা য়োয়চালপীঙাময়ে হাইতাপারা । ৫ ৩৭২ ।

থোই হুঙক চক কে চাহৈ কুমসিঙ লাখা ১৭ কা লীসীঙ ৭ চা ৭ ( লাখ আমা লাসীঙ হুমফুতারাতরেং কা চাতারেং ) হৌখিরাপা-কি মাপল পাখঙ য়োয়রেলপাতা কোরৌ নোংকাথৌপু থৌরাংলকলে । ৫,৩৭৩ । চীঙঙ্ পুরৈহলপানা চিংনা থংচীঙ লাইমারুসুঙ চীঙঙ্ নোংথৌ সাৱারেল, মানলং নোংসাং নিংথৌসুঙ নোংপোক মানলং হুমরোইপা, লৈনুং খোঙারেল, রাঙপারেল থানা চাওপা, সলথোঙ য়োয়রেলপাসুঙ নোংলৈ নিংথৌ আহেনপাকা খোইয়ম পুমনামাপু রাইথুংলারে । ৫,৩৭৪ । চাঁঙঙ্ মাপারে করোহলপাতা চোয়নৌ সানা কমপাললাংপু সামু থুংসিলনারাপাকা খোইয়ম পুমনামাতা রাহম-

থিরে । ৫,৩৭৫ । চীঙঙ্ লাইমাক্র আয়ামপা নঙখোয়না পারি করৌহলপাপু লোকলৌ সানা কোলনা নাংয়োকপিরেৌআে ।৫,৩৭৬। হাইনা পাংমেললাপাকা মাসানৌ য়াইখুতেৌল নীঙথিপীকা সীঙলেল লৈকি তুলাই সঙথোন ৯ (মাপল) স্নপাতা চীঙঙ্ মারাংকাইনা যমকমলাপাকা খোইয়ম করৌহলপানা চিংনা মাসানৌ সংকুরেঙ নীঙথিপী, নোংতারেঙ আহেনপীকা তনপা লাইমুরা ২০০০ (লৌসীঙ আনী) মাহুঙ মাললেম লৈতা পকনা পুনেমচারেৌয়ে । ৫,৩৭৭ । খোইয়ম মাসীঙ পাঙনতা তুলাই মাসীঙ লাকঙনতানা আবাং নোংলৈপাকপু য়েৌনা থিকলনলুরে হাইতাপারা ।৫,৩৭৮।

তায়ো হঙক চক য়াইমাপাতা চীঙঙ্ করৌহলপানা খোইয়ম লাইনিংথৌ বোইনা পাললনয়ে। ৫,৩৭৯। চীঙঙ্ মাহাককি বারেন লারম অয়ামপাপু লোমনা তেংথাঙনলারোইয়ে । ৫,৩৮০ । তাংচা মমপুম মারনতা লুবাং হোঙনেম লৈকোইপা নঙঙোনতা বাহনলককে । ৫,৩৮১ । পুকনী ঙ থাচাথোইনা নাতআে ।৫,৩৮২ । আসুন বাহনলপা মাঙাং কুরুন চপা মলেলকোইপা ক কোনলোয় মাপাংতাকপু লাংরেল মৈতেঙ, পানহৈপা চানকোয় মায়াথংক নাতাইরেম য়ীখোয় ৩ (আহুন) মানা মাললেন লৈসেনলোল সৈরোনপা আসাপু খিচাকতা তেথারককে। ৫,৩৮৩ । বুলপা পুকনীঙ তুননা বাতাপআে । ,৩৮৪ । হায় হায়া ই হে ॥ ৫,৩৮৫ ॥ ★ ॥

মাহেৎতাইপীরোক থামং য়ীমারুনা কোলম্নুং যৈতুপ সম, লংপা য়োয়কোলম্নুংকি কোলম্নুং য়াইতারাঙনা তুরেল তুবাঙথোং মাথেক আহুম বোইপাকি মাংথেক কৈপু লৈরোং সানা লাইচা তুতৌরময়ে। ৬,১০। লৈকোয় নারলথোংস্নুঙ তুরেল লাইচা য়ীরিললেলস্নুঙ কোঙকোই য়ীমারিলকা কাইপা আরাংথোংস্নুঙ থোপাল সেললোর য়ীকা, থুথা নোংলৈয়ীস্নুঙ তুরেল য়ীরম ৭ (তারেৎ) মা আসীপু তৌরমলাপাকা নোংলেম থানা পাংপারমকি তুরেল কাংতোইরী লাইচা য়ীরুমথোং থোংলেল তাংথুয়ীস্নুঙ লাইচম য়ীয়াথোং থুরোর য়ীরেলথোংকা তুরেল থোঙকাংয়ী লাইচা য়ীমুথোংনাচিংনা তুরেল লাইচা য়ীসিংথোং আচাপানা ১২ (তারানীথোই) সুয়ে। ৬,১১। লাইচা য়ীসিংথোং থোংসা আপিসাতী ২০০ (চানী), ৩ (আহুম) থোই সুনা লাইচা তুতৌরময়ে। ৬.১২।

লোংচুপ মাইকৈরংতা লাইচা বহায়ী য়ীনামুংকা সংথু য়ীরিল-থোংকা, য়িমু য়ীরেলথোং সলথোম লাইচা য়ীরেলথোংকা থোইবাং য়ীচেনথোং, কোমমারি লাইচা তুরেল নীঙথিপাস্নুঙ থুমহী থুরেল থোংনাচিংনা তুরেল লাইচা আচৌপাতী ১৩০ (চামাকুনথ্রা) সুনা তৌরময়ে। ৬,১৩। লাইচা থোংসা আপীসাতী ৩০০ (চাহুম) সুনা সালসেমলময়ে। ৬.১৪।

আরাং লাইনা পাংপারমতা পামমাসা তুরেল আচৌপা অং-পসী তুরেল নীঙথিপা পোইরৈয়া তুরেল নীঙথিপা লাইচা য়ীবাইথোং-স্নুঙ থোংলেল হেমতৌয়াই লাইচা সলথোমলেল, থোংলেল হীরাংথোং-স্নুঙ তুরেল আচৌপাতী ২৩০ (চানিকুনথ্রা) সুনা লাইচা তুরেল আপিসা ৩৬০ (চাহুমহমখু) সুনা তুরেল লাইচা য়ীরম লেমলে। ৬,১৫।

নোংপোক মাইকৈ পাংপারমতা লাইচা হুমলেলখোং কুমচা রাইথাখোং, সমপুরা তুংবল আচৌপা খাঙপা লৈহনখোং, চীঙখৈ লৈনাখোং, নোংপোক পোকলেলখোংকা লাইচা থুমলেলখোং, থুমলেল য়ীচাংখোং, কোকলেলসাংপা য়ীনংচিংনা তুরেল লাইচা আচৌপাতী ১৭ (তারাতারেৎ)মুয়ে ।৬,১৬। লাইচা য়িসিংখোং আপিসাতী ২৩৭ (চানী কুনথ্রা তারেৎ ) মুয়ে ।৬,১৭। তাইপঙ পুমনামাকি তুরেল লাইচা খোংলেল আচৌপা ৫০০ ( চা মাঙা ) মুনা তুরেল লাইচা তুতৌরমলে। ৬,১৮। লাইচা খোংলেল আপিসাতী খোংলেল ১০০০ ( লীসীঙ আমা ) মুনা তৌরমলে । ৬,১৯। মালমেম লৈখারোল মুথক লাখা ৮ কা ৪ ( লীসীঙ মারিফুকা মুপনা মারি ) কি খোংলেল মাসীঙ লোমনা তেংখা ঙমলাগোইয়ে । ৬,২০।

আসাইঙকি চীঙঙ্গ করৌহলপানা রাহমথিয়ে । ৬,২১ । হে য়ীপল তাংপীরোয়নাই সিতাপা নঙতী লাইচা তুঙ য়ীনিংখৌপু আইরুঅো । ৬,২২ । হাইথারাপাকা মাপল তাংপীরোয়নাই সিতাপাসুঙ তারঙ লাইচা য়ীরোলনুংকি মায়ায় লৈকোয়রেল কোয়রেল য়িরৈপোঙতা তেঙংল হংচৈ মুনা লাইচা কোকনীরোঙপা খোংপা হুমলেল লোঙপাপু সারেল য়েৎ-রোয় থুমনা লাইচা য়ীরেলপুঙ নোংলেম থানা পাংনা চিংথারীকি তেংথল হংচাও রৈয়ে । ৬,২৩। আবাং নোংলৈপাকপু ঙলনা পুথংয়ীসুঙ খোংলেল হংমীং লৈনা লাইচা তারঙ ঙমলেল আচৌপা আসীপু নোংলেম থানা পাংনা চলথারকলে । ৬,২৪ । কোরৌ নোংতেলথকতা। লাইচা পুথংখোংপু

মুংশিংগী, চেক্কুপ্ত শাক্লা সীরকপা, নোংম্নাই পুক্‌থোর লেপসিন্নবি মাণ্ডম বাগেল ৪ ( মারি ) মা আসীকি মাণ্ডম লাকলেন্দা সোরহান-তানা চোৎখৌ সানা মেললাংচালকি কংলা নোংলৈয়াঙপু কোরনা কুমৈ মুংঙাইপাপু কোয়ৌ নোংঙামক্তা মুমীং সীঙপুমমাপু সোরহান-তানা সালনারম্মে। ৬.২৯। সংলনা লমচং আচেংপাঙী কানা হাইঙমলাকাপানো, হাইঙমলোইয়ে। ৬,৩০।

চীঙদ্ কর্মৈহল্পাঙী সামু মাহাকসাং লাংচে মাকারকপাপু ২০০০ ( নীসীঙ আনী ) সুনা সানকোংলকলাপাকা ভমপা লাই-মুরা ২০০০ ( নীসীঙ আনী ) মাণ্ডা মুচা মারেন হাঙতানা হারাও তোরঙাংনৈয়ে ।৬,৩১ ।ভমপা সকমায়োনসিংকা মানলং মুংসিংথোঙ নাকোঙ থোঙচাংয়েলতা হায়ি মিংথৈয়েলপু সোলঅো ।৬.৩২। হৈরোম মিনামুংপু থাকুনো। ৬,৩৩। ক সানা মিংকেলচি ৩ ( আহুম ) মাপু কাংকুনো ।৬,৩৪। চোয়নৌ সামাচীঙকি চীঙলেল চীঙলাইপকতা থুমৌ তোংমা পাললিপা পুঙনে। ৬,৩৫ । মিংলেল ৩ ( আহুম ) মাপু হেলমা লৈতারাপানে ।৬,৩৬। মিংলেল ৩ ( আহুম ) মাপু নংঙানা থারাই লাননা হিপু থোইয়ম কানানা সালসেমঙমলাকাপানো ।৬,৩৭। থোইয়ম মাইকৈ ভাকপা পুমমামাঙী থারাই মাথোয়কি মামিরেলপু থাচাঙমতানা লৈরিপা মাসেলনে হাইনা বাঙমলাপাকা ভমপা ২০০০ ( নীসীঙ আনী ) মাকি থুংচেং হংসিয়াক থুংপী কারোঙ বাইনা বুকং ৮ ( নিপাল ) মাণ্ডা হারাও তোয়ঙাংনোপাঙী ভমপা লাইমুরা থারাই সকমায়োনসিংকি বুলপী পুকনীঙ থুংনাপমনে। ।৬,৩৮। পাওসা মাতোল লোমলাপাকা থোইলোম ২০০০ ( নীসীঙ

আনী ) মাস্তুঙ কমপী মাথোয়কি ব্ৰমংলেন ব্ৰমং ৮ ( নিপাল ) হুপাকি চোয়নৌ সানা সন্তাইনুংতো থীঙলৌ নীঙনাতেনা হুনল্লাই-বকলে ।৬.৩৯। চীঙঙ, করৌহলপাস্তুঙ মাসানৌ সংকুরেঙ লৌ সিংপীকা নোংভবেঙ নীঙ বিপীকা আনীমাপু ঙাইরোয়নানা কংলা নোংলৈরাঙপু ভালনা য়াচঙলকলে হাংতাপারা ।৬,৪০।

খোইয়ম করৌহলপাতী আঙাং মাহৌসাপু পুকনীঙ মানীঙ তনযে ।৬.৪১। খেনীঙ লনসংতোং, পানম হেকমাই কানা নাওবা তোইতাওনাপাপু মাতৌ সৈরোনয়ে ।৬ ৪২। খোইয়ম মাইকৈ ঙাকপা ৮ ( নিপাল ) মাকি কমপী য়াইকোলহুংতা চেংলৌ মীৎকুপ মারমতা-আপু কাওরুলাপাকা খোইয়ম মাথোয়কি চোয়নৌ সানা মেলপাংচালপু তোংনা সানারনয়ে ।৬ ৪৩। তমপা লাইহুরা সিংকি হারাও তোঙ্গ-তাওকমতাস্তুঙ চঙলুয়াপাকা তমপা সকমায়োন সিংকি খুৎচেং হংচি বাইনা চিংলমরে ।৬ ৪৪ ত ঙচা মসম লাকনা হাইরনয়ে ।৬.৪৫। লাইহুরা নীঙ শিপী সংনা খুৎফং চাংচৌ চেনবোল সিঙলেল লৈসী লৈে ানমানা পুরুমচাখিযে ।৬,৪৬ হে য়ীপুঙ খোংয়ম লাইয়িং-খৌঅো নঙপু নতাংরেন ঐথোয়না গৌরব কার য়োনলাপানো ।৬ ৪৭। লমচং কারল চল।াক তাঙচা সমচরাকনা হাইপাপু ললন.লে ৬ ৪৮। সামু খুংচে.ল কনা কা রিকি চলাপংনে। ।৬,৪৯। য়োয়পু য় থোয়কি চৈর ফমংরোনহুঙ খোংমা নারোলহুং ক.ত .তা লে.ংলমংনো পা ভাক পরমঅো। ৬,৫০। হাইনা বাহনথোল.ক চীঙঙ, করৌহলপানা পাংমেল হয়ে, হে খোইনোম লাইহুরা নাঙাপপী নঙথোয়কি চৈরৈ না কপু খোইমা নারোলহুং আসাতা লোংপমপানে

।৬,৫১। ভমপা সকমায়োন নঙখোয়তা খৌরম আয়োনপাকি থাবাই য়াইপীরেল সিতাপাপু ললসিংপীরমকে। ৬,৫২। বুলপী পুকনীঙ পীনা নাত্তাআঅো।৬,৫৩। ত'রঙ পললোল নাইতাপা আসীকি বাকয়ৈ হিপু বোইনা লাল'পি ঙমপা থাবাই ললমারুপু ললসিংলমকে ।৬,৫৪। হায়ি নিংখৈরেলপু সোলঅো ।৬,৫৫। হৈরোম মিংনামুংপু থাকুনো। ৬,৫৬। ক সানা মামিংলেলপু খৌকাওকুনো। ৬,৫৭। মিংলেল ও ( আহুম ) মাপু নংতানা খৌরম আমা তৈনা লৈতারা-পানে ।৬,৫৮। হাইনা পাংতাকপিরমলাপাকা কংলা লাইয়ীমলেলতা বাইথুংলুবে হাংতাপারা ।৬,৫৯।

ভমপা লৈমরেল সংবুরেঙ লৌসিংপীনা মাপারি আমাপু নাও-নৌরকলে ।৬,৬০। কোনলোয় মামচোংপু কৌপারেল আহলপাঅো ত্তৌনা কৌয়ে ।৬,৬১। চেংলৌ খোইনা সককোয় হেনয়ে ।৬,৬২। পাইমা লৌসিং চানো পালকন মাপা তাময়ে। ৬,৬৩। আঙাং পুকনীঙ চঙপাপু পুমনা লৈতে ।৬,৬৪। চঙঙ, কৌপারেল আহল-পাত্তী আঙাং লাংচেং মাকারক খোইমা থেল'চকুম মায়ীনলকলে ।৬,৬৫। লীম্ব থেলম্ব হৈপাপু মাতক পানভম লৈতে। ৬,৬৬। খৌসা চেপচোং ভমনা আঙাং মাখেরাংলকলে হাংতাপারা ।৬,৬৭।

চীঙখৈ য়াইফুনিংথৌকি মমোম কোরৌম্ব নীঙথপীপু চেংলৌ সককোয় হেনয়ে ।৬.৬৮। পুমুং লেপনা ঙালপাকি খোইয়ম লাই-পাখং পুমনামানা বুলপী পুকনীঙ হুনায়ে ।৬,৬৯। আপান পুকনীঙ ঙাকঙমতাপাকি চীঙখৈ য়াইফুনিংথৌকি কোলমুং মারালয়ায়পু

থোইয়ম লাইপাখংসিংনা কোলন্নুং মায়াইরেলসুঙ কোলন্নুং চাওকোয়রেলসুঙ সঙলেল লাললুপ কাকুম য়ীনসিলনারকলে হাইপাপু নাত্তারাপাকি চীঙঙু কোপারেল আহলপাস্নুঙ মাপল সামু মাখোঙখাত্তা খুৎফাং চেপনারোলনা পুনেমচাখিয়ে। ৬,৭০। হে য়ীপল য়ীপুংঙু তাআও।৬,৭১। তুলাই নাখুনেং আপাইপাস্নুঙ তাৱং থাংকোয়য়াংপাকা লীরুং তেলপী য়াইরোইপাস্নুঙ তেলপী মাসীঙস্নুনা ললকুপীঅো।৬,৭২। মিমাকু পুলসীপাকা ৱুরোক লৌসিংপা অনীমাস্নুঙ ঙাইরোয়নাখিকে হাইনা ৱাকৎলমলাপাকা তুলাই সাথৌথোইনা চীঙখৈ লৈমাপাকি কোলন্নুং মারালয়াইপু য়িলতাললকলে।৬,৭৩

মামাল চীঙখৈ য়াইফুনিংথৌনাস্নুঙ পললেম মামাকা আনীমানা চোইনৌ সানা ফালতেং থা, সমলাং তোলকা নালনা য়োয়চালঙামরে।৬,৭৪। হৈরাঙ আসং য়েং, তাওচীঙ আমুল খলনা তংহালললাপাকা ৱাহমখিয়ে। ৬,৭৫। চীঙঙু লাইনিংথৌকি মাপারি নঙপু নামাল অৈঙোনত্তা থোরম কারি লৈপাকি য়িলতাললকপানো।৬,৭৬। আস্নুম পাওহুংখোল্লকি চাঙঙু কোপারেল আহলপামা পাওখুমখিয়ে।৬,৭৭। থোরম কারিকুমপাপু লৈতে।৬,৭৮। থোইয়ম লাইপাখং, চীঙঙু লাইমুরা নীঙখিপীসিংপু কোরৌ নোংতামত্তা থাপী মাললেম নোংলেপত্তানা কুমৈ মুংঙাইপাপু সালনারিয়ে হাইপাপু নাত্তারে।৬,৭৯। থোরম আতুকি য়িমাল নারালয়াইপু য়িলতাললকপানে হাইনা পাংতেম লিঙৈত্তা থংচীঙ লাইমারুকি মাপারি খমচীঙকোলস্নুঙ নোংপোক মানলং ছমরোংপাকি মাপারি খাংস্নুনাহা তেসহৈপাস্নুঙ আসি খুরাইনিংথৌ মাপারি থোঙঙারেসলাকাপা, নোংলৈনিংথৌ

মাপারি চীঙখমকোল আহলপাকা মানলং মুংসীৎনিংথৌ মাপারি য়াইচীঙলেলকা মাখোয় আসী খৈপীকম্নুঙ চীঙখৈ কোলন্নুংলেলতা ঙমনা রাইথুংলারে ৬,৮০। চীঙঙ্ নোংথৌ সারারেলকি মাপারি খোরীকাপা আহলপাম্নঙ চীঙখৈ কোলন্নুংরেলতা রাইথুংলারে। ৬,৮১।

চীঙখৈ য়াইফুনিংথৌনা খোইয়ম আয়ামপাতা রাহমখিয়ে।৬,৮২। চীঙঙ্ লাইপাখং খোইয়ম পালকনপাসিংম্রো। ৬,৮৩। য়িমোম কোরৌন্নু আসীপু খোইয়ন কানা কানাকুমপাতা পঙনা কাঞ্চোনাফারোইযে। ৬,৮৪ থাচা মলহলনাফাতে, য়িমোমপু লাইনা ললকুগারোইযে ৬,৮৫। পললেম মামানা নাঞ্নৌঙৈকি যাথং রাসক চাওপা মাপু থমলিগীনে। ৬,৮৬ রাচুর লাহনীঙ কাইহালপীকুনে। ৬,৮৭। মাললেম লৈহৌ য়াহ. কোরৌ নোংহৌরী চীঙখৈ লৈন। হুলপা খুতীঙতা নোংখাই নোংতমনারিপা লীকলা য়ীহুলপুঙ পুঙলেল য়াইবোইনারিপা আতুপু পুঙচৈ চৈতোল পাইনা পুঙথৎ চৈগা খুতীঙতা য়িমোমকি কোনলোয় মানিং পলনা; তমপা কোরৌন্নুকি থংলেল রারাংচালপু ঐনে তাললোয় মৈকি তুন্নুংসিপু নারা কোরৌন্নু নাঙথিপীনে হাইনা যাইপুঙ পুঙলোল পোকহলঙমপাতা য়িমোমপু কাঞ্চোনাকে হাইনা নোংতমলিগীনে। ৬৮৮।

য়াথং রাসক সৌপু আম্নম সানথঙহললাপাতা চাঙঙ্ পালকন মাপাতমনা খোইয়ন মাথৌ হেনপা চেংলৌ মাখোয়কি সকপালথোংপু সকথোং মাঙাল নাইপাকি চ্যমতা নোংপাঙ কুপকুমপাসিংপু মাইকংলেংমাননাপাসিং পারেং ঙমগং কমলপাসিংনা, মাপাম য়িখৌরাংপাকি

থুলপী খোয়বাং হৌ..ষৈচৈ লৈরোলমুংতা কৈসোম তারৈ সেমনা সারেঙ মাতালপোমপু পালপোম সীংনা নালনা হৌথংলাপাকা হে য়িমালঅো য়াইপুঙ পুঙথমকমপু সঙলেল কাতাইতা থমলিপানো। ৬৮৯। পুঙলেল আতুকুমপাকি বাংলেল পুঙলোন খোকহালপাপু হাইতাপাসুঙ লৈরোন নোংলোল ৩ (আতম) মাপু খৌরোইতানা নীঙলিপা মাসেলনে হাইনা য়াইপুঙ পুঙথমকমপু তালনা চঙনাথিরে হাইতাপারা। ৬,৯০।

চীঙঙ লাইনিংথৌকি মাপারি কৌপারেল আহলপাতী চীনকোর পাওরল ঙমতা য়াথং পাংফারকতা য়াংরুতানা থামোই লাইনীঙ চেং. লাইনীঙ থুকম হোংতানা তাংচা মারু লুক, মালেম খোঙপী লৈথৈ য়েংনা মামালকি সামু মাঙতা কমনা নাওবা মাতোম লৈরোয়ে।৬,৯১।

নোংলৈনিংথৌ মাপারিনা হালনা নোংতম পুঙয়ৈ চৈপু লাকনা থাংখংলুয়ে। ৬ ৯২। পুঙলেল পুঙখংলুপাপু হাইতাপাসুঙ পুঙয়ৈচৈ থমকমপু লেঙলুঙমতে। ৬,৯৩। থংচীঙ লাইমারুকি মাপারি পমচীঙ-কোল আহলপানা পালকন আরাকতমনা থাংখংলুপাপু থুরাঙ থাঙচে য়ৌনা পুখংলময়ে। ৬,৯৪। সামু লেংতোল তালনা থাংখংঙমতারা-পাকি মালেম লেতা তমনা থাতারমলে। ৬,৯৫। পোঙচারেললা কাপানা খোইয়ম কনচাও হৌনা থাংখংলুপাপু থুকলু তালচীন য়ৌনা থাংখংলাপাকা মালেম লৈতা হুনথারমলে। ৬ ৯৬। চীঙঙ খোরী-কাপানা পালকন মারাং হৌ, সামু খোঙপু দীননা থাংখংলুপাপু সামু লেংতোল য়েনা থাংখংলাপাকা পুঙলেল পুঙমাই তমনা পুঙয়ৈ

চৈথাখিপাপু পুঙচৈ পাংমা হাইপাকি য়াইপুঙ পুঙলোন খোকপিঙে। ৬.৯৭। তমপা লৈনীঙসিংনা নোংতম পুঙয়ৈচৈ মাপু সামু মাখুৎ য়েংলম রোয়রম লাকনা থাংখৎলাপাকা পুঙলেল পুঙখৎলমপাপু ঙমতারাপাকি তিললাং হাইসীৎনানা মাললেম লৈমাইথকতা হুলথারমলে হাইতাপারা। ৬,৯৮।

খোইয়ম লাইপাখং পুমনামাতী তমপা মাকন হো, য়ারেন খোংখৈ চীকনা থাংখৎনারুয়ে। ৬,৯৯। খোইয়ম কানানা থুকলু তানচীন য়ৌনা থাংখৎলময়ে। ৬,১০০। চীঙঙ, কানানা খুরাঙ খাঙচেং য়ৌনা থাংখৎলমপাস্থঙ য়াওয়ে। ৬.১০১। খোইয়ম কানা আমানা সামু লেংতোলথকতাকি মাললেম লৈতা থাথারময়ে। ৬.১০২। চীঙঙ, লাইপাখং পুমনামাতী য়ীকাই লালনংলা, হুইয়াই সেনখোযরাপাকি তাঙচা মারুলুকনা ফমফমলারে হাইতাপারা। ৬,১০৩।

হে লুরাং সললাইহলপাঅো যাইপুঙ পুঙগৎ ঙমগাপু হাইতাপাস্থঙ পুঙয়ৈচ চেতোপ থাংখৎপাতাআপু নাঙাইয়ে। ৬.১০৪। চীঙঙ, কানাকুমপানা য়ৈঙমনাতারে হাইতাপারা। ৬ ১০৫।

চীঙঙ, নোংখৌ সাবারেলকা থংচীঙ লাইমারস্থঙ নোংপোক আরিপা খোইয়ম আহুমমানা থাহমখিয়ে। ৬ ১০৬। চীঙঙ, লাইনিংথৌকি মাপারি কৌপারেল আহলপা নঙপু খোইমা তেলাচৈকুমনা হুললকপাকি পালকন মাপা তমলকলে। ৬,১০৭। লাহলনোং নামু খোইয়ম লাইয়িংগৌকি য়াইপুঙ মাখুৎপানে। ৬ ১০৮। কুকম সিতাপাকি মানোংয়াঙ চীঙঙ, কৌপারেল আহলপা নঙপু নৎতানা খোইয়ম কানাকুমপানা য়ৈঙমলাকাপানে, পুমনা তৌঙমলারোইয়ে

। ৬,১০৯। নাওবা নঙপু থানলাকুনো। ৬,১১০। য়াইপুঙ পুঙলোল খোক্লা য়ৈরমম্লাপাকা নাসানৌ কোবৌম্ন নীঙথিপীপু সাম্ বোয়রম থালারো হাইনা রাহমখোল কি চীঙঙ্ কৌপারেল আহালপানা পাঙ খুমাখয়ে। ৬,১১১। হে য়ীয়্ লাইমারু পোহকোয়পাসংঅো অৈপু পালকন য়ীতীক কারি লৈপাকি তৌঙমকাপানো। ৬,১১২। আসাই-ঙৈতা লাইপাখং য়িমালনাপাসিংনা য়াইপুঙ সঙলেলয়ায়পু তালনা চঙনা খপাতা নানোংয়াই অৈপু য়াওতাপানে ৬,১১৩। হাইনা পাওখুমলাপাকি কোবৌম্ন নীঙথিপীতি পাইমা রুলকোয়ন্নুং আথুপ-পাতা হায়ি লাইমারুপ্ পুনেমচাখিয়ে। ৬,১১৪ নাতাইরেম অৈপু থংলেল নাকতা পাওঅো তমপীরাপাতী চীঙঙ্ কৌপারেল আহল-পাকি সাম্ বোযবম পাপাপ্ য়োনতানা ললকুপীঅো। ৬,১১৫।

হাইনা মাপলকি মাইকি নোংপোক পাংপারমতা লাইচা যীয়োক-কোম সেংখোইপা আমাপু লৈয়ে। ৬ ১১৬। য়ীসিং সেংগোইপা আতুতা খোয়নৌ মাতা ৫০০ (চা মাঙা) মাকা য়ীকসানতেং মানাখিয়ে। ৬,১১৭। সীঙলেল চুনানা লৈরাং নীঙথিপাপু হেকনা হায় লাই-মারুপু পুনেমচাখিয়ে ৬,১১৮।

মামাল লৈমা রলকা চঙইখ য়াংফু নিংখোকা আনীমানা কৌপারেল আহলপাকি সাম্ নাকতা চঙলকলাপাকা সমলাং তোলকা নালনা রাহমখয়ে। ৬,১১৯ খোইয়ম লাহানংগৌ পুননামাকি লীকলাং পোয়মাককুমপা চীঙঙ্ লাংনিংখোক মাপারি নঙপু পাখং লাংচে নাকারকপা, খোইমা তেলচৈকুমনা য়ীনলকপা নঙপু পালকন কারি রাৎপাক খোহয়ম লাংপাখং কানাকি পালকন মাখা থাকা-

পানো থাকায়োইয়ে। ৬,১২০ । নাংবো থুনা হৌখংলো। ৬,১২১ ।
নোংতম সঙলেল মুংতা চঙলায়ো। ৬,১২২ । পুঙচৈ কৈনা হাইনা
য়াইপুঙ পুঙলোন থোকহাললায়ো ৬,১২৩।

হাইনা মামাল চীঙথৈ য়াইকুনিংথৌনা খুবাঙ পমসি কোল
সায়েঙ পালপু হৌখংলাপাকা, চীঙঙু কৌপায়েল আহলপাম্নঙ
কৈসোম তায়ৈ সেমলাপাকা সায়েঙ মাতালপোম আনীমাপু সীংনা
নালনা নোংতম সঙলেলয়াইতা চঙলকলাপাকা পুঙলেল য়াইয়োইপাপু
পুনেমখিয়ে। ৬,১২৪ । হে থীয়ু কুরুম 'সতাপা য়ীপ্পুঙু তাআঅো
। ৬,১২৫ । চীঙঙু নঙকি য়াইপুঙ নাখুংথা আয়েপপাপু অোইবাপাতী
বানোংয়াই অৈনা পুঙচৈ কৈনা হাংপাতা য়াংপুঙ পুঙলোন থোকপাপু
য়োনতানা ললকুপীঅো। ৬ ১২৬ । হাইনা পুঙচৈ চৈতোল আনী-
মাপু সামু খুংনী চঙনা পুঙচৈ চৈতোল লাকনা থাংখংলাপাকা পুঙচৈ
কৈনা হাইনা বাংলেল পুঙখং তৈপাপু য়াইপুঙ পুঙলোন থোক-
লকলে । ৬,১২৭ কোয়ৌমু নীঙখিপীক থালেল বায়াংচালপু
কৌপায়েল আহলপানে। ৬.১২৮ । চীঙঙু কৌপায়েলকি তানলোয়
ভুমুংসিপু কোয়ৌমু নীঙখিপীনে । ৬,১২৯ । পাপোং চাংমিমাপু
সোয়নাতে। ৬,১৩০ । খোয়চেং পাংসোয় নাইনাতে হাইনা পুঙলেল
পুঙলোন থোকলকলাপাতা কোয়ৌ নোংপু লাও, মাললেম লৈপু
নিলনা ঙঙলকলে হাইতাপায়া। ৬,১৩১ ।

চীঙথৈ য়াইকুনিংথৌনা মামোন কোয়ৌমুকি কোনলোয় মাখিং-
থানা পাংকৌরকলে ।৬,১৩২। হে কোয়ৌমু নীঙখিপী নঙপু
লাওঅো। ৬,১৩৩। চীঙঙু কৌপায়েলকি সামু মাথোঙথাতা কাংপী

চীকা লুকনা পুনেমলারো । ৬.১৩৪ । হাইনা পাংকৌথোকলাপাকা সীঙলেল লৈমুংসি লৈবাং য়োইনমপাকি সীঙলেল গুঙকোই সেমপাপু নমসা মানম মুংসিপাকা য়াওনা পুসিলুলকলাপাকা কৌপারেল আহুলপাকি সামু মাখোঙখাতা মামোমপু কাংচা ললকুচারে হাই-তাপারা । ৬,১৩৫ ।

খোইয়ম লাইপাখং আয়ামপান্নুঙ চীঙঙু মাপুরেলকি মাপা-রিপু রোইরিপানীকিনা খোইয়ম কানাকুমপানা পালকন কাতৌঙম-তারে । ৬,১৩৬। পাইমা মাখোয়কি বুলকোয়নুংপু সামু খুংনা নমনা মাতোম-মাতোম হুলসিলনারে হাইতাপারা । ৬,১৩৭ ।

মামাল চীঙৈখ য়াইফুনিংথৌনা মামোম খোয়নৌ মাতা ৬০০ (চা তারুক ) মাসুঙ আনৌপা ললকুপীহৌরে। ৬,১৩৮ । য়িমোমাক হৈনা মাতুং য়িলখিরো । ৬.১৩৯ । মুচা কানা লৌকনকারোইয়ে হাইনা মাহমথিয়ে। ৬,১৪০ । তুলাই লেংতম ৬০ (হুমকু) সুনা মামোম কোরৌনুপু য়োমলাপাকা বুরোক লৌসিংপানা সেকপিল লৈনা খালয়ে ।৬,১৪১ । মাকু পুলসীপানা তুলাই সাথৌ থোইনা পোইরৈ মৈতৈ লৈপাকাক সানা পুঙমায়োলপু য়িলতাললকলে । ৬,১৪২ ।

চীঙঙু লাইনিংথৌ পুমনামানাচিংনা খোইয়ম লাইপাখং অয়াম-পান্নুঙ লীকলাং খোয়মারুকি মাপারি কৌপারেল আহুলপাকি হৈনা মাতুং য়িলনা কুমৈ মুংতাইপাপু হারাও পাংতোয়নারকয়ে । ৬,১৪৩। তমপা লাইমুরাসিংনাসুঙ আসৈ তেরাল সকলকয়ে । ৬,১৪৪ । আসৈ মখোয়না তেরাল াসকলকপাতী :—

খোয়নৌ য়ীতা মুংচালপী মঙখোয়পু মায়াই থোইমারুকি চীঙঙু

ম্লাইকোলম্লুংপু য়ো সললক ল ।৬ ১৭৫। র্মং থোইনা ম্লুংঙাইপা র্লনী পুৎনীঙ কপাপু মীংযেং সানখলাঙৈনে। ৬ ১৪৬। র্মং কোনলোয় মাম্লিংপোংতী ঙীমরি র্মং নীঙপিপা, যাইমারি র্মং পুকহুপা, পামারি র্মং চীকথোইপা, মিমারি র্মং ম্লুংঙাইপা, সিমারি র্মং নীঙথিপা, লিমারি র্মং পুকহুপা, অমমার র্মং তনৌপা মিনাথেন র্মং মকতানা ৮ (নিপাল) মাক থারাই লনশাকোল থোইয়ন লাগনীঙকমতা থোযনৌ য়ীগোযকি কমনী য়ীমহোইনারিঙৈনে। ৬ ১৪৭। চীঙঙ্ লাইপক কাপাকি কাসা কাংপুনারাবে ।৬ ১৪৮। ম্লাইকা মাগোইতোংপাকি থারাই লননা তিপু তানক চারাঙৈনে। ৬ ১৪৯। কুরুন সিতাপাক কমনী মংঙতাপা থুকম মকতাপাস্তঙ কংল যাইকোলম্লুং আসীকা কায়া লাপনা থাইনা ঙনলাকাপানৌ ।৬ ১৫০। লপনা লৈঙামনাবোংয়ে ।৬ ১৫১। চোয়নৌ সনাচীঙ্ক কোকলেন লুংহালনকতা পারালশীচাক ানবো সিতাপানা সেকপন লৈনা য়োইনা থাল লপাতা সম্ম মাহাকসাং অকোংপানে। ৬ ১৫২। তাইপঙ পুমনামানা নীংখেং সানথৈনারিয়ে ।৬ ১৫৩। থারালশীচাক নিযৌ সিতাপা আনাপু সালয়োনলাপাকা তাইপঙ পুমনামাপু সানফোংহালতানা সেকপল নংোন ৯ (মাপল) স্নপা থারক লৈনা থাংপাপু য়োইনা কলা নাংলয়াঙকি সহলেন সঙংযান ৎবতা থালনা লৈ রিয়ে হাইপাপু চ ঙঙ্ পুংরহলপা চীনকোয় ৪ (না র) পালশাকি কোনলোয় মাপা তাকনে ৬ ১৫৪। হে থোয়নৌ য়ীতা ম্লুংচালশী নঙথোয়পু পুকনীঙ কার মীঙদিপাবো ।৬,১৫৫। হায়াও পুকনীঙ থুংনা র্লশী মায়োন চোংতা-

রিপাবা. । ৬.১৫৬ । পলথৈ পললেন খাইনারকপাকি পুকনীঙ হুংসি চঙপাপু সাম নমতা হুলনা থোকাওরমগো হাইনা আসৈ ভেয়ালনা-রকমে । ৬.১৫৭ ।

চৈঙপু তংপুরোয় অরাংপাসিংপু কালনা তোং. য়ীরোক লাইচর লান. চৈঙলেল পালকোইনুংপু যৌসিললকলাপাতা সানা য়াইগোল-মুংতা রাইথুংলাপাকা মাপল কগৈহলপা পললেন মামা সংথুরেঙ নীঙথিপীকা, নোংতারেঙ আহেনপী মাথোয় ৩ (আহুম) য়ানা থীকলেল মাইথোকনানা য়োয়চালঙাময়ে হাইতাপারা। ৬.১৫৮ ।

ভংয়ো হঙক চক য়াইমাপাপু চাহৈ কুনসীঙ লাখা ১৬, লীসীঙ ৬, চা ৬ (লাখ আমা, লীসীঙ হুমকুতারুককা চা ভারুক) য়ুনা থৌখিরাপাকি ভায়ো হঙক চক মাতোল, লোমসিললকলাপাকি চীঙঙ কগৌহলপাতো আরাং কোগৌ নোংকাথৌপু থৌরাঙলকলে । ৬.১৫৯ । থংচীঙ লাইমারকা চীঙঙ নোংথো সারারেঙসুঙ নোংপোক মাহলং হুনয়োইপাকা হুংসীং নিংথো আকনপা, নোংলৈনিংয়ো, আহেনপা, চীঙথৈ নিংথো লৌসিংপাসুঙ থোইয়ম মাইকৈ ঙাকপা, পুমনানাসুঙ কংলা নোংলৈয়াঙকি সুমাই হুংসীংসঙ নোংলুম পাক-লোয় থরাপাকি ফীসঙ চামিথাতা রাইথুংলারে হাইতাপারা । ৬.১৬০।

হুমপা লাইরেমমা ২০০০ (লাসীঙ আনী) মাসুঙ সীঙমোল লৈকি হুয়াই মীঙথিপা ২০০০ (লীসীঙ আনী) য়ুনা সংলকোরে । ৬.১৬১ । মাপান লাইনিংথৌনা মাপারি কৌপারেন আহলপায়ম, তোয়েনৌ সানা কমপালনাংপু সামু থুংসিলনারমলাপাকা, থোইরম পুমনামসু রাহমথিরে । ৬.১৬২ । মীপারি কৌপারেন, আহলপা,

আসীপু লোক্লেৎসানা কোলনা নাপ্য়োকপীরেৎঅো। ৬,১৬৩। হাইনা মাহমলমলাপাকা খোইযম কব্রীংলপাত্তী সাখৌ মাত্তে মা-৭৩ (মাইল) মাপু তনপা য়াইরলগাল ক তুলাই সভাখান ৯ (শাপলা সুপাতা চাঙত্ মারাংকাইনা তোংখৎলাপাকা. চীঙত্ নোংগৌ সারা-রেসনা সেকপিল লৈনা থালয়ে। ৬,১৬৪ পূরৈহলপা চীনকোয় ৪ (মাখি) পালপানা তুলাই সাথৌ যোই, তনপা লাইরুরা ২০০০ (লীসীঙ আনী) মাসুঙ লৈরাং নীঙথিপাকি সীঙলেল তুলাই তোংনা মাইকৈ পুমনা ঙালনা কোরৌ নো তোল হলয়ে। ৬,১৬৫। খোইয়ম লাইনিংথৌ লীকলাং আখোইপাত্তী অরাং কেখৌ নো কাখিয়ে। ৬,১৬৬। চীঙত্ পলতল থোইনা মায়ু কুকম সিত্তাপাকি সানা মাখোঙথাপু য়িলতংলখিয়ে হাইত্তাপারা। ৬,১০৭।

হে লুরাং হোঙনেম লৈকোয়পাঅো মালেম লৈসেম্লল সৈরোনপা আসীপু আপাম পুকনীঙ চঙ, রূলপী পুকনীঙ তুমনা নাত চারাপাত্তী পুলশী চারী কুই নাংতা খোঙতেল সাংপাপু তলং-ফচাগাপাকা থাগাই মাশিরেলসুঙ আগাং কেংগৌ নোংকাপাপু লপনা তালকংচাগাইঙনে। ৬,১৬৮। হাইনা মাঙাং কুকম চিপা মলেল-কোইপাকি কোনলোয় মপাংতাক আসীপু কুকম মাথংসীননা পাংত্তাকলকপা মাকুমপালকি থাপা লৈকলেং খুনকুম বাসী সুংসিল-নানা রুরোক মাচেঙপাচা মাকি তাপুংপা, লৌরেমপা খোংনাং থাপা নোংপাল কপী লৌসিংপাকা নাত্তাংরেম য়ীখোয় আহুনশানা লাই-রেল রৈতেংও যোংনাং মায়াংঙনপা সানা নাখোঙকি ঙা লৌ থমপাল মালপা আনীমাত্তা রারি খিচীকত্তাআপু পাংত্তম তেংথাচারককে

। ৬.১ ৯ । হোরী পাংসোই নীকংশকি লঙচা মখৈ কৈন্তাপাপু
লাইবেল মৈতেংঙু পামহংপা নঙনা ভাকপিঙমঙনে হাইপাকি
নাতাইবেম য়াখোয় আহুমনাতী মালেম লৈবাই তুনা পুনেক
লংয়ে । ৬,১৭০ । হে য়ীপুঙু তংআখো । ৬,১৭১ । নিংখৌ
পুকনীঙ থাচাবোইনা নাতাপিঙামখো । ৬,১৭২ । হায়ি হায়াই হে
॥ ৬,১৭৩ ॥ ★ ॥,

# ৭ সুবা পনখৈ

চক হৌখিপা ৩ (আহুম) মাকি হাকথক আসীতাতী মাকু পুলসীপা, ব্রোক লৌসিংপা, কপী লৈংনসা ৩ (আহুম) মাপু হেলনা থাবাই কানাকুমপাপু লৈতা'রয়ে। ৭,১। চঁঙঙ্ লাইমাক মাসেলপু বলপী পুকয়োন চাং, ষুংঙাই মারাংকাইনা পাললগয়ে। ৭,২। য়েকনা পান্নাই চলপা ক'লেলচেল তিংখং পালপাপু পুননা লৈতা রয়ে। ৭ ৩। চীঙঙ্ কৌপারেল আহলপানা পোই হঙক চক আকোলপাতা খোইয়ন লাইনিংথৌপু রোংনা লেপললপাকি খোই- য়ন মাগাকথকতা থাবাই অয়ামপাপু লিখৎপা হোরকলে হাই- তাপারা। ৭,৪।

হে ককস্থনামুংপা নংতী লেনৈল ঙা মায়োনপু সালসেমলুমো। ৭৫। লৈপুঙ হাইচেলপা নঙতা সারেল সা মায়োনপু সালসেমলমমো, তীনপী শুনাইতাপাকি তীনল মাসক তমলমমো। ৭,৬। লৈথুন য়াইকাপপা নঙতী আনা লাইথুং ১০৮ (চামা'নপাল) মাকি লাইথুং মাসক সেমল-লাপাকা হীতাক য়াইরংচালহুঙ লাইথুং মভৌক মাতম য়েংনা নোংতমপীরমমো। ৭,৭। ককস্থনামুংপা, লৈপুঙহাই-

চেলপা, লৈখনয়াইকাপপা খোইয়ন নঙখোয় ৩ (আহুম) মাতী থৌরম
মাতোল লোমলাপাকা তাইপঙ আরোৎপাপু সালসেমল্লমজো। ৭,৮।
হাইরাপাকা লেনলৈ ঙা মায়োনমুঙ পামেল ঙায়ান রুতা পাল-
হালক্লে। ৭,৯। তনলা রূপান থল, পামেল রূসারোয়, মাইহৈমারোং
নাইনা পাললকল্লে। ৭,১০। ঙারোং হালখা পাললকপাতী ঙাসেন
সমসাংপীচানে হাইপাকি ঙাসেনজো তৌনা কৌয়ে। ৭,১১। পোই-
রৈতা ফাখিপানা ঙাসেপজো তৌনা কৌ-রায়ে। ৭,১২। ঙাসেপ
সমসাংপীচাকি মাথংতা পাললকপাতী ঙাহৈ, ঙা'সং আনীমানে
। ৭,১৩। ঙাহৈ, ঙাসিং আনীমাতাকি ঙারম সাথৈ আয়ানপাপু
চাংথোকনারগম্মে হাইপাকি ঙাসিং ঙাহৈজো তৌনা কৌয়ে। ৭,১৪।
ঙাথীমুকলাংকা ঙানোয়, পেঙপামুঙ ঙামু, ঙাকারা য়াংনা পাল-
লকল্লে। ৭,১৫। ঙাতোন কোকচাংপীচা, ঙাখাই চেপচংয়াঙ, ঙাখা
লোয়ামপীচা, ঙারোয়, ঙাসাংকা ঙাক্কিচারোঙ্মুঙ ঙায়াম আপিচৌকনা
মারকঙাকি ঙাচিং চিংমৈরাংনা হাংসী ঙমগাচিংনা পামেল রূসা থলনা
পাললকল্লে ৭,১৬। সারেং ঙারেলসিংকা, লেনলৈ সারেঙখোইপী,
ঙাসেনসাসিংগুঙ, ঙাতল, ঙারা, ঙাপ্রুম, ঙারিল, ঙাপুংথারাংকো,
ঙাচৌ, ঙাসমচেং ঙারম আসী থৈংপীরতী তনলা রূপান নাইপা পামেল
রূসা লোয়না পালতারিয়ে। ৭,১৭। তাংচৌঙ হৈ কি মাতমকুম আসং
আনৌপা ঙাচাও মাসীঙ ফাপাকি মারোং আমুলপাপু য়েংনা হেকনাল্লে
। ৭.১৮। থামপী নৈরিংতারিপাকি মৈরি তানগোং লৌনা চানাতা-
ল্লিয়ে। ৭,১৯। লেনলৈ ঙা নিংসাপু হোলতারিয়ে। ৭,২০। ঙারোং
মাসীঙ ফারাপা লেমলৈ মুঙয়াংতারিপা তী হাংনা নাপুঙ পৈনা

য়োমলাপাকা লেমলৈ ঙারোং আমুলপাপু আসং আমুল থমনরা খোইয়ম লাইমাক পুন্নামানা লেমৈল ঙাক্ংনারময়ে । ৭,২১ । নামু পোত্তপু লিংতাৱিয়ে হাইতাপারা । ৭,২২ ।

মারেল সমমায়োনত্তও পামেল সায়ান রূপান লিংনা সারেল সাপালললকমে ।৭,২৩। হৌভোঙ থরালপাস্তুঙ হালনা হৌরকয়ে আত্তু নোংকিপু হৌতেঙঅো তৌনা কৌয়ে । ৭,২৪ ।। ম্নংস্নাপি সাপিঃ য়ানন্না তোমপা থূলপী য়াঙলিসানা পললেন পীরোইনা পাললকমে । ৭,২৫ । তোকপা লৌইপাতী পামেলা রূকৈ তোংমা পাললকমে হাইপাকি তনলা রূকৈক্তোংমো নিংকৌনারমমে । ৭,২৬ । তোকপাঅো তৌনা কৌনারকলে । ৭,২৭ । কৈরেল রূমপীসা আরৌপাস্তুঙ চৌঙ য়াইথু য়োংনাও সাথীপাস্তুঙ সাঙাইকোই মাথুং তোমপোকপা সারোম সনলাপীচাস্তুঙ সাচল সাচি আয়ানপাস্তুঙ সাঙাই থারিসাকা সারু লৈরাংস্তুঙ সাফু লাংই থূপিং থপাইনা চিংনা কাংতারক কাঙং নৌতেলস্তুঙ থেপা সালরোনহৈপাকা থারোই তিংপীসাস্তুঙ রূচিলাই সোমচাকা সারেল সারম আসী খৈপীকপু তনলা রূকৈ থলপা পারেল রূসা লোয়না সারেল সাপাললকলে । ৭,২৮ । সারোং সাসীঙ কা-পাকি সারেল সামুললকপাপু য়েংনা তঙচৌঙ হৈহেকজমকুম সংরেল সাহেকলাপাকা মাললেন লৈহৌরকহৈতো ঙাইরোয়নারকয়ে হাই-পাকি কোনলোয় মাসিংথোংপু লৈহৌথাঙপারাঅো তৌনা কৌরে । ৭,২৯ । লৈহৌথাঙপারা আতুপু চামলৌ লাপু রোইনা লাক-রাপাকা সারেল সামাচয়াপু আসং আমুকওয়োং, মমল মাথেল

থৈনা সালসেমলাপাকা চীঙঙ্, কৌপারেলনাচিংনা সারেল সাতংনারময়ে। ৭,৩০।

পাইনা নিংসা হোৎনা সারেল খোঙপালনমতে। ৭,৩১। নোংসা সানিংশৌনাচিংনা সামু কোলতানিংশৌকা থিংকু লাইয়িপীচাস্ঙ তনলা বুনাইতে। ৭,৩২। কাংরেল সলশৌযাঙস্ঙ মালপী সল লৈনা খোংশৌ শীস্ঙ গাঙৌস্ট কুমতম সাকা পামেল বুপান থানা য়োয়রোই-তাপানে। ৭,৩৩। খোইমোম লাইখেমমা তমপা পালশোইপীনা পোবলকপা মাসেলনে। ৭,৩৪। পোলপী সা পালপা চেকলা পুমনামাতী খোইপী খোইরেলনাচিংনা তমপা নোংশাঙলৈমা নোংলৈ-খোমপীনা সাংলকপা মাসেলনে। ৭,৩৫। চেকলা হালনা নাংনৌরক-পাতী পোই হঙক চক আকোলপাতা চেকলা হালনা ফাংরকলে হাইপাকি তুরোনশোকআো তৌনা কৈয়ে। ৭,৩৬। চেকনিংখৌতী তুংরোনখোক মাসানৈনে। ৭,৩৭। রোইমু থুলপিচাংকা বুফোঙসাং-মৈকা রাককেল চেকরোনশোকস্ঙ নোংয়িল চক নামুকা চুতাস্ং কুরেঙ তেনেনাহ চানকোনপীস্ঙ আরাই সাঙকু চেকরোনখোক পোলপী কোয়চায়েকতৈপা রাহোং তুরোয় তাকুপপাস্ঙ চোঙঙা পাংরোনহৈপীকা তামনা হুইতারোইপীস্ঙ থীককারি মিকৌপাকা, বুলুক লাংখোঙচেক, বুরীৎ লৌয়ামপীচাস্ঙ পোলপী নোইনিং-খোইকা বুথুম চেকরোনখোকস্ঙ চেকলা বুচিখেমপীকা পোলপী চীঙ চারোয় আমুপীকা চেকলা আসী থৈপীকপু সানফোংলকলে হাইতাপারা। ৭,৩৮।

মাকু সাথৈ পুমনামাতী মিমাকু পুলসীপানা পোকলকপা

মাসেলনে ।৭,৩৯। পোলপী য়ুম্লোক আয়ামপাস্লুঙ য়ুম্লোক লৌসিংপানা নাংনৌরকপা মাসেলনে ।৭,৪০ । কপী য়ুনমুপী আয়ামপাস্লুঙ কপী লৈহননিংথৌনা পোকলকপা মাসেলনে ।৭,৪১। কপী লৈচেঙস্লু আপিসাস্লুঙ বাইহী, মুম্লু, ককচেং, খোইয়া, তীনখোং লাইসারা লাংমুম্লুপী আসী খৈপীকনাচিংনা কপী লৈংনিংথৌনা পোকলকপা মাসেলনে ।৭,৪২। লিললা হু পুপাসিংতী খোইমোম লিললৈমানা পোকলকপা মাসেলনে ।৭,৪৩। হংকোকনা বুরুম যোইয়ে ।৭,৪৪। তুপী লাইরেলকা মৈপী সাঙাইফলস্লুঙ লিলতু চারাংঙা থাংম্লৌ পুঙকোয়পা, তাংলৈ হুথৌপাস্লুঙ লিলথাক তাংনাইপা, তুংপুলনাংপুল মৈরোমপাস্লুঙ লিললুপোক তোনচমপাকা লিলহা আতোলপা, লিললা কৈনাপাস্লুঙ, লিললা তাংথুপা নিংথৌনাচিংনা ফাংরকলাপাকি থাইয়ম মারুপ আয়ামপাতী পুকনীঙ সোংকি চঙনারকলে ।৭, ৪৫।

লাংকোই সামু লুবাংপাস্লুঙ তমপা লৈমারেলনা নাংনৌরকলে ।৭,৪৬' সাকোন মানলিথাক আপাইপা পোলপী সাঙাইরাপাস্লুঙ তমপা নোংথাং লৈমানা কোলনা নাংনৌরকপানে।৭,৪৭। তীনপী লুনাইতাপাসিংস্লুঙ খোইয়ম লাইথুল য়াইকাপপানা তীনপী তীনপা আনীমাপু হালনা সেমলকলে।৭,৪৮ । তীনহন নোংচেলপাস্লুঙ, তীনখোক তীনম্লুংপঙ আনীমাস্লুঙ তীনমু য়াইচেলপাকা, তীনথাক তীনলাইখোমপীস্লুঙ য়ুরুক নাকল আনীমাস্লুঙ কাকৈ হাইচেলপা, য়েরীক নাকুপপা হুইরি য়াচোংতালপাকা হলনাও আতোলপা, কুমচেঙকোককাই থারাইকোকপীনাচিংনা সালসেমলকলে ।৭,৪৯। মিরেল খোঙসাংপী নাচল খোঙয়ামপীকা নাকোঙপা হুথৌরাংকা

কোলনা সাংলকপা হুঙভোইসোঙয়া থৌয়াঙপাসুঙ, চুমপা মৈসাংপা, থামুসংপুমস্লঙ ৱৃতীন মুনমপা, নাপ্তসেক লাংয়ালপাকা আসী থৈপীকতী পামেল ৱৃভোলবক আৱাংপাতা কোলনা পাললকপানে । ৭,৫০ । চক মাতম ৱাংলিপাকি থাবাই মাচেং নাইনা থাকলমলিপানে । ৭,৫১ ।

মাললেম লৈখোয়রেলকি খোইপী খোইরেল আয়ামপাপু মাল-লেম লৈখোয়মুংকি ৱৃং খোনসেল চৈরোইনানা পাইথোকলকন্তে আতুনোংকিপু খোইরাপাঅো ভৌনা কৌয়ে । ৭,৫২ । খোইপী হালনা সানকোংলকপাতী খোইপুনমপৌনা লুচিংলকন্তে । ৭,৫৩ । খোই-রেলনে আসিখোইতী ভনসি তুঙালপা আমাপু লৌরুরাপাকা থাবাই ছিংনাখোন খোনসেল য়াইপীরেলপু ঙংলাপাকা থাবাই মিরেল হাপনা মাপারি মুংচালপা মামোম মুংবোনপীপু ৱোইমুনো নোংভমলমন্তে । ৭,৫৪ । আসি কৌপা মিংলেল সিতাপাপু প্নরিঅে হাইপাকি আসি-খোইঅো ভৌনা কৌয়ে । ৭,৫৫ । চেকলা আসিখোইকি মাতীক-মাথৈ লোমনা হাইঙমলারোইয়ে । ৭,৫৬ । আসীসুঙ মাভোমভে । ৭,৫৭ ।

ঙানলেল আকনপা, খোইঙৌ আয়াঙপা, খোইভাঙচেং আচৌপা খোইমু ৱৃলপী পুকনীঙ লেপপা, হায়িংখোই নামিপা, খোইভাল আকনপা, খোইরক আপিসাস্লঙ হারি কুমচেক নিংনাংকুম কুমহৌবা-ৱকা চেকলা খোইনীঙস্লঙ সেনতাং চাঙলোয় চংপা আসী থৈপীকপু মাললেম লৈখোইমুংকি সেললোয় নাকতা ভাংনা কোলনা থোকমাজনা-ৱকয়ে হাইপাকি কোনলোয় মান্নিংথোংপু সেনতাংঅো ভৌনা কৌয়ে । ৭,৫৮ ।

আসী থৈপীককি মাতুংতা হায়েঙ চীনয়াওপা, ম্যাও তুরৈ ইমকংপা, সলতং লাইয়োংপাসুঙ পাললকলে। ৭,৭৯ । পায়েল থুমনমপীতা লোইন্নু থুমচা মাইতৌপীসুঙ তনদা ব,খৈথকতা পায়েল ব,সা,লোয়, থুমখোই থুমপাল সৌনা'পায়েল ব,তোলথকতা পাললকপাপু খোইয়ম পুমনামানা তারা মাচীনচাকপু য়োইনায়কলে ।৭,৬০ ।

থৌরম আসী মাতুংতা পোই হঙক চক অকোলপাপু লাখা ১ লীসীঙ ৭;(লীসীঙ তরা তারেৎ) হৌখিরাপাতা ককসুনামুংপা, লৈপুঙ হাইচেলপা, লাইখুল য়াইকাপপা খোইয়ম অ'হুমমানা মীনম সারি নীঙপা, চীনথী থুরাল হৈপা,য়েকনা পাংনাই চেলপা, ব,লপী পুকনীঙ আমকপা আহুমমাকি খোইয়ম লাইহিংচাপী আহুমতংপু চোংপোক লকলাপাকা লাইহিংচা ফংতাপা, লাই'হুংচা অ'পৌপা, লাই'হুংচা আকনপা, তিংকম আয়াঙপা, লাইকম আসাংপা মারিমাপু পোকলক লাপাকি সারি লাইহিংচাপাপু মাসীঙ থীঙমত'না য়ানাসিললকলে । ৭,৬১ ।মাইকৈ মাপোঙ হাঙজানা চীঙপুরোয় তনপু কোলনা [illegible] হিংচাপাপু থলসিললকলে । ৭,৬২ ।

হে লুরাং তোঙনেম লৈকোইপাঅো চীঙঙ, লাইমারুসিংকা সারি লাইহিংচা পুননানাকা আনীমাতী লালসোক মাখে লেতাপাপু কাইহৈনায়কলে । ৭,৬৩ । সারি লাইহিংচাসিংকি তারা মাচীনচাকতী হাঙৈতে আয়াকপা, লৈয় তাংনৈপা, থারী য়ুথংকা লাইচা য়ীসিংখোংপু য়োইনা চেলময়ে । ৭,৬৪ লাইচা আয়াকপা আতুপু খোইয়ম

লাইহিংচা পুমনামাকি তারা মাচীনচাকপু রোইরময়ে। ৭,৬৫। হাণ্ডৈ আয়াকপা মাতু থকনিললাপাকা চেংলৌ মানীং ফিংনা ঙাওনৈরকলাপাকা তাংচীঙ থৈকি থৈকোললেলনে, কানা’ক লেমলৈ ঙাকোললেলনে, খোইদম কানাকি সারেল শাকোললেলনে, লোইম্নু থুমচা পানপী কানানা থাচাপানো লমচং রাথি পুমনামা সাথৈ ঙাইরী ঙাকপাপু হনয়োং লুভানা সারেল সানায়োনকি পামেল পানপী ফুক, লেমলৈ ঙাপান য়ুসা থেবনা হুননারকলে। ৭,৬৫। আসীঙ্গু মাতোমতে। ৭,৬৭।

মীনম থুরালপা চীনথী রাহৈ চেলপাপু য়ামনা তৌসিললকলে ।৭,৬৮।চীংঙু লাইয়ীন চঙনা খোইয়ম লাইফমলেলপু থুখাইরকলাপাকি ফমপী মাকাহফমপু ঙাকচা ঙনতারকলাপাকি, খোইয়ম পুমনামাতী ক লৈ পুঙমায়োনকি চীঙলেল পনকোয়মুংপু তালনা চেনসিললকলাপাকা চীংঙু কৌপারেল আহলপাতা থুংফাং চেপনারোলনা রাবংচারকয়ে। ৭,৬৯। হে য়ীপুংঙু খোইয়ম পুমনামাকি চীংঙু লাইনিংথৌ চীকলা কুমপা নঙপু শাতাইরেম য়ীখোয়কি ফমপী য়িকাইফমপু ঙাকচাঙনতারকলে। ৭,৭০। লাইহিংচা যংতাপা, লাইহিংচা আকনপা, তিংকম আশৌপা লাইকম সাথীপা মাঙিমানাচিংনা সারিহিংচাপা পুমনামাক নিংথৌরেলপু রোইতুনা নোংলেম থানা পাংপারমতা য়ামনা য়ীনাসিললকলাপাক হিংচাপা পুমনা থলাসললকলে চীংঙু নাখোচালনা কারম ঙাকপিকাপানো। ৭,৭১। হাইনা বাকংখোলাক খোইয়ম লাহাক নিংথৌ কৌপারেল আহলপানা মাকু পুলসীপাতা বাহমখিয়ে। ৭,৭২। হে য়ীমু মাকু পুলসীপাজো নঙপু থীনলাকুনো খোইয়ম মাইকৈ ঙাকপা পুমনামাপু পাংকোকজো

। ৭,৭৩। হাইথাবাপাকা মাকু পুনশীপানা চীঙত্তু লাইনিংথৌ পুম্‌নামাপু পাং কৌরুবে হাইভাপারা। ৭, ৪।

খোইয়ম পুরেহলপা চীনকোয় মারি পালপাস্তুঙ চেকলা কাংঙা খোঙবোইনানা খোইয়ম লাইফঙথৌ আয়ামপাপু ঙাইরেয়নানে লাকলে। ৭,৭৫। চীঙত্তু নোংথৌ সাবাবেলস্তুঙ লাংকোই সামু অংচৌপাপু তোংনা খোইয়ম লংলশী আয়ামপাস্তুঙ থাকপা মাতেলচাকা ঙাইরোয়নানা সানা লংপাচীঙক কোলম্নুং মুংঙাইপাপু তালনা য়ৌনথাবকলে। ৭,৭৬। নোংপোক মানলং হুমরোইপাস্তুঙ কাংবেল তলপা তোং তমেল হুমপাল লেংঙপাপু থুংম্নানা চেনসিললকলে। ৭,৭৭। তমপা লললৈমা পালথোইনস্তুঙ নোংসা সানিংথৌপু সামু খোঙবোইনানা থুংলাই মাঙলনাইনা পাইসিললকলে। ৭,৭৮। বাংপাবেল পালকনপাস্তুঙ য়াংকোই সাংকোন তুয়াঙ তোংনা খোইয়ম থানচাওপা মারালথোঙতা লাইহিংচাপাপু হেনল লালসোকনাবিয়ে। ৭,৭৯। সলথোঙ লাইচি লমত স্তুঙ থংচীঙ কোয়বেল নিংথৌনা চোয়নৌ সানা কোনচু মালশা লাংকাই মোইসায়াপু সামু খোঙবোইনানা লাইহিংচা আথৌপাপু খোয়মা মায়োক য়ানা হেনল লালসোকনাবিয়ে হাইভাপারা। ৭,৮০।

মানলং মুংসীংনিংথৌস্তুঙ চীঙ য়াইপ য়োংনাও, য়োংনাও সাথীপাপু তোংনা খোইয়ম লাংশী আয়ামপাপু ঙাইরোয়নানা খোইয়ম কৌপাবেল আহনপাপু য়াঙনা য়িংতাললবলে। ৭,৮১। নোংনিংথৌ আহেনপাস্তুঙ পোলশী সাঙাইবাপাপু সামু খোঙবোইনানা লীলং

য়াইবোইপা ভেলপী মাথৌ হেনপাকা খোইয়ম লাই পালকনপা। ১০০০ ( লীসীঙ অমা ) মাপু ঙাইবোয়নানা কংলা য়াইকোলনুংতা পাইসিললকলে। ৭.৮২। চীঙথৈ য়াইফুনিংখৌ লৌসিংপাসুঙ লাংকোই সামু কোলতা পালকনপাপু সামু খোঙবোইনাতুনা লীরুং য়াইবোইপা, ভেলপী আথৌপাসুঙ লালমী আথৌলিচা হেপপা ৩০০০ ( লীসীঙ আহুম ) মাপু ঙাইবোয়নানা, মায়ায় সুপতোংপালপু য়িলতাললকলে। ৭,৮৩। খোংঙাইপা বায়েলচুমপা আসি খুৱাইনিংথৌসুঙ কাওবেল চীরুকপী মালপী য়িরোই থারোপীপু তোংনা মাতম বারকচে চৈসু লৃতুমপা. সুঙসুক কি নাইপাসুঙ থৌরী কোঙকোই য়াইবোইপাকা খোইয়ম লালমী আথৌপা ১০০০ ( লীসীঙ আমা ) মাপু ঙাইবোয়নানা বাইথুংলারে হাইতাপারা। ৭,৮৪।

য়োয়মায়াই তাছেইবেং আহলপাসুঙ য়াংকোই সাকোন আঙৌপা মান'লখাক আপাইপাপু সামু খোঙবোইনানা বাইথুংলারে। ৭,৮৫। লোইতম পাচা পাথ'পাসুঙ পাগপা নোং'য়লচেকপু তোংনা সানা য়াইকোলনুংপু ভালনা পাইসিললকলে। ৭,৮৬। খমচীঙকোল আরিপাসুঙ চেকলা সাইসাকোন আঙাঙপাপু তোংনা বাইথুংলারে। ৭,৮৭ চীঙখমলেন আহলপাসু ঙংপোলপী বোইসু তোংনা কংলা য়াইকোলনুংতা বাইথুংলারে। ৭.৮৮। তারঙ লাইচা য়ীনিংথৌসুঙ সলত লাইবোংপাপু তোংনা কাপ্লারে। ৭.৮৯। কৌপা চীঙনিংথৌসুঙ তুপী সাঙাইসলপু সামু খোঙবোইনানা পাইসিললকলাপাকা, হে য়ীপুংঙ, চীঙঙ, মাপুরেলঅো নঙকি সামু নাহাকসাংপু হকসাং মায়েংতা, চাইরুং চারং কংনা হকসাং কুচু মোংঙামপা আসৌপু থৌরম কারি লৈপানো। ৭,৯০। য়ৈথাই

মায়াইহৌপা, তিংথং বাচীন চাঙ্কুমপাপু কানানো বৃৎফুল নোংদৈ য়োইনা মাঙহাললাকে। ৭.৯১। খোইয়ুম য়ীখোয় পুমনামাকি চীঙঙু লাইনীঙকমপু কানানা থুখাইরাকাপানো হাইনা বাকৎলাপাকা চীঙঙু কৌপারেল আহলপানা বাহমখিয়ে ৭,৯২। হে চীঙঙু, লাইমারু পালকন নাপাত্তমপাসিংঅো নঙখোয়পু সাৱি লাইহিংচা যৎতাপাসিংনা য়ামসিললকলাপাকি তাঙচীঙ হৈকোললেল চাংথোইপা, সারেল সামায়োনকি সারোং মাপান ফুক, লেমলৈ তামায়োনকি তারোং বুসা থেকনা চাইথাইরকলে। ৭,৯৩। চীঙঙু কমপীরেলাক খোইয়ুম লাইকোলঙ্গুংপু চঙনা মাপারি ঙুংচালপা,মামোম ঙুংরোনপীসিংপু মীনম সারি তমনা কখিরাপাকা নাইরা সানৈনা বাংলৈ য়ুনৈনানা মাতৌ সাথীপাপু য়ামসিললকলে হাইপাকি চীঙঙু নঙখোয়পু পাং কৌহালপানে।৭,৯৪।

হাইথাগাপাকা খোইয়ুম পুমনা মাত্তী থংচীঙ লাইমারকি চেনল লালথোঙ আচৌপারমত্তা চেনসিলনাখিরাপাকা লাইহিংচা পালকনপা, লাইমু তিংচাপা, সীরাংকং ফংতাপাসুঙ লাইহিংতোক আকনপা, লাইথমপোঙ হিংচাপা আসা থৈপীকনাচিংনা লাইহিংচা ফংতাপাসিংপু ১১০০০ ( লীসীঙ তারানীথাহি ) সুনা য়ীনসললকলে। ৭,৯৬। থংচীঙ লাইমারুসুঙ পানপা কৈচোং তমনা চোংসললকলাপাকা লাইহিংচাপাকি চুপা নাহুম তমনা চৈপীরমলাপাকা পামেল বুপান ফুকনা তনলা কৈনা হাইখিপাপু লাইহিংচা ১০ ( তারা ) তংকি তাঙলা লুৎেলতোলপু তাঙচীঙ মারোং তনকুম হাইথৎলমলে। ৭,৯৬। নোংপোক মানলং হুমরোইপাসুঙ নোংসা লাললাও তনকুম চোংসিললকলাপাকা লাইহিংচা ৫ ( মাঙা ) তংপু সামু থুতোল লাকনা থুখা

য়ীরোংখোংতা হাইহৌলকলে । ৭,৯৭।

লাইথীপোক্ত হিংচাপা, লাইকোকচা ওকংতাপা ২ (আনী) মানা চোংসিনলকলাপাকা খোইয়ম লাইপাখং আকনপাসিংপু থুংতুনা লাললোর পা, সনলাং তোনবা চিংনা চাউত্ত্ত লাংকি লালম ৮ (নিপাল) তংপু সংমু থুংতেল লাকনা খোতু মুক্তপাকথকতা হাইহৌনমলাপাকা মুংসীংনিংগী আকনপাপু তংলনা চোংসিনলকলে । ৭,৯৮। মুংসীংনিংগী আকনপা, নোংলাইনিংথৌ আথোপা আনীমাসুক্ত লৈরী থামোই তিং, তেলবা তেসমৈ চপনা কাপাসনখিরাপাকি হিংচাপা সামু মাহাকসাংতা তসপালম্ গাপতা তেলপাল আনাথালনা চেংলো মামীং কিং, কনগাও মৈরা খোকনা সামু হকথেং কংকে হাইনা তলসিনলকলাপাকা মুংসীংনিংগী পালকনপাকি সামু থুনেং রোইরিবা পোলদী সাক্তাইরাপাপু ওকলী লুসন লাকনা লৈখংলাপাকি মুংসীংনিংথৌ পালকনপাসুক্ত থাক্তলেল থুংতা সু, য়াংরা খোনসেল লাংনো চোংসিলখিরাপাকি সারি লাইথীপোক্ত হিংচাপাকি তাংচা মাসম লাকনা সামু থুংতা য়েং, থাক্তলেল মাথৌ হেনবান ওকলী লুসন তমন হাইসিনাখপাপু য়েনতেম থারাক লোইকুম লোইগোকলাপাকি য়িমুফিরাক সানা চেনথারকপাপু মাললেম লৈহৌরকতৈত ওাইরোয়নারকপা লৈহৌ থাক্তপারাপু চামলো লাপু রোইনা য়ুগা য়ুতোং সেমলাপাকা লাইচা যীয়েলনারে ৭,৯৯ খোইয়ম লাইপাংং আয়ামপাসিংনা লাইচা য়াথকনারে । ৭,১০০। য়িমু হালনা চেনথারকপা আতুনা রোকলেল চিরাইতাও লমরোক চীনতুমপাপু রোইনা চোংথোকলকলে । ৭,১০১। য়িমু হালনা চেনথারকপা অতুনা সালরোনলকয়ে হাইপাকি রোকলেন চীনতুমপাথো তৌনা কৌয়ে । ৭,১০২।

লাইচা য়ীয়েলনাপাতা য়েলপী মোমচেলপী য়েলপা তোকনাইপা আনী মাপু চোংথোকলকয়ে হাইপাকি কোনলোয় মামিংথোংপু য়েলঅো তৌনাকৌয়ে ।৭,১০৩। আবা হুইরাং সোনন। হেৎস লালসোকনারিঙৈতা য়াংলৈ তাওপা হুইথৌয়াঙনা হুরেল আমৌপাপু অ্মনা তাওপা হুইচেন থোকলকয়ে হাইপাকি য়াংলৈ তাওপা হুইথৌয়াঙঅো তৌনা কৌয়ে হাইতাপারা ।৭,১০৪ ।

মানলং নুংসীৎনিংথৌ পালকনপাস্থ নোংলাইনিংথৌ আহেনপাকা থংচীঙ লাইমারুস্থঙ সলথোঙ য়ুমোইনিংথৌকা মারিমানা নোংসা লাল-লাও খোলকুম য়ীনসিলখিরাপাকা দ্লাই মাথুনেৎপু কাওথেকলুরে ।৭,১০৫। লাংকোই লুরাংপাকি সামু য়াতোল লাকনা কোরৌ ঙমথং-নানা হুলথৎখিরে। ৭,১০৬। মাললেম লৈমাইথকতা তননা সুথেকলে ।৭,১০৭ সলথোঙ য়ুমোইনিংথৌনা য়াংকোই স'কোন খুতোল লাকনা কোরৌ আতি ঙাতা হুলথৎখিরাপাকা সামু খুংনা রোকনা থৌতু মুঙপাকথকতা হাইহুংলে ৭,১০৮।

নোংলৈনিংথৌ আহেনপাস্থঙ পালকন কারাম তমনা চোং'সিলখিরা-পাকা পামেল চাওথোইপাপু মাপান ফুকনা কাঙতেন কৈহাইতমকুম তালসিলখিরাপাকা সারি লাই হি'চাসিংপু ঙকলী লুসম থং, খুরাঙ থাঙচেং তেক, থাপাক ঙালকম কাই, থুকলু তালচীন তেকনা পাঙথং কাংচাইতমকুম থুখাইরাপাকা লাইহিংচাপা শানৌ মাচিমানাও আনীমা-স্থঙ পানপা কৈচোংতমকুম চোং'সিললকলে ।৭,১০৯। নোংলৈনিংথৌ আহেনপাপু লালসোক আরাক তমনা কাখিরাপাকা লাইহিংচা মানিং-থৌতা রাকৎখিয়ে ।৭,১১০। হে য়ীপুংঙ্ লাইহিংচা পুমনামাকি লীকলাং

খো তাথাখো। ৭,১১১। লালফম থাবোইতানা তেংকোল থ্‌খাই-রাপাপু ফারকলে হাইনা পাণ্ডমচারাপাতা লাইহিংচা মানিংথৌনা রাহমলকয়ে। ৭,১১২। থৌতু মুণ্ডপাকনা নলনা মুণ্ডনল বারকনাখো হাইরাপাকা থৌতু খাকা থা মুণ্ডলেল থকতা থোলনা মুণ্ডনল বারকনারে। ৭.১১৩।

মাণ্ডৌ আস্থম :তৌপাপু নাতারাপাকি নোংপোক মানলং হুমরোইপানাচিংনা থংচীণ্ড লাইমারুস্থণ্ড মানলং মুংসীৎ নিংথৌকা থোইয়ম আহুমমানা য়াইপী মানুংহৌনা চেনসিলখিরাপাকা লাইহিংচা ফংতাপাসিংকি সামু্ খুতোল লাকনা থৌতু মুণ্ডপাকথকতা হাইহুৎলাপাকা লালসোক চৈরৎতানা য়ীনসিলখিরাপাতা লাইহিংচা মানিংথৌ লাইহিংচা আকনপা, লাইহিংচা আথৌপাস্থণ্ড থৌতু মুণ্ডচাও হুল, পামেল ফৈনারংনা লালফম্‌ মাইরোক য়াণ্ডময়ে। ৭,১১৪। নোংপোক মানলং হুমরোইপানাচিংনা থংচীণ্ড লাইমারুস্থণ্ড মানলং মুংসীৎনিংথৌকা থোইয়ম আহুমানা য়াইপী মানুংহৌনা চেনসিল-খিরাপাকা লাইহিংচা ফংতাপাসিং সামু্ খুতোল লাকনা থৌতু মুণ্ড-পাকথকতা হাইহুৎলাপাকা লালসোক চৈরৎতানা য়ীনসিলখিরাপাতা লাইহিংচা মানিংথৌনা লাইহিংচা আকনপা লাইহিংচা আথৌপাস্থণ্ড থৌতু মুণ্ডচাও হুল, পামেল ফৈনারংনা লালফম মাইরোক য়াণ্ডময়ে। ৭.১১৫। নোংপোক মানলং হুমরোইপা, থংচীণ্ড লাইমারু আনীমানা খোনসেল নোংথাক খোলকুমনা রাহমলকয়ে। ৭,১১৬। হে লাইহিংচা ফংতাপা নণ্ডথোয়পু হৌচীক মাতম আসীতা খুৎফুল নোংলৈ রোইনা মাঙহাললাকে হাইনা খুংলাই হুমপাল লোণ্ডপাপু তাসোল তিললাই

মেল, থংচীঙ লাইমারুস্নুঙ তেলকা তেলমৈ চপ লীচিং নাকোঙ কং তেলথা চৈরংতানা কাপসিলখিরে হাইতাপারা । ৭,১১৭ ।

লাইহিংচা কংতাপাসিংতী মুঙলেল মুঙতুম হুল বুচাও কৈনারংনা হেৎল লালসোকনাপাপু লালসোক মাখৈ লৈতারে ৭,১১৮ । মাললেম লৈপাক নীকনা কোরৌ নোংপু লাওয়ে । ৭,১১৯ । থংচীঙ লাইমারুস্নুঙ লীরুং মাখুংস্নু তেলপী য়াইরোইপাপু মাললেম লৈমাইথকতা হুলথোকলমলাপাকা নাংসা সারাকতমনা চোংসিলখিরাপাতা লাইহিংচা আথৌপাপু খুতুম চৈথা কননা লুরাই কোয়রেলথকতা য়ৈথারাপাকা তাঙচা কোকম্নী কানা মাললেম লৈমাইথকতা তুনা বালথাখিরে হাইতাপারা । ৭,১২০ ।

থংচীঙ লাইমারুস্নুঙ লাইহিংচাপাপু হিংচা থারাই মাঙহাললাকে হাইপাকি সামু মাথোঙ আনীমাপু কোরৌ নাংতোল য়ুংনা থৌতু মুঙপাকথকতা সুথেকলাপাকি লাইহিংচাপাপু নোংমলহাললে ।৭,১২১। খোইয়ম মাখুংপাকতা লাইহিংচা আথৌপাপু নাংমললে হাইপাপু নাতাবাপাকি লাইহিংচা মানিংপৌনা'চংনা হেৎল লালথোঙ কাইনা চেননাখিরে। ৭ ১২২ । খোয়মা তুংয়িল তালন. মাঙপী পোঙসঙ য়ানপা, য়েনতেম থারাক সোইকুমনা লাইহিংচা নেৎচং য়ানলে । ৭,১২৩ । তাসোল নমথিলনানা য়িমু করাকসা য়ীঙাঙ লীথোঙ চেনকুমলে ৭,১২৪ । খোইয়ম লাইহিংচাপাপু লাথা ৯ ( লীসীঙ মারিকুতারা ) স্নুনা নোংমলহাললে হাংতাপারা । ৭,১২৫ ।

মানলং নোংপোক হুমরোইপা থংচীঙ লাইমারুস্নুঙ থীঙলৌ নীঙম্রাতেনা হলরাইরকমাপাকা নোংলৈনিংথৌ আহেনপাপু থৌতু

মুঙনা নলনা ৱারকনাঙামপাপু লৌথোকল্লাপাকা সলথোঙ য়ুমোই-
নিংথৌকি কোলমুং মায়ালয়াইতা ৱাইথুংমালনারে হাইতাপায়া
। ৭,১২৬।

স্লকুমু লমলৈখাকি থোঙচা ঙরেলতা চীঙঙ্ নোংথৌ সারায়েল-
নাচিংনা হেৎল লালথোঙ কাইরকল্লাপাকি লোকতাক ৱালপারেল
তাবমু য়ীথিংকোলপু থলনা হাসিললকলাপাতা সারি লাইহিংচা
লীসীঙ ১২ ( তারানীথোই ) স্থনা লেমলৈ য়ীকা ঙাকুম য়ীনসিল-
লকলাপাকি চীঙঙ্ লাইকি লালমী আয়ামপাস্তঙ মাসীঙ লাকঙমতানা
হেৎল লালসোকনাপাতী লালসোক মাতীক লোমনা কানা হাইঙমকা-
পানো হাইঙমলোইয়ে । ৭,১২৭ । চীঙঙ্ নোংথৌ সারায়েল্ পালকন
মাপা তমপাস্তঙ লৈমুং থোঙঙারেল আহলপাকা নোংপোক মানলং
ছুমরোইপা, থংচীঙ লাইমারুস্তঙ, লীচিং নাকোঙ ফংনা কাপসিলনা-
খিরে ।৭,১২৮। আরাং নোংনিংথৌস্তঙ খাকপা মাতেলচা কোয়ৌ নোং-
সীঙচঙপু মালমেম লৈপাক নীকনা হুলসিলখিরে ৭,১২৯ চীঙথৈ
য়াইফু নিংথৌস্তঙ পামেল চাঙথোইপাপু তনলা মাপান ফুকনা লংসি-
লখিয়ে ৭,১৩০। মুংসীৎনিংথৌ আকনপাস্তঙ, নোংলৈনিংথৌ আহেন-
পাকা মুঙলেল চাঙথোইপা থৌতু সাংথোইপাপু খননা হুলসিনখিয়ে
। ৭,১৩১ । লাইহিংচা মামিংথৌনাচিংনা লাইকম আথৌপা, তিংকম
আয়াঙপা, ককচা লুফাঙপা আনীমাস্তঙ লীচিং নাকোঙ ফং তেলথা
চৈয়ৎতানা তালসিললকলাপাকি চেংলৌ সকথঙনাতারে । ৭,১৩২ ।
লেমলৈ য়ীকা ঙাকুম তোৎনায়াপাকি চীঙঙ্ লাইকি মারুপস্তঙ, সারি
লাইহিংচাপাসিংস্তঙ পুমনা সালথঙনাতারে হাইতাপায়া । ৭,১৩৩ ।

য়োয়মায়াই লাইরেল তাঙতলপাকা লোইতাম থাচা পাখংপাকা আনীমাস্তুঙ য়াংকোই সাকোন আঙৌপাপু তোংনা তালসিলখিরা-পাকা সারি লাইহিংচাপাকি তাঙচা লুরেলতোলপু ঙকলী লুসম তুপ, খুবাঙ খাঙচেং ককনা মাওপী পোঙসঙ য়ানপা, য়েনতেম থারাক সোই-কুমপাপু সোইথোকলমলাপাকা চীঙঙু নোংথৌ সারারেলকি সামু মাঙতা থানা হেৰল লালপাও তমলারে। ৭,১৩৪। হে য়ীপুংঙু নোংথৌ সারারেলঅো নাতাইরেম য়ীপীঙতানা সারি লাইহিংচা ফংতাপাসিংকি লালমী ৯০০০ ( লীসীঙ মাপল) মনা মাওপী পোঙসঙ য়ান য়েনতেম থারাক সোইকুমপাপু হেৰল লালথোঙ মুংনা মাঙহালমমলে। ৭,১৩৫। হাইনা হেৰল লালপাও তমলাপাকা হৈরাঙ আসং য়েং তাঙচীঙ আমুল খননা খোইয়ম লাইচাক হাঙথোইপাপু তংহাললাপাকা পালকন মাতীক থাখংনানা য়োয়চালপীখিরে হাইতাপারা। ৭,১৩৬।

নোংলৈনিংথৌ আহেনপাপু থৌসীরাপাকা চীঙঙু কৌপারেল আহলপাতা হেৰল লালপাও তমহালখিয়ে। ৭,১৩৭। হে য়ীপুংঙু খোইয়ম মাপুরেল তাঅো। ৭,১৩৮। লাইহিংচাপা মানিংথৌ লাই-হিংচা ফংতাপা, তিংকম আকনপাস্তুঙ, লাইকম আথৌপাকা, ককচা লুচাওপা, ককলু লুফাঙপা তারুকমানাচিংনা লেমলৈ য়ীকা ঙাকুম য়ীন-সিললকপাপু তাকমু য়ীথিংকোলপু সমনা লোকতাক রালপারেলপু লাননা খোইয়ম লাইহিংচাপু মাসীঙ লাকঙমতা য়ীনসিললকলে।৭,১৩৯। চীঙঙু থায়াঙ নাথৌমলনা কারম ঙাকপিকাপানো। ৭'১৪০। হাইনা আমুম বাকংচারাপাতা চীঙঙু কৌপারেল আহলপাতী চৈরৈ মাসীঙ মু, লুহপ মাঙাল নাইনা তারং থাঙকোয়য়াঙপাপু সারেল য়েংতা

পাই, মাললেম লৈসেমথাঙ থাঙলেল য়াইবোইপাপু সামু বোয়রম পাই, লীরুং য়াইবোইপাকা ভেলপী মাসীঙস্রনা দল্লাই মাখুনেৎতা হাপলাপাকা মাকু পুলসীপানা সাথোরকয়ে। ৭,১৪১। ৱুরোক লৌ-সিংপানা সেকপিল লৈনা থালন। নোংনেম খানা পাংপারনতা হেৱল লালতারকলে হাইতাপারা। ৭,১৪২।

কোরৌ :নোংতোলথককি সীঙলেল লৈহী ৱোইনমপাস্তু খিকথা-ৱকয়ে ৭ ১৪৩। মাললেম লৈপাক লৈমানা য়াংতৌ পোকমারোয় খোয়নৌ লেংমালনাপী মাসেলপু য়াংলৌ লমথাঙমাতা য়াইফা মিংলেল সকঙামঃয়ে। ৭,১৪৪। আসৈ মাথোয়না তেৱালনাঙামপাতী;

য়াইফারেল য়াইফাপারকত্তাকি কোঙয়াঙ ৱাথক থোলকুমপা, য়াইফা স্নপনা থোইরিপা মাপুৱেল কুরুম সিত্তাপাকি মানোংয়াই নঙপু মাললেম লৈহৌপুঙ পুঙলেল য়াইফাপাপু পুঙচৈ ফৈন। হাইনা য়াইপুঙ পুঙখংঙমপাকি পালকন নাতীক আথোইপানা নাসানৌ কো-রৌগ্নপু সামু নাকতা থাপানে ।৭.১৪৫। য়াইপুঙ পুঙখং ঙমপাকি য়াই-ফা মিংলেল জৌনা হেৱল লালসোক খুনঙমলকঐা। ৭,১৪৬। লাই-হিংচা ফংত্তাপাসিংপু সামু খুংথুম চললাপাকা তারাল থাঙসেনথাককি হেৱল লাল চীংথারোপাসিংপু ভাৱঙ লাইচা য়ীৱাংমাতা তালথোক-পিৱমঐা। ৭,১৪৭।

হাইনা খুপাক তাপুং খু, চুকোই লেপলৌ সানা য়াইফা থোঙ-হৌসৈপু আসৈ তেৱাল সকঙাময়ে হাইতাপারা। ৭.১৪৮।

থোইয়ম কৌপারেল আহলপাস্তু কোরৌ নোংলোল পাইৱা হেৱল লালতারকপাপু লাইহিংচা ফংত্তাপাসিংমা চেংলৌ মীংথীংলা

পাকি আকি পুকনীঙ চঙ, থাবাইমিরেল পাই, সামু খুৎপু থিলনা পাওতাকনাখিয়ে। ৭,১৪৯। সেকপিল লৈনা খালনা কোরৌ নোং-তোলথকতা পাইরকপা আসীপু মীৎয়েং সানখৈঅো। ৭,১৫০। চীঙঙ্, মাঙাল চাওয়ে, খোইয়ম আকনপা কানাকুমপাপু রোইরাপানো। ৭,১৫১। পুকনীঙ নঙখোয়পু লাইরেকনাপাপু পুমনা লৈতে।৭,১৫২। হৌচীক মাতম আসীতা থাবাই য়ীখোয়কি য়ীমিরেলপু কারম ঙাক-চাসীপানো হাইনা সোলমোইনাখিয়ে হাইতাপারা। ৭,১৫৩।

খোইয়ম কৌপারেল আহলপাস্নঙ তেলপী য়াইরোইপাপু তেলকা তেলমৈ চপলে। ৭,১৫৪। লৌচিং নাকোঙ ফংনা বাইরা তেলকাপ-খিপাপু তেলপী মাসীঙ থীঙমতানা পাহথোকখিরাপাকা সারি লাই-হিংচাপাসিংকি হকসাং আথৌপাপু থিনা থিনা বাইরা তেলপাললারে। ৭,১৫৫। তেলথা আমারক নমকাপনানা বাইরা তেলবাইখিরাপাকা তেলপী আথৌপাতী হিংচাপা তাঙচা লুরেলতোলপু থননা থননা ককথোকলুরে। ৭,১৫৬। সারি লাইহিংচা পুমনামাক্তী আকি পুকনীঙ চঙনা বাহমনাখিয়ে। ৭,১৫৭। লাইহিংচা আথৌলিচা হেপপাসিংঅো হনতক হেৎল লালসোকনাপা আসীপু মাতৌ কারমপানো রোনথোক-য়ে। ৭,১৫৮। আসাইঙৈকি তেলথা আহালপাক্তী সামু য়ীখোয়কি হকসাং আথৌপাপু থিনা থিনা পাইসিললকয়ে। ৭,১৫৯। হৌচীক তেলথা আকোলপা আসীতাস্নঙ তাঙচা লুরেলতোলপু থননা-থননা সোইথোকখিরে। ৭,১৬০। তেলথা আসী মাতুংতা থৌরম কারমপাপু তৌরাকাপানো খংঙমলুতারে। ৭,১৬১। থাবাই য়ীখোয়কি য়ীমিরেল-পু হিংনাপা হেৎল লালচেনখিরাসে।৭,১৬২। হাইনা হিংচা পুমনামাক্তী

থাবাই মাখিয়েল পাইনা হেৎল লালচেননাখিরে হাইতাপারা। ৭,১৬৩।

লাইহিংচা আথৌপা ৩০০০০ ( লীসীঙ কুনথ্রা ) মায়মতাআপু নাঙাইরৌরে। ৭,১৬৪। লাইহিংচাপা মানিংথৌ, লাইহিংচা কৎতাপা, তিংকম আয়াঙপা, লাইকম আথৌপাস্নুঙ ককচা লুচাঙপা, ককলু লুফাঙপা তারুকমাস্নুঙ সামু হকথেং ফংকে হাইপাকি কৌপারেল আহলপাপু তমনা য়ীনসিলনারকলাপাতা বুরোক লৌসিংপানা বাছমর্লকয়ে। ৭,১৬৫। হে য়ীপুংঙু খোইয়ম লাইয়িংথৌঅো নঙপু নায়ু কুরুম সিতাপাকি সামু মাথুৎস্নু য়াইরোইপা তারং থাঙকোয়য়াঙপাপু সামু থুৎপাই চেৎনা ঙাইথমঅো। ৭,১৬৬। লালসোক থমথেংনাকে হাইপাকি আচেন থংলৈ য়াঙনা চেনসিলনারকলে। ৭,১৬৭। হাইনা আস্নুম রাহমলাপাতা চীঙঙু কৌপারেল আহলপাতী তারং থাঙকো-য়য়াঙপাপু সামু থুৎতা পাইরাপাকা লালফম থারোইতানা ঙাইথম-খিয়ে। ৭,১৬৮। থুৎস্নু মাতীক খঙতারিপাকি লালফম থারোইতানা চেনসিলনারকয়ে। ৭,১৬৯। খোইয়ম কৌপারেল আকনপাস্নুঙ দুলাই সাথৌ থোইনা খোয়মা মায়োকনারে। ৭,১৭০। থূৎস্নু মাঙাল আরা-পাপু য়েংনা লাইহিংচাপা মানিংথৌ আকনপা লাইহিংচা আথৌপা আনীমাতী নোংপোক মাইকৈরমকি চীঙখৈ য়াইফুনিংথৌপু হেৎল লালসোকনাখিয়ে হাইতাপারা। ৭,১৭১।

লাইকক আথৌপানা তেলথা কুঙনা কাপসিললকলাপাকি খোইয়ম কৌপারেল আহলপাতী তারং থাঙকোয়য়াঙপাপু ঙকলী লুসম তমনা ছাইসিল খিরাপাতা লাইহিংচা মারিমাকি তাঙচা লুরেলতোল মারিমাপু মাললেম লৈতা তানা সোইথারাপাকা, সামু মাখোঙ নিপালমাস্নুঙ

খুকল্লু তালচীন ককনা তুপথোকখিরাপাকা তনলা আঙনপা পামেল আরেমপাসিংনা মাললেম লৈমাইথকতা তুথাখিপা লৈরাং মাতম মালকুমপাপু তুথাখিরে হাইতাপারা॥ । ৭,১৭২ ।

লাইহিংচা ৪ ( মারি ) মানা নোংমলপাপু মীৎয়েং সানথৈরাপাকি লাইহিংচা মানিংথৌ আকনপা, লাইহিংচা আথৌপা আনীমানাচিংনা লাইহিংচা পালকন মাপাতমপা খৈপীকসুঙ থাবাই মিরেল পাইনা হেবল লালচেননাখিরে । ৭,১৭৩ । খোয়মা তুংয়িল তালনা, মাওপী পোঙসঙ য়ান, য়েনতেম থারাক সোইকুমনা সোইথোকলাপাকি তাকনা মাঙনা বালথা সিথানাখিরে হাইপাকিতামকপু লোকতাক বালপারেলঅো তৌনা কৌয়ে । ৭,১৭৪ । লাইহিংচা ১০০১৮ (লীসীঙ তারাগা স্থপনা তারানিপাল) স্থনা মুংনা লোকলৌরে হাইপাকি লোকতাক লালসিমুংঅো তৌনা থোললময়ে ।৭,১৭৫। খোইয়ম কৌপারেল সিতাপাতী চীঙঙু লাইমারু পালকন মাপাতমপাসিংসুঙ হেবল লালতাল চৈরংতানা চীঙলেল পলতোল বাংমা লাননা তারঙ য়ীপাল তালনা তকসিলখিরাপাকি সারি হিংচাপাসিংতী হেবল লালচেনকমপু লৈতারকলে ।৭,১৭৬। লাইচা য়িবৈ চলকুমনা বুলপী পুকনীঙ ঙকলাপাকি চীঙঙু কৌপারেল সিতাপাতা থুংফাং চেপনারোলনা পুনেমচাখিয়ে । ৭,১৭৭। হে য়ীপুংঙু খোইয়ম পুমনামাকি তমপা য়াইনিংথৌঅো নাতাইরেম য়ীখোয়পু নারক তুপাল সাকুম হেবল লালচেনচারাপানে। ৭,১৭৮ । চীঙঙু নাথৌচালনা নাতাইরেম য়ীথোয়কি থাবাই য়ীমিরেলপু ঙাকপিরো । ৭,১৭৯ । চীঙঙু নোংতম নাবায়েলপু হেল থোকলারোইয়ে। ৭,১৮০ । হাইনা পুনেমখোলকি থাবাই ঙাকপিহৈপা

মাপুরেলনা সারি লাইহিংচা ফংতাপাপু রোইরাপাস্তুও পাথুপ লৈনেম পকনা সাম্ন মাখোঙখাতা নোলচারাপাসিংপু মুংসি পুকনীঙ চঙপী-রাপাকি; হে লাইহিংচা ফংতাপা নঙখোয়পু তাইপঙ পুমনামা আসীতা লৈফারোইয়ে।৭,১৮১। তারঙ লাইচা য়ীবাংমাতা লাইহিংচা নঙখোয়-কি ফমপী য়ীমরোইনারুঅো হাইনা তারঙ য়ীবাংমাতা তালথোকলম-লে। ৭,১৮২ । চীঙঙ্ লাইনিংথৌনাচিংনা খোইয়ম পুমনামাস্তুঙ থীঙ-লৌ নীঙনাভেনা হুলবাইনারকলে । ৭,১৮৩।

লাইহিংচা মানিংথৌ আকনপা, লাইহিংচা আথৌপা আনীমাতী মারৌ থোয়পুঙ লৌনা চাংনা তীঙঙিকুম লৌরোনলাপাকি লিললা হুপুংপাপু রোইনা সালরোনলাপাকা মাললেম লৈখুনমুংতা লোংলৌ-রাপাকি খোইয়ম পুমনামান। লাই হিংচা মানিংথৌ লাইহিংচা আকনপা আনীমাপু থিংঙতানা মাললেম লৈখুলমুংতা লোংনা থাকলৌরে হাই-তাপারা । ৭,১৮৪ ।

খোইয়ম কৌপারেল আহুলপাস্তুঙ কোলমুং মারালয়াইকি কংলা নোংলৈয়াঙতা বাইথুংলারে হাইতাপারা ॥ ৭,১৮৫।

খোইমোম তমপা লাইরৈমা য়োয়পু পালথোইপীনা বাকংথিরে । ৭,১৮৬ । হে য়ীপুংঙু চীঙঙু য়োয়রেলপা নঙনা হেুল লালসেনথাক লাইহিংচা মানিংথৌ, লাইহিংচা আকনপা আনীমাপু থৌরম কারিকি থাকনা থমপিরমপানো । ৭,১৮৭ । চীঙঙু কোনলোয় নায়াথং রাথং রাইফাপাপু থাথোক পিঅো। ৭ ১৮৮ । লাইহিংচা আনীমাকি থরাই শাবিরেলপু লোমনা মাঙহানলুরাকে। ৭,১৮৯ । হাইনা বাকংথোলকি চীঙঙু কৌপারেল আহুলপানা রাহমলকঅে ।৭,১৯০। হে পললেম

তমপা লালনৈমাঅো লাইহিংচা আনীমাপু সামু থুংথুম চলনা মাঙ-হালদাপাকা য়িমু মাৱাঙহৌপাতী পললেম নাপুক থলনা থকলক-অো। ৭,১৯১ তাঙচা লুরেলতোল আনীমাতী পুরকঅো। ৭,১৯২। হে্‌বল লালুকোম কোমলেল মুঙকোইপীতা হুলধারাপাকা রাইরা সামি লাকনা হে্‌বল লালমি থিংনাসে হাইধারাপাকা থোইমোম লৈমারেল সিতাপীনা পাঞকৌথিয়ে। ৭,১৯৩। য়িমোম নঙপু লাঙ-অো। ৭ ১৯৪। পালকন নাথৌ হেননাপা পললেম নামা লৈকি থোমলাং আচাপপাপু য়িমোম নাপুক থলনা থকথিরো। ৭.১৯৫। য়িমোম নঙকি সামু থুংথুম চলনাপা নাপল লৈকি সামু থুংনিং-থৌ তোমপোকপাপু ৭ ( তারেং ) লক হুলনা চুপচাথিঅো ৭.১৯৬। হাইথারাপাকা তমপা পালুথোইপীতী পললেম মামা লৈমারেলকি থোমলাং আচালপাপু ৭ ( তা.রেং ) লক হুলনা য়ীপীথকলে।৭,১৯৭। মাপল সামু থুংনিংথৌ তোপোকপীপু ৭( তারেং ) লক হুলনা চুপচারাপাকা লালপোং মাঙালনাইনা সারেল নোংসানিংথৌপু সামু থোঙরোইনানা য়োয়পু সায়েঙ মাতালপোমমাতা থুংস্থমানা নীঙথি মাঙাল নাইরে। ৭,১৯৮। হে্‌বলমাকা লাললোয়নাথিপাতী তমপা ১০০০ ( লীসীঙ আমা ) মাপু ঙাইরোয়নানা লাইহিংচা মা'নংথৌ আকনপা, লাইহিংচা আথৌপা আনীমাকি মইকৈ লমতম য়েংনা হে্‌বল লালভারকলে হাইতাপারা। ৭,১৯৯।

আসাইঙৈকি মাললেম লৈথুলমুংতা চঙনা লোৎলৌপা লমতম মারমথৈপু য়ৌসিললকলাপাতা লাইহিংচা আনীমাতী পুকনীঙ মারাং-কাইনা পার্মেল ব্‌থোঙথাতা লমরোকনারুরে। ৭,২০০। লাইহিংচা

আনীমাস্থ আচেন খংলৈ য়াঙনা তালসিললকলে। ৭,২০১। তমপা লৈমায়েল পালথোইপীস্থও তাঙচা মায়েতোলনা মাললেম লৈমাই-থকতা ফকলোং য়ামফা য়োইনা থায়াপাকা তমপা মাপুক তপনা য়াহী পলে।৭.২০২। খাতাঙ মাখাকিনা মাললেম লৈপু খোল,চীনপান মাথক-কিনা কোয়ৌনোংপু ফংনা ঙাইখমখিয়ে।৭,২০৩। লাইহিংচা আকনপাস্থ লালফম থৌয়োইতানা চেনসিললকলাপাকা খাচাই চাইরুং তমনা খুংতুম চৈথা পীয়ায়াপাকি তমপা পালথোইপীস্থও সায়েঙ মাতালপোমমানা হিংচাপা মাসম লাকলে।৭,২০৪। তাঙচা লুয়েলতোলস্থও ককথংলাপাকি মাললেম লৈতা তুখাখিয়ে। ৭,২০৫। য়িমু ফিয়াকসানা হাথোকলক-পাপু খোইমোম লাইয়েমমাতী পাইমা পুকথলনা য়ীথকলে। ৭,২০৬। আতুনোংকিপু তমপা সামু মাহাকসাংপু হকসাং আনী থোকলৌয়ে। ৭,২০৭। খোইমোম মাহাকসাং আমানা খোইয়ম লীসীঙচাইপাপু সালয়োনখিয়ে। ৭,২০৮। হকসাং মাঙফাতাপাতী তমপা য়োনফু-য়ৈমা পালথোইপীআো কৌনা লৈয়ৌয়ে হাইতাপায়া। ৭,২০৯।

লাইহিংচা আথৌপাকি য়িমু মারাঙ হৌপাপু য়ীথকলাপাকি পালকন মাতীক আথোইপাপু চাঙথোকহৌয়ে হাইতাপায়া। ৭,২১০।

লাইহিংচা আকনপাতী মাসাপি লাইহিংচা আথৌপাপু খোং-ফেল মাইয়োক য়ানা হেব্রল লালতুয়াপাপু চেংলৌ মীংথীংলাপাকি পুকনীঙ আকি চঙ, মিপাই কোকয়ী কানা হেব্রল লালচেলখিয়াপাপু তমপা পালথোইপীনা নোংসা সায়াক তমকুম চোংসিলখিয়াপাকা চুপা নাহুম তম, খুংপাক চৈথা কলনা চৈপীয়ে। ৭,২১১। তাঙচা মাসম লাকনা চিংসিললুয়াপাকা তিল্লুলাং হাইসীংনানা য়াহমখিয়ে

। ৭,২১২। নারক তুপাল সাকুম য়াওরো সারিলচেল আতোলপা নঙপু তলপা নীপা রোইপাকি লালফম খুনঙমতারিঙৈ হেৱল লালচেনহৈতোপানে । ৭,১১৩। হে লাইহিংচা আপঙণা। নঙপু মাইকৈ কাতাইরম চেনখিকাপানো চেনখিফারাবোইয়ে।৭,২১৪। সানৌ নাচীনানাওকি থাৱাই নামিরেলপু খমন্নং মাশোঙচীনতা থাথোকলাপাকা তাঙচা লুরেলতোল আনীমাতী চীঙঙু লাইনিংথৌতা হেৱল লালপাও তমনাকে। ৭,২১৫। হাইনা থাঙলেল য়াইরোইপাপু থাঙলেল মাথুম হাংনা লাইহিংচা আকনপাকি তাঙচা লুরেলতোলপু ককথংলাপাকা লাইহিংচা আখৌপা, লাইহিংচা অকনপা, হিংচাপা আনীমাকি তাঙচা লুরেলতোলপু লালু পোলচেং হালনা লালফম মাইপাকলাপাকি থীঙলৌ নীঙনাতেনা হুলরাইরকলে । ৭,২১৬। সানা য়াইকোলন্নংকি কংলা নোংলৈয়াঙতা চঙলকলাপাকা চীঙঙু লাইয়িংথৌতা রাকৎচাখিয়ে । ৭,২১৭। হে য়ীপুংঙু থৌচাল নারলকুকি লাইহিংচা আখৌপা, লাইহিংচা আকনপা, হিংচাপা সানৌ মাচামানাও আনীমাপু সামু খুংথুম চঙসাপাকি লালু পোলচেং সানা পুরকলে। ৭,২১৮। হাইনা হেৱল লালপাও তমলাপাকা লালু পোলচেং সারকপাস্থঙ কোমলেল মুঙকোইপীতা হুলথারুরে হাইতাপারা । ৭,২১৯।

চীঙঙু কৌপারেল সিতাপানা খোইয়ম পুমনামাতা রাহমশিয়ে। ৭,২২০। খোইয়ম লাইমারু সিতাপাসিংআে নংখোয়পু রূলপী পুকনীঙ তপনা নাতামাআে।৭,২২১ পোই হঙক চক আকোলপাআসীকী চাহে কুমসীঙ রাচুমপাপু লাখা ১৫ লীসীঙ ৫ চা ৫ ( লাখ

অমা, লীসীঙ য়াংথৈমাঙা চামাঙা ) সুনা হৌথিরে । ৭,২২২। চক মাতোল লোমখিরে হায়পাকি মাতম খোঙলোয় পাংহলপানা অৈপু পাংকৌথংলারাপাকি চীঙঙু অৈপু মাতম রায়েল হেলনা লৈফা-লারোইয়ে আবাং কোরৌ নোংকাবকরো হাইধারকলে । ৭,২২৩ । অৈপু খোইরাকুম য়ীরী থাংতে, তিংকোইকুম য়িতারমতাপাকি য়াশারি রুরেপ চারা বোইপীপা কানাকুমপাতা চোয়নৌ সানা ফমপাললাংপু সামু থুংস্লিনারমসিপানো হাইনা রাহমখোলকি খোইয়ম পুমনামানা রাকংথিয়ে । ৭,২২৪। হে য়ীপুংঙ, চীঙঙ, সিতাপাঅো নায়ু কুরুম নামুংপা সানা মাখোঙখা ঙাংলৌ থমপাল মালপা আনীমাতা থুংকাং চেপনারোল পাথুপ লৈনেম পকনা রাকংপিঅো । ৭,২২৫। হাইনা রাহমচারাপাকা তমপা য়াইরংচালকি তুলাই সঙথোন ৯ ( মাপল ) সুপাতা সানৌ মাতৈ মানাও আনীনাপু তোংমানারাপাকা খোইয়ম পুরৈহলপা চীনকোয় মারি পালপানা তুলাই সাথৌলায়ে । ৭,২২৬। চীঙঙ নোংথৌ সারারেলনা সেকপিল লৈনা থালয়ে। ৭,২২৭। তমপা লাইরেমমাসিংসুঙ তুলাই ৬০০ ( চাতাকক ) মাতা তোংখং-লাপাকা সামু খোঙবোইনানা চীঙঙ কৌপারেল সিতাপাতি থোঙলেল লামপাওরাক রাকতো, থারাগচীপু খোংনা আরা কোরৌ নোংকাথিরে হাইতাপারা । ৭,২২৮ ।

চীঙঙু লাইমারুকি চক হাকথক মারিমাতী হেলথিরাপাকি মাক্তুংকা হায়ি চক আহালপাপু চক মাচীন হৌসিললকলে হাইয়ে । ৭,২২৯। নামু পোং বোইপাকি থারাই সালসেম রাপু মাতীক ঙমরৈ লোমনা হাইঙহতারাপাসুঙ তাঙচা সমপুমমাপু মাসুং ২০০ ( চাম্না )

থোকনা থাইথোকলাপাকি সমলাং মাচেৎ মারমতাআপু হে লুবাং হোঙনেম লৈকোইপাম্মো নঙঙোনবা থিচীকতা বাহমপীরককে।৭,২৩০। বুলপী পুকনীঙ তুমনা নাতাচাম্মো হাইনা লুবাং নিংথৌ কুরুম লৈচাঙ-পাতা মাঙাং নিংথৌ চিপামংলেলকোইপানা কোনলোয় আসুম পাঙ-তাকপিরমপা বারম আরিপা, আসীপু হে য়ীপুংঙু মীপোক য়াইকাপা, থাবাই চঙখোনপা, মীমারু থোইকোয়পা আহুমমাকি সানা নাথোঙ-খানা বারী তেংথা লালপাকি লঙচা মাখৈ লৈতাপাপু হলনা-হলনা ঙাকপিঙমম্মো। ৭,২৩১। মাঙাং কোনলোয় মাপাঙতাককি মাললেম লৈসেমলোল সৈবোনপা আসীপু বুলপী পুকনীঙ তুমনা নাতাপিম্মো। ৭,২৩২। হাইনা বুরোক কুরুম তাপুংপা, লৌরেমপা থোংনাংথাপা, মাঙোম কপী আহুমমানা মৈতেংঙু নিংথৌ নানাইপাতা আসুম বারী পিরময়ে। ৭,২৩৩। হারি হায়াই হোহাইচী। ৭,২৩৪।



## লাইরীক ফংকপ—

১। সত্য বুক হাউস; লক্ষ্মী বাজার, ইম্ফাল

২। কংলা বুক হাউস, ,, ,, ,,

৩। ও, কে, ষ্টোর, পাউনা বাজার, ইম্ফাল

৪। কেমেরা হাউস, ,, ,, ,,

অমস্তুং অতৈ লাইরীক য়োনফমশিং।

## পাবিয়ু অকোওবাগী লাইরীক—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | ভেয়োনাগী পুকচেল চাওখা অনি | — | লুপা ৭/- |
| ২। | মিকুপ লোথোক লৌশিন | — | লুপা ৫/- |
| ৩। | কেগে হাবেলা ঙাঙোই লৈশেম্বা | — | লুপা ১৫/-, ২০/- |
| ৪। | ব্রহ্মজ্ঞান | — | লুপা ১২/-, ১৮/- |
| ৫। | লৈশেম্লোল সাকোক (অহুমশুবা সরুক) | — | লুপা ৮/- |
| ৬। | হাগ্রৈ | — | লুপা ৭/- |
| ৭। | মাল্লেম লৈশেম্লোল অরিবা (অহানবা সরুক) | — | লুপা ১৮/- |